# অহল-লমন পাওরো,

## প্রমাণ-পান্থে

অহানবা শরুক্কী মথা

## অনিশুবা শরুক

( বাহৈ লোনগৈ )

অইবা :—

শ্রীশানৌজম অমুবা সিংহ

# অহল-লমন পাওরো, প্রমাণ-পান্থৈ

তহানব' শরুক্কী মথা

# অনিশুবা শরুক

( ৱাহৈ লোনগৈ )

অইবা :
সানোজম অমুবা সিংহ

মমল লুপা ২২/-

কোংজবী :—
**শ্রীমতি বীনোদিনী দেবী**
শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই, ইম্ফাল




অহানবা খুৎনম— ১৯৮৬. কোপী ১০০০
অনিশুবা খুৎনম— সেপ্টেম্বর ১৯৮৯. কোপী ১০০০
অহুমশুবা খুৎনম— ওক্টোবর ১৯৯৬. কোপী ১০০০

---

নম্কম :— লুখোই কৈশামচা প্রেস।
শিংজমৈ পাকিং, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

অহল-লমন্না শিজিন্নরম্বা পাওরৌ, প্রমাণ-পান্থে অসিবু থামজিন, তাশিনজবা অমসুং পুনশিনবগী মরমদি হৌগংলক্লিবা নহারোলশিং অমদি জাতিগী য়ুম্বীরেল ওইগদৌরিবশিংনা মতাং চানা-চানা ৱাহৈশিং অসি খরদং সাহিত্যগী লৈচন শেম্বদা মতেং ওইগনি হায়না থমজবনি। ৱাহৈশিং অসিবু শিজিন্নবীবা অমদি মরু ওইনা মৈতৈলোনবু মুংশিবীবা মমা লোনদি নত্তবা কাংবুশিংনা মৈতৈলোনবু থিজিনবীবা কাংবুদা খরদং কান্নবদি হোৎনজমন, ইজমনগী মহয় য়াল্লে খনজৈ। মৈতৈময়েক লোনগী পুক্কে ওইরক-খিনি। লাইরিকশিংগী ৱাহৈ পরেং স্বর অমসুং ব্যঞ্জনগী মশীং চাওরাক্লা ২৫৬৮ নি।

অহল-লমন পাওরৌ, প্রমাণ-পান্থেশিংদা য়ুম্বালোনগী মরম কয়ামরুম য়াওই। মমিং থুদিংগী শিজিন্নবা য়াবা ৱাহৈ কয়া য়াওরি। কবিগুম্বা শিলা, ৱারী অমসুং শাংবা-শকপা মতমদা পাওরৌ, প্রমাণ-পান্থে মরক-মরক্তা য়াম্না মরু ওই। লোনগী ৱা মচং ওইবা কায়াং ডাক্রুনি। ৱাহৈশিং অসি খেৎতুনা শাংলকপা মতমদা পোং অহাওবা অমা চাবদা মহাও লৈবা অমসুং রস য়াওবগুম্বনি। অতাবা মরোল খওবা মীওইশিংগী পুক্কিংদা হরাও-তুজুংবা, মু ডাইবা ফাওখিবা য়াওখিদবা নত্তে। পুম্নমক অসি পুক্কিংগী মথা পোনবা ডাক্রুনি। মীয়াম্না থিজিনবিরবদি সাহিত্যগী অচৌবা পুক্কে ওইরকপা য়াই। হৌজিক লৈরিবা লাইরিকশিং "ইমৈ নত্তে তৌরানি, তৌরা নত্তে ইমৈনি" "বদনাম" কামদুহা

খুজাইগী লিলা, মকন্থিনা মরল ফোইদৌপা, হৈনৌজোম যুম্বাল, "তেলংগা য়াহিপ", ঙাসেপ চিবান্দোগী ড্রামা অমসুং অতোপ্পা খরা অসিনচিংবা পাবদা য়াম্না নুংঙাইবা কাওই। অদুনা শর্ম্মা অমদি চৎনলোলদি মতমগী মতুংইন্না হোংলকপা য়াই। মীদি মী ওইনা লৈগনি। অথবা তান্নবা ঙাক্কনি।

ইপা ইপুশিংনা মাংলমচৎতা শিজিন্নবন্দা পাওরে, প্রমাণ-পাইন্থশিং অসিবু তুংলমচংকী নহারোলশিংনা শিজিন্নবীবদি হোৎনজমনগী মহয় য়াম্না হায়না নিংজগনি। মক লৈৎনা, কোলোম শেমদনা, মচাক লৈতনা পোং পুথোকপা য়াদে। ব্রাইহশিং অসিদগী থক্কসি-খাসি অমদি সাহিত্যগী লৈচন শেম্বদা খরদা মতেং ওইগনি থন্দুনা পুনশিন্দুনা ইজবনি। শোক ১৯৩৬ ইংদগী খোমজিনবা হাংনজখি।

স্বর অমসুং ব্যঞ্জনগী শরুক খবা Alphabetical Order দ থমজবনি। ব্রাইহগী তোঙান-তোঙানবা অর্থ চৎপা য়াওদবা নত্তে; পুক্কিংগী অনিংবা খরদং ফোংদোকচৎনি ব্রাইহ খরদি পুনিং-পুনি বা ম ইকৈদা অর্থ পুবা য়াবা য়াওদবা নত্তে। অরাং-অপা কয়া মরুম শেইহৈনবু মথংদা হাপচিল্লনবা হোৎনজগনি। অহল শমন, মরুপ মপা ওবাশিংনা অবান-অওই তাকপিনকপা পুম্নমক মতুং খুৎনমদ হৈবগনা চুমথোকচগনি। মত য়েংতুনা অয-অফবা ব্রাইহ-ব্রাকাশিংতুদা লৌখৎপিবগা লৈচনবীবনা কগত্র নিংই। লৈমরৈ ও না বা ঙাংগে তৌবদ ইশিংনা পল্লি হায়বত্নি। অদুগুম্বা ব্রাইহ কয়া য়াওদবা নত্তে।

লাইবিক অসি ইজবদা মরুপ-মপাং [illegible] মতেং পাংবীকই মকওইনা সর্ব্বশ্রী S. Ibomcha Singh M. A., Lecturer, C.C. Hr. Sec. School, Imphal [illegible] K. Ibohal Singh অসিনি। পুম্নমক অসিগীদমক্তা [illegible] বা লমন [illegible] হায়না খনজে।

লাইবিক অসিগী মবমদা [illegible] সর্ব্বশ্রী (১) ইরেংবম তোম্বাক সিংহ, [illegible] এণ্ড ফিসরিজ [illegible]গাভ ওফ মণিপুর। (২) [illegible] বম [illegible] সিংহ, [illegible]পোক [illegible], ইম্ফাল (৩) গীতচন্দ্রসিং [illegible] কশামপাং [illegible] লম্বী জেলার লৈরক ইম্ফাল। (৪) [illegible], সাহিত্যভূষণ চৌঙথমা লিবা, মাইবম লৈকাই, ইম্ফাল [illegible]) ড্রাং এলাংবম দীনমনি, এসোসিয়েট প্রোফেসর মণিপুরি [illegible] অমসুং সাহিত্য বিভাগ মণিপুর যুনিবর্সিতি কাঞ্চীপুর অসিগীদমক [illegible] বিমল খঙবা উৎচবি। অনিশুবা শরুক্কী অহুমশুবা [illegible] মতম চানা পুংথাকপা ঙমজখিদে পৈশাগী প্রোবেম খবা লৈখিবনি।

—অইবা

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীশানৌজম অমু সিংহ, শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাইদা লৈবা ভদ্রলোক অসিগী অনিশুবা শরুক "অহল-লমনগী পাওরৌ, প্রমাণ-পাস্থৈ" কৌবা লাইবিক অসি পাবে। লাইবিক অসিদা থাইনগী ইপা-ইপুশিংনা শীজিন্নরম্বা পাওরৌ, প্রমাণ-পাস্থৈ কয়া খোমজিন্দুনা ইরি। লাইবিক অসিনা অপাবশিংদা প্রমাণ-পাস্থৈ কান্নবা পীবতা নত্তনা ইপা-ইপুশিংগী মমাংলৈগী চংনলোনচং অসিনা তুংদা হৌগৎলক্লিবা নহাবোলশিংদদা নত্তনা স্কুল অমসুং কলেজশিংদা থোইদোক হেন্দোক্লা মতেং পীবতা নত্তনা জ্ঞান লৌশিংগী মতেং ওইগনি। অদুগা লোয়ন-লোযননা ছাত্রশিংগী Subject অমা ওইনা চংথবদা য়াম্না দরকার ওইগনি অমসুং লোনগী মতাংদা চাউখৎপা ওইগনি। শ্রীসিংহনা মতুংদসু অসিগুম্বা মরুওইবা লাইরিকশিং কয়া পুথোকপিরকনি হায়না আশা তৌই। শ্রীসিংহবুসু মহাক্কী চিল্লবা পুলিস ওফিসার অমা ওইনা লৈন লৈনা অসিগুম্বা লাইরিক অসি ইবিরকপা অমসুং পুথোকপিবকপা অসিগী-দমক্তা থোইদোক-হেন্দোক্লা সুংভাইবা ক্লোংদোকচে অমসুং মতুংদসু পুথোকপিরকনি হায়না আশা তৌজে।

ইরেংবম তোম্পোক সিংহ
ইডুকেসন মিনিষ্টর এণ্ড ফিসরিজ
গোভঃ ওফ মণিপুর।

তাং ২৪।৬।৮৬ ইং

# য়াহৈ খরদং

শ্রীশানৌজম অমুবা সিংহনী "অচম-লমন পাওরৌ, প্রমাণ-পাস্থৈ" অনিশুবা শরুক উয়ে। পাউবৌশিংগী খুৎলেং ফজৈ। ময়েক্কী পবেং মতুংইন্না চৎপনা কনাগুম্বা অননা করিগুম্বা অমা .য়ংনীংলকপদা কোম্না অতুম থোক্লগনি।

মৌগী তক, কাই, কোক, কায়াং নাইবগুম লোনগীসু অতুম মনাইবনি। পাওরৌ প্রমাণ পাস্থৈশিং অসি লোনগী কায়াং ভাক্লি। চাউখৎপা লোনশিংগী মখায়শিং অসিগী লাইরিক কয়া কন্নানি। খুদম ওইনা হায়রবদা চাউখৎপা অমা ওইরিবা ইংরাজীগী, ফ্রেঞ্চ অমসুং ইণ্ডিয়মগী প্রোভার্বকী লাইরিক কয়া অসুম মরৈবি-বসিনি। লাইবিক মচা মচাদি লাইরুনা কনটেন্ট কম্পেনিয়মগুম্বা ডিক্সনারী কাও লৈরিবসিনি। ভারতকী চাউখৎপা লোলশিংগীসু অহু মভাই, লোইনা লৈনবা ভাক্লি। হিন্দীগীনি হিন্দী ভাষা-ভাষী নত্তবা লমদদি কহারত মুহাবরাগী লাইরিকম্'ও টেক্সবুক ওইনা চনবা উংখ্রে।

লাইরিক মখল অসি লোনগী কায়াং ওইবনা লৈতবা, রাৎপা য়াদবনি, তংশংনা, সুকয়ামক য়াদবনি। শ্রীসিংহনা মশাগী মহৌশী রাংমদা মমালোন মজাতিগী. থোইদোকপদি, জ্ঞান তানখৎ-লক্লিবা অভাংশিংগী য়েংহুনা পায়খৎলিবা থবকসি থোইদোক্না থাগৎনিংঙাইনি।

মতাংসিদা নীংশিংহৌগদবা রাক্ষমঙং ঐখোয়গী পাউরোশিং অসি চীন্থাং মথং-মথং লাকপদা অশোয়বা চঙদবা নত্তে। খুদম ওইনা হায়বদা "শানোংবা হিগায়রা" হায়বদা "শনম্বা হিগায়রা" "তুম্বা খোংবা খোঙ্গ্রা" হায়বদা "তুম্বা খুনবা খোঙজেল" "অকোকপদা কোবেক মাঙবা" হায়বদা "অকোকপদা কোব্বেক মাঙবা" হায়নবক্রে। মসিগুম্বা অশোয়বসি চঙদনবা য়েংশিনবা চুম্মী। অসিগুম্বা অর্থসু শেরান পুনরক্তবা নত্তে। "চেঙ-পুং চেঙ-শিং, ফৌ-পুব ফৌ-শিং" হয়াবগী অর্থদি মীদি খুৎলঙ লম্মনা হিংবনি, নমক হাবানি তৌনু, লৌরুবা মতং কাউফদে, চপচান শিংগদবনি, মীগী সম্পদনি হয়াবনি। অদুবু ইংরাজীগী "টিট ফোর টেট" কী অর্থ তাংনা চংলে। মসিগুম্বসি য়েংশিন্দবা য়াদে, য়াদবমক্লি।

অবোইবদা শ্রীসিংহবু পায়খৎলিবা থবকীদমক অমুকন্সু থাগৎলি। চথবিব সিদ্ধি মপুংফাবা ওইসনু। মজাতীগী মমা লোনগী সেবা কুইনা শাংনা ফংবা ঈশ্বরনা পীনবা ওইসনু। ইতি—

অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ
উরিপোক পঙ্কায় মমীং।
ইম্ফাল (মণিপুর)

ইম্ফাল
২৩ জুন, ১৯৮৬

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীশানৌজম অমুবা সিংহজন ইবা "অহুন-অমন পাওজেল, প্রমাণ-পন্থে" পারে, কাইরে অমদি মুংঙাই। চাৎ লখিদা লোকনদা গাড়ী ওন্দনবা নুং-উগী থুচি মুংবগুম পাওবে পুসিনবশিংনা তাবা পুন্সি খোঙচংতা থুদোংবীবা কম্লনগী কনবিবা ওম্মী।

মী খুদিংমা অদুগা লাইরিকসি পাবা কান্ননি। ঐঙোন্দা রায়া মুংঙাইবদি অমুবনা লাইরিক ইনবিংবা অমদি ইরগা কোংবা হৌরকপসিনি। অসিগীদমক থাগৎলি

শরৎচন্দ্রসিং থোংবা

তাং ২৫। ৬। ৮৬ ইং

# ঋাহৈ খরদং

শ্রীশানৌজম অমুবা সিংহনা ইবা "অহল-লমন পাওরৌ, প্রমাণ-পাষৈ অনিশুবা শরুক" মকোক্কী লোইবা ফাওবা পাজরে। শ্রীসিংহ তশেংনা হায়রবদা লৈবাকী সেবা তৌজবিবা পুলিস সব-ইনস্পেক্টর অমনি। অতুবু পুলিসকী ওন্থোক্লা চিনগ্রবা মতম কেসকী অরুবা রাখন্না কোক চীকচবা মতমগী মথুংদা অসিগুম্বা সাহিত্যগী লমদা খোঙ থ্যাংজিল্লকপা অসিমক মজ্ঞাতিবু নুংশিবনি তাকপনি। মসিগীদমক শ্রীসিংহবু ঐহাক্না হার্দ্দিক ধন্যবাদ তৌরি। তৌবমক্তি অইবগী হন্দক কোঙলিবা অসিগী মমাঙদা অহানবা শরুক অমা লৈবাকী মকমদা লাপ্থোকপ্রে হায়বসিদি তন্দকী অনীশুবা কোঙলিবা অসিনা প্রমাণ ওই। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ঋাহৈশিংগা লাইরিকী মমিংগসু য়াম্না চানৈ, মরমদি তশেংনমক পাজরৌ ভাক্তা নত্তনা প্রমাণ-পাষৈ শরুকন্দু তশেংনা য়াওবা মরম্না মিংসিমক খোনকম খোকই। তৌবদদি অহানবগী শরুক্তা অসিগুম্বা পাওরৌ প্রমাণ-পাষৈ কয়া কোঙখিবা অত্থুগী মশীং লৌরগা হন্দক্কী আসফাবেটিকেল এবেঞ্জ অমং তৌত্নুনা কোঙলিবা অসিদা পাওরৌগা প্রমাণ-পাষৈগা খন্না তোংনা-য়াম্ননা উই। মসিমক পাওরৌ অমস্তুং প্রমাণ-পাষৈগী মপা-মপাদা পাওরৌনি প্রমাণ-পাষৈনি হায়বদুমক্তগা থাক্কনা চখরক্লিবসিগী মশীংদংদগা খাবস্লবদি হৌজিকী মীশিং য়ামখৎলক্লবা অপাবশিংগী অমদি ছাত্র-ছাত্রী কয়াগী মিৎমাঙদা হেক থম্বদা থুনমক থম্মোয়মদা

ক'ওক্ননিংঙাই ওইগনি হায়বনিংই হাল্লিনিংই। অহুবু অইবগী থুংই ১সুং চথরক্লিবা মঙ অসিগী মরমদা খল্লুবদা তুংগী আশা য়াম্না লৈরি।

মথক্তা পনখিবা পাউরৌগা প্রমাণ-পাম্বৈগা খরা-খরা তোংন-য়াম্না চংখিবগী থুনম অমনিদং য়েংসি :—

১) মচিল অথুবনা মনম অপাকপা য়োম্লি — লাঃ ৭১

২) মখাগ্নদি শাম্নবনি হায়দুনা লৈতুম্না থারকইবা হংঙোই ঐংখায়নদি লোইরে — লাঃ ৭৯।

১) অসিনা পাউরৌনি ২) অসিনা প্রমাণ-পাম্বৈনি। অসুম্না খরা তোং-য়াম্নবসিনু ময়েক্কী মখং-মনাও চথবদগী ওইগনিদি খল্লি।

অহুমকপু শ্রীসিংহ মৌনা সাহিত্যগী লমদাংদা খোঙ থাংজিন-রকপদা মঙায়রি অহুবু থাম্নগী ইপা-ইপুশিংগী চিহ্নাং য়েনা লৈরবা প্রমাণ-পাম্বৈ অমদি পাওরৌ, পাউতাক কয়া ঙাওর্নরকপা অমদি হায়না শোম্নরকপশিং অহু খোমজিন্নহুনা অইবনা মতম চঙনা হোংনহুনা সাহিত্যগী সেবা তৌনিংবগী রাখল অমা পোক্নকপসিমক থাগৎনিংঙাইনি।

অরোইবদা সাহিত্য সেবা অসিদগী আশা তৌরিবদি মখং মথং অসিগুম্বা লাইরিক্কী মখা চত্থরকুনা থাংনগী ইপা-ইপুশিংগী চিহ্নাং ওইনা লৈগ্রবা মমল য়াম্লবা মচাকশিং পুথোকপিরকুনু। য়েংতে সাহিত্যগী পুঁজিকা হাপচিনবদা মতেং ওইনবা হোংনরকখিগনি।

— গুইনাম ভোগেশ্বর
সাহিত্য ভূষণ

তা ২৩ | ৬ | ৮৬ ইং। কীংথেমথা, লিহা মাইবম লৈকাই।

# ৱাহৈ খরমদং

ইয়াম্বা শ্রীশানৌজম অমুবা সিংহনা খোমজীন্দুনা লাম্ছোকপা "অহল-লমন পাওয়ৌ, প্রমাণ-পাচ্ছে" ( মনিঙবা শরুক ) পাহুনা নৈনজরে। মণিপুরীদা পাঙ-শঙ্গা আউজুনা লৈরিবা প্রমাণ-পাচ্ছে কয়া চংনবী রাঙাং কয়াবু লাচনবগা লোয়ননা অতৈ লোনগী মঙাল তাবরবা খরসু লেংশিন্দুনা পুখোক্লি। খুদিংমকী অর্থ পীহুনা শন্দোক্লা তাক্লবা লাক্লরি। মণিপুরীদা চাউরবা খুদোল অমনি হায়রবা য়াই। পুম্নমক্কা পাবা য়াবা লাইব্রিরিক অমনি। নৌনা অমম্বংলক্লিবা নহারোলশিংখীদমক্তদি য়াম্লমক মরুওইবা লাইব্রিরিক্তি হায়রবা তাবনি।

ইয়াম্বগী কলমনা অতৈসু মখং মখং লাচম্লকপা ওইসনু।

ডাঃ এলাংবম দীনমনি
এসোসিয়েট প্রোফেসর
মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্য বিভাগ
মণিপুর ইউনিবর্সিটি।

কাঞ্চীপুর
তাং ২৫।৬।৮৬ ইং

# য়াওফম তাকপা

| হীরম | | লামাই |
|---|---|---|



************************

মীওইবা অমসুং জাবশিংগী পুন্সিগা, পান্মীশিংগা য়ংম্না মবি লৈনৈ। অমগা অমগা থাদোৱবা য়াদে হিংমিন্নবনা অমনা অমগী মতেং পাংই। জীবা পুম্নমক্কী মীওইবনা মকোক ওই। মপু (ঈশ্বর) গী মতুং শিন্দুনা লাকপনি মতম সোইরগা চংখিগনি। মীওইবনা হীংলিঙৈদা সম্বাজগী অকবা থবক তৌরম্বনা তুংদা অমর ওই।

# থাগচ্চবা

(i) অহল-লমন পাওরো, প্রমাণ-পাম্বে "অনিশুবা শরুক" কৌবা লাইরিক অসি পব্লিকেসনগীদমক গ্রান্ট ওইনা লুপা ৭০০/- ( লুপা চাক্রেং ) মণিপুর ষ্টেট কালা একাডেমিনা মতেং পীবিরকপগী অচৌবা লমন তোনশিজরে হায়না খল্লে।

Under vide order No. E-5/2/78-MSKA ( Pt-I ) Dated the 6th October, 1986.

(ii) ডাইরেক্টর ওফ ইদুকেসন দিপার্টমেন্ট (এস) না লাইব্রিক অসি খরা দবকার লৈ তায়না তাকপীরকপগীদমক্তা হায়নিংঙাই লৈতনা হল্লা হল্লা থাগৎচৈ।

Vide order No. 1/3-10/88-ED ( PT ) Dated. 4-12-87.

অইবা :

শানৌজম অমুবা সিংহ

শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই।

ইনস্পেক্টর ওফ পুলিস ( রিটায়ার )

মণিপুর।

# অহল-লমনগী পাওরো, প্রমাণ-পান্থে

( অহানবা শরুক্কী মখা )

# অনীশুবা শরুক

## স্বর ময়েক্কী শরুক খরা

## অ

**অফবা কর্ম্ম মাঙবা হৌনদে :—** অকশ তৌবা, মীনম্মু য়াবা, লাইনম্মু যাবা, ধর্ম্মনিতি, রাজনিতি, অর্থনিতি, কাইদ্রিবা মীগী শান্বী লাওনা লৈ অমস্তুং অফবা চাক্তা ওই।

**অবা-মুংঙাই হায়বসে কনাগীসু পিবা ফম নত্তে :—** মীওইবগী মপোক্তা অমুক য়াবা অমস্তুং অমুক মুংঙাইবা হায়বা অসি শোয়দ্রবনি। অঙাং ওইবিঙৈদা মহৈ তম্বা, নহা ওইরিঙৈদা লল, তানবা, অহল ওইরগা লাইনিং লাইশোন তৌবা। তৌরুবা থবক অদুদা অমুক্তুং মায়থীরবদা নিংবা কায়গদবা নত্তে, হয়া হয়া হোৎনবনা শোয়দনা অফবা ফল ফংগনি। শোয়দ্রিঙৈদা শোয়দনবা হোৎনবনা খ্বাইদগী হেম্না কৈ। ( অরা-মুংঙাই হায়বসে কনাগীসু পিবা ফম নত্তে )।

**অকনবনা অশোনববু নৈহৎপা :—** জগৎ সংসারদা লৈরিবা জীবা পানবা পুম্নমক অসি অকনবা আচৌবনা অপীকপা জীবা মচাবু চাথোকই, অদুবু মীওইবগী সমাজদদি ইনাক-কৈরাক খুনবা

অচৌ-অশাংগী ইমুংনা, লাইর-চূদৎনবা সঙ্গ লৈজদবা মীবু মখোয়গী মপুক্লিংদা হম্বনা খল্লি মসি য়াম্না চুমদবনি।

**অতিয়াদা তেন কাপলিবনি :—** মীছুবু খঙসনু হায়দুনা মতেক-ময়াদা পন্দুনা মী অতোপ্পা অমদা হায়বনি। মপুক্কা মলোম থমলগা রা ঙাংবা। রাহৈনা রাতানা প্রমাণ তৌদুনা নাকোয়ননা মীবু চৈবা।

**অতোম্বীগী ফনেক ফৌব কি ফ দিগোম মকা তাই :—** মীদা অচান-মিরাই খাম্বা, মথক থোংবশিংনা মখোয় মখোয়না য়ানিংবা মুংশিবা শিং অদুনা শোম্বগসু উনা উনা হায়দবা, অকবরোমদা পুথোক্নবা হোৎনবা অমসুং উশিন্নদবা। ( অতোম্বীগী ফনেক ফৌবদি ফদিগে ম মকা .তাই )।

**অমেংবা খোনদা হারুন্ন :—** ঙাংথোক্লকপদা রাহৈ-রাতা ফজবা, মীনা লাকচবা য়াদবা মীতানি। মপুক লুবা, মরৌ লৈবা অশিংবা, ব্যাবহার লৈনা ঙাংথোকপা মীদি অরায়বা মী ওইগন্দে।

**অয়ুক্কা হৌবা নোংশুম্বা, ঙাখানা ঙারেন হৌগুল্লি :—** ভহাক্তুংগী ওইবা মখা ত'দবা, থবক্তি তৌই হায়বদমক থোকপা মিং থাকপা ওপ্পুবা। মীনা শিংথাবীদনা থবক্লি।

**অফিং স্মস্তাষ্ট ওটনা থবক তৌবা থবক ফবা হৌনদে :-** কিবোই খঙবোহ থবক তৌবা, য়াম্না থুনা থবক তৌবা নত্রগা মতম লৈশিল্লকুবদগী হাথু-হাথুনা অমসুং রাখল ইখন খন্দনা তৌবা থবক মচু তাগন্দে।

**অতেবা লিল মমৈ পায়রুন্নু :—** খঙই তায়দুনা শক্তি পায়বা মকমদা থোগল্লোল ব্যাবহার কায়না চংপা য়াদে। মপ অতেবনা রাইবা শরূ ফংই।

**অহল ওইরদুনা ঈ ফমজিল্লকপদগী পেং চোইরে :—** মীওই অহনা খল্লিবা রাখল অদু হায়দোক্লকপদা মমৈদা ময়াম্না ভাংথোক্লকপা মত মাম্নরক্কবা মীওইনি। চহি য়ামশিনলক্লবদি অঙাংগুম্মী।

**অঙাঙ-ফৌগু চারা নোংখন্নৈ :—** খবক অমা ত্তৌবগী ফঙনা খরা মখৈদি লেম্নবা য়াবা মওংদা লৈবা। খবক অদুগী মরমদা খবা হৈফাংত্রবস্তু, খরাই অমস্তুং পুক্লিং চংনা ত্তৌরবদি খরদং ওইরবস্তু কাম্নবা ফংবা।

**অঙোবা চেবাংগী মথক্তা অমুবা কালি তাথ্রবদি অরাইবা নত্তে :—** চেনা ইশিন্দুনা থমথ্রবদি লেম্না মাংত্রে, লোশিং জ্ঞান পুম্নমক অখঙ-অহৈশিংনা ইবীরম্বদগী মীওইবনা খঙবা ঙহাক্তনি। তুংগী হৌরক্লিবা মীওইবগী ফমচিং মৈরা ওইগনি। ইশিন্দুনা থমজিল্লবনা কুইরগা নৌথোরকই।

**অতনবা কোক্তি ভুট প্রেৎশিংগী য়াকাবুংনি :—** করিগুম্বা অকবা রাখল অমত্তা পুথোক্তবা। অতনবনা করিগুম্বা অমত্তা খুদোংচাবা ফংদে। অতনবদি চারা শিংলি, মরূপ রাংলি। ফত্তবা রাখল লাকই।

**অনৌবা হৌদোকপনা অফবা ওইরবদি চৎনবীগী মমা ওই :—** করিগুম্বা সমাজদা হৌদোক্লিবা অমস্তুং পুথোক্লিবা অদু

খায়না য়ানারবদি মহুনা চংনবী ওইরে। অকবা অমসুং বান্নবনা পুমক্কী অকবা ওইবে।

**অপাঙুলগা মান্নবা ফত্তবা লৈত্রবনি :—** অপঙবদি অরাবা নংগন্রি, মিংশম-নাবম খঙদে। মকম খুদিং লাল ওইনৈ, মমান্নবগা মী-মান্নবা ঙমগন্দে, মপুন্সি রানা লেনগন্রি। পঙবদগী মশাগী থৌবম খুদিংদা খুদোং চাদবা থোকন্নি।

**অকোক্ত-শা, হিয়াং অথৌবগুম্বনি :—** রাখল য়াওব্রবা শাগুম্বা মী, শব্দ ফনবা, মীনুংশি রাংপা, শক্তা সুংশিদবা মীদি মীনা কি-তুক্কচনৈ।

**অকোকপদা কোরেক মাঙবা :—** মরম চাদনা, মকম চাদবদা, মাঙশম থোক্তবা পোং মাঙবা। মী খরদমক কেমিন্নবা মকমদা পোং মাঙখিবা। লৈমিন্নরিবা মীশিংহুগী মশাদা খিবসু ফজদবা মওংগী পোং-মাঙ ওইবনি। লৈমিন্নবা মাশিংহুগী মনুংদা অমা মপূক শেংদবা য়াওহুনা পোং অহু থুপচিনখিবা য়াওবনি। (অকোকপদা কোরেক মাঙবা)।

**অঙ্গুর অমুনবা শিঙ্গি হায়রগুম্বনি :—** পোং অমা কংনিংহুনা কন্না তোংনকরগা ফংবদি মঙমলকত্রবদা পোং অহুবু পামদবা শাশিন্নবনি। মরাল অমা হায়জিনবা।

**অনৌবা মচু তাদে, অরিবা মচু তাবনি :—** খবক কুইনা তৌরব্রবা খবক অহুবু মুন্না খংই, খবক্তা নৌনা চংলকপা খবক হৈত্রিবনি, লম্বী তানৌবা থোন্দুনা লৈবগুম্বনি। লম্বী অমনবা মশা নাম্লি। শিজিন্নবা খবক্তা খুংলোইবা ছু নু। শিজিবা খাঙনা

লংবা হেনবগুম্বনি, নৌরিবৈ খঙজ্রিবৈদদি থবক খুদিংমক অরাবগী মশক্তি লিয়রূগা খঙবা ঙাক্তনি। অহল লমনগী পাউতাক ইমু।

**অ রুম অ পুম্নগা শোইজিন অশিনবগা তিন্নপ্রে :**—ইকং ফত্রহুনা লৈরবা অনি তিন্নহুনা কত্তবা হেনগৎনবা হোৎনরকপা।

**অশাৎপা লৈ অমসীদমক্তা অপোম্বা লৈ কয়া মাংহল্লি :**— মস্তিক মগুণ লৈবা অমবু কংনবা হোৎনরকপদা, মাগী খোঙলোই কয়া লমখাংদা নৈহৎতুনা মাংবা থোকল্লি।

**অনাবা থাঙেল্লগা মাইবা কৌবা :**—মতম লৈরিবৈদা থবক তৌদবা, থবক অহুদা মাংজৌননা হোংনহৌদবা ঙাক্রম মমৈনা ঙুজিন্না শিকপা, মতম লোইপ্রবদা শেম-শাহুনা কন্নবনি হাযহুনা হোৎনবা।

**অমোৎপদি লাইথুংগী মমানি :**—লাইথুংগী হায়বসি মোৎ-পদগী পোকপা ঙাক্তনি, য়াবিবমখৈ তরু-তনানবা হায়বা অসি য়াম্না মরুওই, ইশা ইশাদা চিনুংলাইথুং চংদনবগীদমক্তা তরু-তনান্না লৈনবা হোৎনগনি। (অমোৎপদি লাইথুংগী মমানি)

**অপঙবনা লান্দা থোবা :**—থবকী মতিক-মগুণ খঙজ্রিবা মীনা থবক্তদা চোংশিনবা, মৈরানবীনা মৈদা পাইশিনবগুম্বনি। অপঙবদি অয়াম্বা মতমদা রাগল্লি। খঙদবদগী মরম চাদনা থৌনা কবগুম চোংখোকই। (অপঙবনা লান্দা থোবা)

**অশিবা শেল চাও, অচংবা শেল চারুনু :**—নহাক্না ওম্বা থবক অহুদা মীগী হায়জরিবা অমসুং অপাম্বা থবক অহু চুম্না

তৌবিখো। মীতুনা ওমজবা থরদং পীজবা অতু লৎনদনা লৌগদবনি। থবক্তি ওমলোইদৌবদা মীগী মপুক্লিং নুংঙাইরোইদৌবা মকমদা পোৎ-চৈ অমসুং শেল-থুম লৌরুনু। থবকী মমল নত্রবদি সুকলৌ লৌদবনা হেন্না কৈ। (অশিবা শেল চাও, অচংবা শেল চারুস)।

**অফবা থবক্তীদমক্তা তুরাম্ল রবসু দোষ লৈতে :**—মীয়ামগী কনবা জীবগী কাম্নগদবা লৈববা পুকচেলবু শেংনবনি তুববসু দোষ লৈতে, ঈশ্বরনা দায়া তৌবী অমসুং চানবী। অতনা মীপুম খুদিং পুকচেল শেংবা দবকাব ওই। পুক্লিং করবদি ইকদা করে। পুম্নমক ঈশ্বরদা (মপুদা) শিম্নগদবনি।

**অনি কোম্নরবদি অমা তুবা হায়বতনি :**—মী অনি নত্রগা কাংলুপ খৎনরবদি অনিগী মনুংদগী অমনা ওবা হায়বসিদি মশানা তাবনি। অনি চাং য়েংনবদা অমনা অমগী মথুক্তা ভুবা হায়বসি মহৌশানি।

**অনিদা চাবা চাকথুমদা, অহুম থোকলে :**—মী অনিনা চেকশিন্না থবক অমা তৌমিন্নরম্বদগী পুকচেল থোয়জেন তিন্নরক্তুনা তোঙান-তোঙান তানবকপা। (অনিদা চাবা চাকথুমদা অহুম থোক্লে)।

**অমম্বদা য়েংতুম মনা লেংবা :**—তৌরিবা থবক্তি [illegible]য়তুনা শিংথাতুনা লৈবা, পাঙথোকপদি হুন্না থোকপা য়াবা থবক. [illegible]মদি য়াম্না চংহল্লবা, শোয়বনু য়াবা থব[illegible]ক্ল।

**অহলসি কৈ হনুবনি :**—অ[illegible]লদি [illegible]ইব্রবা য়াম্না [illegible] শংনা থবক [illegible]তৌবা। মী-থানবা য়াবা থবক তৌবা। অহল [illegible]হুরবসু লৌশিং তৌনা থবক শো[illegible]দবা তৌবা।

অ[illegible]বগা মরুপ [illegible] [illegible]বুদি, লিচৈ-[illegible] দগা চ[illegible]পনা পুক্লিং লুমই :— [illegible]বদি মিংলম-নারম খ[illegible] থবক

খুদিংদা মীবা তাই, লৌশিং রাংপদগী অরাবা তাগল্লি, চৎমিন্নবদা বিশ্বাস লৈতবা। অপঙবগা সঙ্গ তৌবদি অরাবা নংগল্লি।

**অরানবা থবক তৌবা উরগা তুমিন্না য়েংলিবগু ফক্লাংদা থেংপা লাইগুম্বনি ঃ**— মিংনা উরিবা থবক অরানবা অহুদি হায়বদা থোকই, কিথি-কিরম, মীরক-মীচম্থি ওইবা কান্নদে। অদুবু কনাগুম্বা মীদি থবক থোকলিঙৈ মতমদা ঈপগু পঙথকুনা লৈহৌরগা কোন্নদি নিংঙম্নকবা থোকল্লি। কোন্না শিংলকপা বুদ্ধিদি শিজিন্নবা মপুং ফাগদে। মীকিথি ওইবা।

**অরৈ-লৈত্ত, খওদনা বাজাও গুাংদুনা লৈ ঃ**—ইরৈদি লৈতবা য়ান্নদি তৌজনিংবা, মীয়াম মমাংদা অচাওরোন কানিংবা উৎনিংবা মীনি। গপ তৌবা অমস্তুং নাপল তৌবা পাম্বা মী।

**অরুপ্পা য়োংপীদু উপাক্কা সঙ্গ তৌবদগী ঈশিংদা তাওই ঃ**—অকবা সঙ্গ তৌ, সঙ্গনা মী মাওহল্লি। সঙ্গনা মী কহল্লি। (H.S.L.C. Exam. 1989)

**জকাৎ-লালগা চপ মান্নবে থবক অসি, মতম অমদা 'ফু' হায়রম্মী, হৌজিক্কা হাৎলো, হেক্কা হায়রে ঃ**—করিগুম্বা থৌদোক অমা থোকপদা কনানা চুম্মী কনানা লাল্লি হায়বা খিনদ্রে, মতম অমদদি মহাক অদুনা লাল্লি, 'ফু' হায়রম্মী। হৌজিক্কা হাৎলো হায়বা থোম্বাক হেক্কা থোকলকই মীওইবা সমাজদা নোংম-নোংমগী মুংশিনবা প্রেম হম্ববগী খোঞ্জেল তান-নকপগুম তৌরি। মী মশেন মুংশিনবা কৈ। মুংশনদ্রগা অরাবা নংগনি, হিংসানা হৌরবদি হিংসানা লোইগনি।

**অরানবা অমা চুম্নবা হোৎনবদা অচুম্বা কয়া মাঙই :—** য়ারিবমখৈ অরানবা ভৌয়োইদবনি, চৎনবী ওইয়ে। শোয়খিবা থবক চুমখোকপা য়াই। মতু কুপ্পবা হোৎনবদা ওইজবা কয়া মাংগল্লি। (অরানবা অমা চুম্নবা হোৎনবদা অচুম্বা কয়া মাঙই।)

**অতোম্বীনা হীরি চিংতুনা মহাক নাম্বোকপা ওমদবনি :** মপুরোইবা ওইরিবা মুপা অতুনা লুনা নিংলিযা, থঙরিবা মহাকী মুপী অতোম্বী অতুবুনি, অতুনা অতোম্বীনা খুদোনবীদা লৈতুনা পুরে হায়মরিবনি।

**অরা-মচা লেমনা মাংদে, নারগা হিংদে :—**মানা মানা হোৎনজমন থবকী মতৈ মানা কংজে। থবকী কল লেম্না থক মাংদে। অতুবু হেক্লিমা নোম্বদি অমাংবগী মশক্লি। (অরা-মচা লেম্না মাঙদে, নারগা হিংদে)।

# আ

**আশাগী মপান্ন' মীওইবনা হিংনরী :—**মীদি মচা-মশুগী মপাল চারকখিনি, মুংঙাইরকখিনি নত্রগা কুম লায়নানা নাতুনা লৈরবসু ফরকখিনি। নোংমদি ফগৎলকখিনি খন্দুনা আশাগী মপা'ল তাংতুনা হিংনৈ। পূক্লিং অমসুং রাখলনা মীওইবগী খ্বাইদগী মরু ওইবনি। আশানা পুন্সিগী মৈরানি অমসুং লমজিংবনি (আশাগী মপালনা মীওইবনা হিংনরি)।

**অচাম্বোন্দগী হেক শৎখিদা :—**কান্নবা থবক অতু পায়খৎ-কদবগী তয়ারিদা লৈরবা। খংহৌদনা অমনা কৎ লৌখোকখিবা।

হায়রা হোৎনজবতুনা শোয়দনা ফংলগনি খল্লবদু খুদক্তুদা ফংহৌদবা, হেক মুনখিবা। (আচমোন্দগী হেক শৎখিদা)।

**আচমোন্না পুক থলহনবীরগনু :**—খজিক-খজিক্তুং লৌশিন্নগা মশাগী মপুং ফানবা হোৎনবা।

# ই

**ইরোই ঝাংগোরগুম্বা নুংশিৎনা হুম্বা-হুম্বা মাইকৈদা চৎপা মীনি :**—ব্রাখল লৈতবা, থেংন-থেংনরুবা মীওইগা রারেম ভাংদুনা মতম লেনবা, ইমুংদা লৈহৌরিবা মীওইশিংনা হক্সিল্লক্তে হায়দুনা মুংশা থিনরবা, অরৈ-লৈত অমসুং তৌফম থোকপা মথৌ মশক খঙদ্রবা মীতানি।

**ইমা শিনি খঙলল্লবদি শগোল লৈদ্রনা তৌংলম-গদবনি :**—করিগুম্বা থবক অমা থোক্লগদবা অদু মাঙওইনবা খঙদবা, অমদি হৌগ্রবা থবক্কীদমক্তা নিংঙমলক্তবা পোক্লকপা।

**ইনাক খুনবগী লম্বীনা ময়ায়নি, লাইরবগী লম্বীমা মতাইনি :**—মতম পুম্নমক্তা অশিংবা, ময়ল লৈবা, ইনাকখুনবা মীনা খুদোংচাবা অমসুং অতোঙবদা লেপকল্লি। অদুগা লাইরবা অশোনবনা খুদোংচাদবা অমসুং মীখা পোনবগী ফিভমদা লৈগল্লি।

**ইমুংদা খুনু থোঙবগুম লৈবা :**— মচা-মগু লৈতবা মতৈ-মনাওদা পানবা ইমুং।

**ইখোন্দা কৈথেল কাহমু, লোবুক্তা মণি লৈবনি, কোট-মাংদা শরেং কাইলু :**— থবক কয়া শু, অচা-অথক পোং রাংতনা লৈরবদি মী লাক-কানি। ইখোল শূবা তনগনু, মনা-মশিং

রাংতনবা থাজল্লু। লৌ-শূবা তনগন্নু, কৌ রাংতনবা। কৌবু লৈরবদি কোটমাংদা শরেং লাকনি, পৈশা লাকনি, চানিংবা এঙ্গাং চাবা কংগনি। লৌউবগী লৌনা ইপানি, ইখোলনা ইমানি হায়নরিবনি।

মথক্কী পাওরৌগা মরিলৈনবা ফুঙ্গারাবী মতেক— মতম অমদা হন্নুবা মুপা অমগী মচা মুপা ৩ (অহুম) থক লৈবম্মী। মখোয় অহুম অসি অশুক্কী মতিক তল্লম্মী, কবিগুম্বা থবক অমত্তা শূনিংঙমদে। মপানা মখোয়গীদমক্তা থনবদা য়াম্না নুংঙাইবমদে। মপা হন্নুবা অদু শিগদৌরদুনা মপানা মখোয়বু কৌশিল্লগা হায়খ্রে। ইচাশা ইখোলনা কৈথেল কাহল্লু, অরাং থংবা লবুক্তা মণি লৈবনি, কোট-মাংদা শরেং কাহল্লু। বাহৈশিং অসি হায়রল্লগা মপা অদু থুপখ্রে (শিখ্রে)। মপানা হিংলিঙৈ মতম অদুদা হায়খি, ঐহাক্না হায়রিবা রাহৈশিং অসি খঙগে হায়রবদি, লৈকাই অসিদা লৈরিবা মকোক অহুম পানবা মীদা তান্নরগা থবক অদু তৌ। মপা লৈত্রবা মতুংদা মখোয় অহুম্না অরাং থংবা লৌবুক অদু তৌদুনা মণি লৈত্রা থিরক্লে। মণি কংদ্রবদা খুল লৈকাই অদুগী খাইদগী হন্নুবা ফম্বদা থুডুং অনিদুনা হেনগংলবা মুপা অমদা হংলুরে। হন্নুবা মুপা অদুনা তাকপিরে। নখোয়না তৌরিবা লৌবুক অদু মনা-মশিং কৌনচিংবা য়াম্না থাজল্লু। অহঙগী য়াথং মতুং ইন্না মখোয়শিংনা থবক তৌরে। মমৈদা ইনাকখুনবা রাংতু-পাদবা ইমুং ওইদুনা য়াম্না নুংঙাইনা পানখি।

**ইপা ইমা অহল-লমন্না তাকপা-তম্বীবদি লাইবানি :—** ফত্তবা মপা মমা লৈতে। ফত্তবা মচাদি লৈবা য়াই। মপা মমানা মচাগী মাংনবা খক তৌগন্দে। মপা—মমানা হায়বা ইনগনি।

**ইমা শিবা ফক্লোথনা কুপ্তুনা থম্বা মতমনি :—** য়াম্না চিনবা মতমনি, লৌউবশিংগী পোইন্নুদদি হৌদোং কাওবা থবক শিজিন্ননিংবা মতমনি। (ইমা শিবা ফক্লোংনা কুপ্তুনা থম্বা মতমনি)।

**ইরুপ্পনা ঙা-হৎই :—** থিরিবা, থবক তৌরিবা অদুনা খঙজদুনা অতোপ্পা মনাক্তা লৈবদা হংবা। থবক অদুগী মরিদা থরাই য়াওশিন্দবা।

**ইচৎ থোবা কান্নবা লাকই :—** থবক খুদিংদা থোনা লৈবা কৈ। মীকিঠি অমসুং মীরক-মীচনঠি ওইবা ফত্তে। থোনা লৈবা মরিল লৈবা মীদি মীনা লাকচবা রাই, থবক ঙমগল্লি। মীথোই মীহেল্লি।

**ট-নানা য়াৎপা খায়াৎতসু শঙোম মপাল চায়, লাইনা য়াৎপা খায়াৎপু করিগী চারা হেল্লুনি :—** নোংমগী লাইনা তম্বা অমা, হোৎপু হোংনরবা শূবা নোম্ববু ভোরবদি শোয়দনা চাবমখৈদি ফংগনি। শূজ-মল নোমজ-মল ফংগনি। চারা হেললোই।

**ইপোৎ হুন্দোক্লপা মীপোৎ পাম্বা হৌনদে :—** নঙগীনি হায়দুনা লৈরবা পোৎ অদু মীরাইদুনা হুন্দোকপা হৌনদে। মীপোৎ পাম্বদগী অরাবা তাবা য়াওদবা নত্তে।

**ইক্রাই থঙদবনা পুক থল্লি, ইকাইববু হৌদোং মচামুক চাওনা চেনবরা ? :—** অচোপ-অরেং, ইকাই-ইকি কয়া থঙদবা

ইকাই খণ্ডদবগী হিদাক লৈতে। ইকাই খণ্ডদনা হোৎনবদগী মশাগী ওইজবা কংবা, কৈথেল যণনা ফংগুম্নী।

**ইনাকখুনবা মীগী মীদি লৈরিক লৈরাক থনবনি :—** ইনাক খুনবা মীগী মী বাস্তে। মনাই-মশম্না কোইনোম-নোমন্থনা লৈ। মতিক-মগুণ লৈবা মীদা, মী থরদি চঙজকম ওই।

**ইতাও ঐগী মিৎসি নঙোন্দা পাল্লম্লবদি খঙগদবনি :—** অমনদি য়াম্না দরকার ওইবা, অমদদি ওইদবা, তাইবং-শেন্বা মপু ঈশ্বরনা শেম্বসি অমদা নত্রগা অমদা দবকার ওইদবা লৈতে। দরকার ওইরিবা মীদুদা পোৎকী মমল কাওখংলি।

**ইরোই মচাদা থোইদিং থম্বগা অঙ্গানি :—** য়াম্না লুরবা মতমনি, নিক-নিক লাওনা হিংলকপা, শোম্লবা, শিবা য়ানা লৈরম্বা মওংনি।

**ইপা-ইপুনা কারম্বা হাওদা কাও :—**ইপা-মপুনা তৌরম্বা থবকশিং অদু ফরবদি থাদোক্লোইদবনি।

**ইবুং কৈরোই ইপা লৈকাই :—**ইচিন ইনাওশিংস্থ মুংবু-নুংশিনজ্রবদি কৈরোই-লৈকাইগুম্না লৈনৈ। পুকচেল খোয়জেল তিম্নজ্রবা মচিন-মৌপা।

**ইৎল-ইৎলগা চান্দোনজৈ ওইবা :—**থবক হৈতনা থবক তৌবা। থবকী ফল তাদবা মমৈদা অরেম্বা ওইবা। (ইৎল-ইৎলগা চন্দোনজৈ ওইবা)।

ঈশিংপদা ঙা তাংবনি, বা ঙাংবদা বাতাংগনু :— মতাং চাদনা বাপাংবা, মিচং-সঙ্গন নাইবগী বাঙাং ভৌবা।

ঈরাক্লরবা মীনা ঈশিং ময়াইদা তাউবা চক্ল মনাদা ফাওবা য়াম্লি:— মীওইবনা অরাবা তারক্লবদা উপাই থিরকই। অকং-অকং পাষ্বৈ লৌনবা হোৎনবকই।

ঈশিংদা হাপ্পা শঙ্গোমদু কাঙানা শেংবা চিংথোক্ত্না থকপা ঙমবগুম্বনি:— থবক্কী মরম মুম্না খঙ্নবা হোৎনবা অমদি মম্নুংদা চৎলিবা রস অদু খঙবা ভাই। মুলা কংনা খঙ্নবা হোৎনবা কৈ।

ঈনাৎকী কিজোনদা মুক্কল চৎবা:— ইশাগী কুরুপতা অভোমগী মীয়োলদা লাইনিং লাইশোল ভৌরকপা।

ঈশিংপদা ঙা তাংবা, তোরোৎ চন্নৈনবা:— অমসু অমমু ইহৈ হৈনদবা য়ানিংদবা মওং লৈবা। মশাগী কান্নবা থিবা মীগী খন্দবা পুকচেল কজদবা। পুকচেল পীকপা মী।

ঈশিং ইচাওদু মঙাইরে:— পোৎকী মমল য়াম্না থুনা জিরি জিরি হেনগৎপা।

ঈশিংদা থাঙনা য়ানবগী মমি ভাবা হৌমদে:— ভৌর্থবা থবকশিং অদুগী মওং লৈতবা, থুৎকম চাংকমগী মওং লৈজবা পোৎনি।

**ঈরৈ অরুবদা ঙারুপ্পা মশানা তাবনি :—** ময়ল লৈবা, মীয়োক-মীচান কবা, জ্ঞান লৈবা, লৌশিং শিংবা মগুণ লৈবা ইনাকথুনবা মীশী মী য়াত্তে।

**ঈশিংগা থাওপা তিন্নবা অদু মঙাইয়ে :—**তোঙান-তোঙান তানবা অমগা অমগা তিন্নবা য়াদবা নুংশিনদবা।

**ঈশিং ঈয়াইদগী থিনগৎলকপা থরো-থম্বাল লৈখোম** তৈত্তে :— কনা পোক্লকবা, মশক মত্তৌ কজরবা, মহৈ-মশিং হৈরবা, ময়ল লৈরবা, ময়নচৎ করবা, মী অমা সহরদগী অথাপ্পা কাচিন-কোয়াদগী ওইরবসু, অকবা ওইরে। মহাকী মত্তৌ অতৈনা তমনৈ। মীওইবদি মায়ৈ, লৌশিং, জ্ঞান, কুচু-কুমেন, লমচৎ-শাজৎ, য়াখল খেন্নবদনি। অকবদি কয়বনি। মহৈ হৈবা মীদি মকম পুয়মক্তা ইকাই খুয়ৈ।

# উ

**উন্নরবনিনা কাইনগনি, কাইনরবনিনা উন্নগনি :—** মী থুদিংমক লাকপগী লম্বী যায়ৈ, হনখিবসু মায়ৈ, অমম লৈতে। তৌরম্বা থবক্তা অময়নি।

**উরাও থরাওবা মীনি :—** বা ঙাংবদা বা-বা লাওবা ভুমিন্না অমসুং তপ্পা বা ঙাংবা হৈজবা মীওইনি।

**উনা লোংনা তাবা উপ্তে হায়বদা মঙাইরে থিবা কংব্রে :—** য়ান্না কন্না পুক্লিং চংনা থরাই-হকচাং য়াওনা থিবা মমৈদা কংলক্তবা।

উদগী চাউবা খোংনাংনি, মনা পূংবা হৈনৌনি :—
অচৌ-অশাং অমসুং ইনাক-কৈরাক খুনবা মী ওইরবসু লাইরবা অমসুং অশোনবশিংগী চংজফম কংদবা। অদুগা মীয়োক-মীচান কবা অমসুং মীবু মুংশিবা মীদি ইনাকখুনবা অমসুং অচৌবা মী ওইদ্রবা কাওবদা মডোন্দা চংজফম কংনৈ।

# উ

উরোক লংথাকপগুম্বা থবক্তি :—খুংনা শুবা থবক্তা কালপ-কালপ তৌবা। তরু-তনান শূদবা থবক, য়েংবদা কজদবা মওং ওইবা। মতম লেন্নবা হাজিয়া খুংসু তৌরম্বনি।

উরোক্তা পাং-পানদা ঙা চারোই বাশকপগুম্বনি :—
থাজবা য়াদবা মীওই। হান্নবা মহাকী মরৌ খঙজুনা লৈরবা, মহাক্তা করিগুম্বা অচুম্বা থবক অমত্তা তৌবা উত্ত্রিবা মীওইনি। থাজ-নিংঙাই লৈতবা তাং তৌবা মী অমা।

উরেংগা উরাগা, চরোইগা চরোইগা তেন্নবাগা তেন্নবাগা, চোঙাগা চোঙাগা তিন্নৈ :— মান্ন-মান্নবা তিন্নৈ। শিকুং চাক-চা, লমচৎ-শাজৎ, রাঙাং-শাঙাং, মান্নবা মশেন তিন্নজুনা মুংঙাইনৈ, হয়াওনৈ। শিনফম মান্নবা তিন্নৈ। মান্ন-মান্নবা উচেক পাইন্নিন্নৈ।

উচি মখুল চঙবা মীনি :— থবক তৌরমদাইদা নাথৈজুনা লৈহৌবা, ময়াম তিন্নবা মতমদসু য়াওদবা। করিগুম্বা মতমদা

মীমাং থোকপা ঙমদবা, মচি-ময়াদা, কিঠি-কিরুম তৌত্রনা লৈবা মীনি। (উচি মখুল চঙবা মীনি)।

## এ

**এনরজি, টেক্নোলোজি, বিজ্ঞানগী লমজেন তান্নরা পৃথিবীদা, মণিপুরীনা মমিৎ পাংন্দ্রবরা?**—চাওখৎ খোঙথাংগী মরমদা পৃথিবীদা এনবজি লমজেন তান্নবক্নি, মণিপুরগীসু অমদি য়াওকম থোকই। মণিপুরসু মতম লাকনি।

**এন্থ্রোপৈডেদগী করক্রুগা, খাংঙু থক্তা ফো হায়বা হেক য়ারোই:**— মপা-মপু হাক্তগী অমদি মপোকী করক্রুগা লমখাংদগী শেম্বা য়ানা থোকল্লি। মা-মাগী হৈনবী লাকই।

**এঙ্গাংদা মী তুবনি, চেংদা মী তুগদবা নত্তে:**—হেজিঙ্গা খরচ তৌবা মীবুনি। চাগা য়েংদনা চাদিং তৌবা মীবুনি। এঙ্গাং অহাওবা চা-ননবা হোংনবদা চাদিং হেন্না তৌই। চাবা হায়বসি সমুক্তত্থনি।

## ঐ

**ঐনা ফরবদি জগৎসু ফরবনি:**— কজবা হায়বা অসিদি মীপুম খুদিংনা য়েংবা হৈ। পুক্নিং শেংবা য়াখল ফবা য়াম্না মরু ওই। অফবা ওইবদি মফম খুদিং চম্নবা য়াই। অফবদি মীয়ামা য়ানিংই। মীপুম খুদিংমক অফবা ওইবা কান্দা পৃথিবী পুম্বা পুকচেল মাম্নগনি অমসুং মুংঙাইগনি। ঐ মশক খঙগদবনি। (ঐনা ফরবদি জগৎসু ফরবনি।)

ঐ ঐনা লৈরুবা মফমত্তসু য়ুম্নি :— লৈকম
মুংঙাইনবা হোৎনৌ।

ঐনা তৌজবনা ঐনা ফংই, মানা তৌজবনা মানা
ফংই :— ঐনা-ঐনা তৌবা থবকী কল মহয় অহু ঐ-ঐনা
ফংই। কত্তবা তৌরে কত্তবা কল মশানা কংজে। অফবা তৌরে
অফবা কল কংই। (ঐনা তৌবনা ঐনা কংবা মানা তৌবনা
মানা কংবা।)

ঐনা তৌবা থবকপু মপা কনানা মোদোলৈ চীল্লনী:—
অথোই নাপন কাবা মশানা তৌবা থবক চুমলে হায়রনা
খনবা মী অমা। অহং-নাপল কাবা।

# ও

ওঝা, গুরুনা ছাত্র, শিষ্যশিংদা জ্ঞান, লৌশিং, ভক্তি
অফবা পাওতাক পিবী, তাকপি-তম্বী লৌশিনবা হৈত্রপা
মুর্থ ওট :— ওঝাগী গুণ চাওই। অথত্ত-অহৈশিংনা তাকপী
তম্বীরি অফবা মীইওবা সমাজ ওইননবা হোৎনবী। পুক্লিংগী অমম্বা
লম্বী কোকহল্লি। লৌশিনবা শিজিন্নবা হৈত্রবদি সমাজগী মাংনবা
মহিক ওইরকই।

ওঝানা তম্বীবদি থজিক্তা, ঐনা হৈজবনা অয়াম্বা :—
ময়াম্না চংনরীবা থবক্তুদগী হৈমন-শিংমন্দুনা হেজিন-মনবা থবক

তৌবা। অইং-অপা শাবয়বসু মীনা নুংশিদে। হৈং-শিংবা দরকার ওই। অখত-অইং শাবদগী শোয়বা। ( ওঝানা তঙ্খীবদি খঙ্গিক্তা ঐনা হৈক্তবনা অয়াম্বা )।

**ওংলৈ-তাৰৈ তৌবা** :—থবক্তা পুক্লিং চংদবা। মীং' ফায়-জয়বা ফাওবদা থবক্তু তৌবিদবা। লৈথোক্পনা লৈবা। থবক্তু তৌনিংদবা।

**ওক্তা তা থাবা** :— হৌরুরবদি থাম্বা য়াদবা, ক্বেঁ্র মচাগী মশুগ গুাকপা। শিবা কিদবা, মরিল লৈবা।

**ওহোকপা নহানি, মচা শুমন্তনা থম্নমলে, তোনাগী পেনা তাবা চেনখ্রে** :— অরুবা থবক হুন্দোক্লগা, ইরাংদা লৈবা।

**ওক চাক-চা, য়েন য়াহিপ তমউ** :— লৈজবা খয়না পেনবা তমউ। চারিমখৈ হাওই হায়গনি, চাবা য়াবা পোৎ ওইরবদি, চাবদা চিলহাও থিবা কান্নদে। মীনা মুংঙাই য়াইকবা কন্নক-মিহৌরুগম্ব, য়াহৌ ওনবা, মিৎ-না শিংবা মীদি মীমা লাকচদে।



**ঔরাইবদা কান্নদবদি অারদনি** :— শান্নবদা কান্নদবা মওংদা শান্নবা। করগা কবা অমঙ্গুং কত্রগা মী যুৎপা থবক। ( ঔরাইবদা কান্নদবদি অারদনি )।

ঔবা কদোম, কবো কদোম হায়বদুনি :— থাজবা য়াদবা মীনি, হনজিন-হনজিন ওাংহুনা লৈবা। চিন-কেন কবা, থবক্তি তৌদবা। উন-উনবা মায়োক্লহুনা লৈবা ককচেংগুম্বা মতম থওদবা. অচেংপা বা হায়বা য়াদবা, অওন-অওন চাবা মীতানি। মশাগী কান্নবা কংসগা লোইয়ে থনবা, মীতা য়েংহুমা থবক তৌবা। অচান-মীরাই নাইনা চংকনবা মীনি।



অহানবা শরুক্কী মথা—

# অনিশুবা শরুক

## বাহৈ লোনপৈ (অভিধান)

## (ব্যঞ্জন ময়েক্কী শরুক খরা)

## ক

**কৈথেল শেন্দাং চারা হেনবা হৌনদে:—** মীয়াম লৈবা মফমনা চাওখৎপা হেল্লি। সহরদা লৈবা মীনা খুদোংচাবা খুদিংমক ফংই। মনাক নকপদগী অক-ফত্তা খুদিংমক শরুক য়ারুই, অফবগী মনাক নক্লবদি খরদা ওইরবসু কায়বা ফংই।

**কালেন নোংগী মওংনি থাজরুনু নুপাদো:—** পুকচেল লেপত্রিবা নুপা অমা (পাথং)। "চাওবী নহাকীদমক্তি হারস্থনা থাজরুখিনু। হৌজিক ফাওবা, মপুকচেল লেপত্রিবা নুপানি।" পুকচেল লেপতবা মীদি তোয়না পুক্নিং হোংগল্লি। মমিৎসু য়ামগনি।

**কৈরাক থাবা মচা-মগুনি. ফরমগনি:—** হৌখিবা অহল-লমন মপা-মপু করম্বা, কম্মাইবা অচৌ-অশাং ওইরম্বা, অফবা শাগৈগী মীশক্তি। থবক তোথোরকপদা বাখল লৈগল্লি। ভক্তি ব্যবহার লৈনা ব্রা ভাংবা মীনি।

**কৈনা তাল্লগা য়ারক্তা চেনশিল্লু, শামুনা তাল্লগা চাংচেপ্তা চেল্লু :—** চেল্লগা হিংলোইদবা ওইরবদি চোংশিন্দুনা মাম্নোক্লহুনা থেংনগনি। মুংলমদাই থাংমৈনা খংঙাল ঙাল্লম্বগুম নত্রগা ইশা কঞ্জনবা হোৎনবনা খ্বাইদগী কৈ। কিগম্নু কিগনবা মীদি হুন্ন-হুন্না শিগনবনি, চোপ্পনি।

**কৈনা ময়েক মাংবা হৌনদে :—** ফজবা অমসুং অকবা মীদি ফনা অহুম্মক লৈগনি। ফত্তবনা ফত্তবগী মগুংদা লৈগনি। ( কৈনা ময়েক মাংবা হৌনদে )।

**কেবনা কেবাক হেক থোকইদা, মনঙ্গলদু চেংপাক থোক্লা য়ৈউ :—** চাওকে কেবা মতম অমসুং মতাং চাদনা কেবা, নিঙাই চক্রি তৌগনবা মচা-মগুনি।

**করিগী শগোল মশানো কাওসু কাওদে :—** হায়বা য়াবমখৈ হায়রগা করিস্নু মচি লেংদনা লৈবা, থবক অদু ইতৌ তৌথোরক্তবা।

**কৈথোম্ন থকপা মীনি :—** ফিংনা শাওগনবা, মীনা লাকচবা য়াদবা। রাখল খন্থদবা, অনিংবা অমদা অহুম চংপা, থবক অদুদা য়াম্না ফিংলা ঙাংথোক-শকতোকপা মীওইনি। মচিং-মশোন নাইবা মীওইনি।

**কলিদা চায়াম পোকপা, কলিদা ব্রাহ্মণ ওইবা :—** অরাবদা অরাবা হাপচিনবা মীয়াম চাবা ইমুং ওইবা, শূবা-নোম্বগী শেম্থোক লৈবনা মী অনিতগী ওইবা। পুশিল্লকইবা অদুনা

ইকোন-কোন্নদবা, হোজিল্লকপনা হেনজিল্লকপ., থবক খুদিংমক খুংমান্নদবদগী রাবা। ইমুং-মন্নুংগী অরাবা হকথেংনবা।

**কুলৈ কুচুদা লময়োবী নুপী লাইদে:—** তৌথোরকপা থবক্তি লাইদবা, মরিল লৈবা নুপী, মীনা লাকচবা য়াদবা মমিৎ য়াম্বদা ওইরবস্ সারবা রাদবা নত্তে।

**কাংকোক ভিংগাকোক,:—** করিগুম্বা অমত্তা লৈতবা, চানবা পোং-চৈ লোইথোকথিবা।

**কুরাত্ত-হং চন্দুনা লৈগদবা মীনি :—** থবক তৌথোরকপদা ময়ামগা মান্নদবা। রাখল অমদা ভাওদুনা লৈবা অঙাওবা মী। মীয়োন থুংদবা মীওইনি।

**কাবো নুংঙাইরে:—** অমনা থবক তৌবা, তৌরিবা থবক অচু শোয়রগা অতোপ্পা অমনা বল্লক পেনবা। অশোয়বা অচু উরগা হয়াওবা।

**কাংলম কায়না কাংদাবা—** তৌরিবা থবক্ত্ কান্নদবা, হোংতি হোংনবা। পাঙন্দা রাতুনা তোকপা, থবকী ফল কংদবা। মহৎ চাদবা, হোংনজমল মাওবা।

**কলি ভীষ্ম ওইরে:—** হন্নুরবা কাওবা নুপী খিদবা য়াওদবা নত্তে। লুহোং-কৈহোংদুনা নুপীগা লোইননা য়ুম পাঙবা নুপা।

**কক্লা মপাল সনা থাবা:—** অয়েম্বদা হোংনবা, পোক্তবনি হায়রুনা মীনা ভাংনখিনি খন্দুনা হোংনবা। মীনদি শিংথাবীদবা অয়েম্বদা তাবা, (কক্লা মপান সনা থাবা)।

**কাদি গুপারি, মনাদি অকংবা :—** অকবা হায়বসি শুকওই ওইরক্কবা। অরেং-অরেং পুংথখিবা।

**ক্কাক্কা শাইরোংগা, ঈশিংগা থাওগা তিন্নবচু মগুাইরে :—** অমগা অমগা তিংবা য়াদবা। তোঙান-তোঙান ভান্নহুনা লৈনবা। উনবা তিন্নবা য়াদবা য়েংথিনবা।

**কান্নগদবা মরম লৈরবদি হায়হুনা ময়েংউ, পিরক্ত্রগা মন্তুং তাই :—** ফগদবা লৈরবদি হায়রুবদা কান্নদবা লৈতে। মীওইবদি অমনা অমগী মতেং পাংনহুনা হিংমিন্নে। পোংতু কান্নগদবা লৈরবদি নিহুনা য়েংবদা পিরক্ত্রগা মাংবা লৈতে। য়াম্না লিকপা মীগী রানি।

**কোরফু-কোক্‌াল লাইর কোননি :—** পোং লৈবা কান্দা অকবা, মতম শাংনা চংকদবা য়েংহুনা লৈগনি। মসি শেম্লোক রাংপা তোয়না লৈজবা ঙমদবা মীনা হেন্না চেকশিন্না খনকম থোকই।

**কলম্না থাওদগী হেন্না থোই :—** মপাঙ্গল কনবা কয়াবু লৌশিংগী পাঙ্গলনা লাকশিনবা ঙমই। লৌশিংনা শায়ু কাবনি। কলমগী পাঙ্গলনা পুম্নমক শাসন তৌরি। পাঙ্গলনা থাঙ্গংপদি মণ খরদনি। লৌশিংগী কলম্না থাঙ্গংপদি লৈবাক কয়া মরুম থাঙ্গংপা ঙমই।

**কোরফু কায়থোক্লগা তুম্বা লেপশিনবা :—** অকবা মতিক মগুণ লৈবা পোং থাদোক্লগা, করিমু লৈতবা মগুণ

য়াওদবা পোং লেপশিনবা, থমজিনবা। ( কোরফু কায়থোক্লগা তুম্বা লেপশিনবা )।

**ক্বাক্কী লাম্ববাও চেনক্লে, চরোইনা তেতু খোঙলক্লে হৌগৎলো :—**

পুন্সিদি লানফম্মি। শূ-নোম্নগা হিংননবা চাবনি। অফবদি জীবশিংদগী চিদম, মত লৌবা যে। মতমবু হুংনা শিঙিম্নৌ। প্রকৃতিগী খোঙচৎনি।

**কৈথেল নানা বাশকপা, অমনা মম্মি ওইদ্রিবৈদা বাশকপা লৌবা য়াদে :—**

ভাংখিবা অচুম্বা ভাক্তা ওইদমগনি হায়না লৌবা য়াদবা। মতমতুগী ভম্নবা পঙহায় হায়নখিবা। থবক ওইনা তৌবকপদা ইরাই লায়দবা ওইবা। শোয়দবা রানি হায়না লৌবা লানগনি। লৈতোন্দা শরা পাকগী রানি।

**কোন্নুংগী নিংথেম নুবীনা চক্ফুবুনা মহৈরা, কেগাগবুনা মপাল্লা হংবগুম্বনি :—**

মীওইবনা রানা-নংনা লেল্লম্বদগী কবিগুম্বা খুদোং চাবা অমা ওইখিতুনা নিংথৌ লাইবক য়ুমদিম্নবা ওইতুনা নুঙাই য়াইফবা অমা হেক ওইখিবদা লৈত লায়রা মী কয়াগী অরাবশিং কাউথোকই, খঙজিম্নদে। মশাগী অশোয়বশিং মীমাংদা পুথোক্লিংদে। উংনা রাইনা খুমতুনা চৎনিংই।

**ফুনাক বারী মতেক :—** থান্নবা মমাংচৈঙদা নিংথৌ অমা পানশী। নিংথৌগী মহাবাণী অমু সহরদগী খরা লাপ্পা ল্মমদগী ওইরম্মী। মহাবাণীসে মশক মতৌ য়াম্না ফজবী মগুণ লৈনি। মহাবাণীসে খুৎনা শূবা থবক-ইথাংগী মরম মুন্না খঙবা অমা ওইবম্মী মহাবাণী ওইদ্রিবৈঙদা মশাগী খুৎশু ওইবম্না থবক অমু মনাইশিংদা ওনশিন্দুনা পোৎশিং অদুগী মবম হংলুবদগী থাকখিবা মাইহনি হাযনৈ। (কোন্নুংগী নিংথেম মুবীনা চফুবুনা মইহবা কেগাম্বনা মপাল্লা)।

**কাক্কি কোকিলনি মরুন্ত য়েরগা খঙই :—** খোঙলগা খঙগনি। মীগী ভাংথোরকপা তাযগা মীগী মগুণ খঙই। ঈশিং লুই লুদে খবো-থম্বাল মরীদা খঙবগুম্বনি। পোৎকী মহাও চারগা খঙই।

**কা-য়োনবীগী তাইমোদা (তাইবুংঙো তেকথড়না লৈরি, চেংবা কাগড্রা হায়রগা চেংবা কুম্বগী থবক্কি :—** মতম প্রুম্নমক্তা মযাম লৈবা মকমদা পোৎ য়োল্লি, বারেম ভাংনবগী মতমস্ু খন্না মখৈদি ফংলৈ। কনাগুম্বা পোৎ শিৎচরগা লোইরে খনজবা যাংদবা নত্তে। পোৎ লৈবা মীদা লৈশি-লৈথোন চিরোন তৌদবা নত্তে। কনাগুম্বা মুপাদি অরুবা মথৌ হুন্দোকুনা ইবাংদা লৈথোকপা যাওদবা নত্তে। ভুংভাইবনা অবাবা খঙদবা হায়বত্থনি। মমৈদা হান্নবা কয়া ফংগন্দবা।

**কুম্মৈ য়েংবা লাল্লোইনবা :—** মীগী শংন-চৈনবা য়েংহুনা লৈরিঙৈদা ময়াম ফুনরক্তুনা চেনখম লৈতবদগী খুদোং থিবা নংবা।

**কালেন হুমফু পান্দুনস্থু নোংবু চুরবদি হেক্তা ঈংথম্মী :** লৈরিবা জীব পানবা পুম্নমক প্রকৃতিগী ( নেচর ) মথা পোনবা ঙাক্তনি। মীদি প্রকৃতিগী অরৈবা মীনাইগুম্বনি কাউক্কদে।

**কাল্লে ফুরে কান্দ্রে ফুরে :—** হেন্দোকপা ইয়া য়াদবা। মনিং মনাং থংচিলহুনা ঙাংবা, চেনখম ইয়ৈ লৈতবা। হা, শক্তি নমাংদস্থু লাং, নতুংদনা শা তানবগী তেন। লৈথোকখম লৈতবা শুকশোয় শোয়রয়োইদৌবা, লৈপাক্তা খুংহুম্না থাবা।

**কাবা মতোন লোয়্নপা কুম্বা নাইবনি :—** মীওইবগী পাঙ্গল, লৌশিং অমস্থুং তৌবঙম্বা শক্তিনচিংবা পুম্নমক্কী ঙমখৈ লৈ। মীনা ঙমখৈগী য়াংমদা হেন্না তৌবা ঙমদে।

**কাককৈগুম্বা মীনি, তীলাইখোম্বীনা থরা কৈ :—** মীঙোন্দা হায়জবগী ইকাই-ইকি খঙদবা নপথ্রখদা ইম্থোক্তি ফাওবা নপুনা লৈবা। ফত্তবা ইকাই খঙদবা মীনা নপথিবদি লৌখোকপদা য়ানা থোকই।

**কৈ-মুক শিন্নি :—** মীনা কয়া শন-মোট ওইননিংদবা। কনা কনাগুম্বগী মকমদা, কনাগুম্বা অমা শুপ্তিন তিয়নিংদবা, কি-তুকচ্চবা পোকপা পোং নত্রগা থবক ওইরবস্থু সুকপাম পামজত্রবা।

**কোকচাবী লাক্কনি তোকঙা শন্দোকনু, চিন নমউ :—** গুইদবা রা ঙাংবা চুমদে। থোদাগী য়েংহুনা মীনা মীবু মকোক্তা নোংমৈনা কাপতুনা হাৎনরে। মানুংশি লৈতবগুম তৌরে। মীনুংশি লৈবা কৈ।

**ফঙ্গা বারী মতেক :—** শোক ১৯৭৮ ইং দা মণিপুর পুলিশ ডিপার্টমেন্টগী এসঃ আইঃ দোরেনবু শেগা লম্বী কাকৈথেল তখেল লৈকাই মপাদা মশক খঙদবা মীওই থরনা মকোক্তা নোংমৈনা কাপতুনা হাৎখিবা মতুংদগী শনদোকখিহুনা মণিপুরগী মচি ময়া, তম্পাক, চৌং-মাল কাওবা য়োথ্রে। মী কয়াগী পুন্সি মাংথ্রে। মণিপুরগী মী অয়াম্বা লিশাং-শিংনা রানৈ। মী থরদি মকোক্তা নোংমৈনা কাপতুনা হাৎনথ্রে। মণিপুরদা লৈবা মী অয়াম্বা মিপাইনা পুন্সি লেপ্লে। থোকলক্কনবা মী খুদিং হোৎনবা কৈ। (কোকচাবী লাক্কনি চিন নমউ)।

**ককচেং উদগী তাড়ুনা শিবা হৌনদে :—** মশাগী হৈনজরবা থবক্লা খুৎলোয়বা হেল্লি। মররারীনা লল্লোন-ইতিক্কী মরমদা খঙ-হৈনা তৌই। থবক তৌবদা চুশিনবা হৈ-শিংনা তৌবা।

**কিরবদি চঙলুরনু, চঙলুরবদি হল্লরগনু, পায়ক্করবদি থারুন্ন :—** থবক অমা পায়খ্রিডৈদা হাল্লা মুল্লা বাখল তৌকম থোকই। পাংথোকপা ঙমগনি, উখ্রিবা খঙখ্রিবা থবক্কু তৌদবনা কৈ। ঙমগদবা অহুনা পায়বা হৌক্করবদি থবক অহু লোয়খ্রিবা কাওবা তৌথোককম থোকই।

**ফঙ্গা বারী মতেক:—** মতম অমদা মখোঙ তেকপা মুপা অমগা, মমিৎ তাংবা মুপা অমগা মরুপ ওইরম্মী। মখোয় অনি ওঝা গুরু খনবা চৎলম্মী। মখোয় অনিনা গুরু খনবদা মখোয়গী ওঝানা হায়, করে নখোয় অনিদা করিস্তু পীনিংঙাই লৈতে। নখোয়না কাউ রাইদৌবা রাফমদি — "কিরবদি চঙলুবম্তু, চঙলুববদি হল্ল বগম্তু, পাযরুবদি থারুম্তু" হায়বা রাফম অসি তম্মীরে। মখোঙ তেকপা মুপাহু মমিৎ তাংবা মুপানা লেংবান্দা হাপ্পগা পুত্থনা চৎখ্রে। মখোয় অনিসি অম্তুম লাকপনা য়াম্না লিকপা মুপা অমগী ইখোলদা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী অহুদা হৈনৌ অমুনবা পানবহু উরহুনা মখোঙ তেকপা মুপানা মমিৎ তাংবা মুপাদা হায়রকই। হৈনৌ ফজবা মযাম পাল্লে করম তৌশিগে? মমিৎ তাংবনা খুম্লকই, ঐহাক কারগা হেকলকে, নহাক্না মখাদগী তাক্লকউ হায়হুনা মমিৎ তাংবা মুপাহু উথক্তা কাখৎখ্রে। মখোঙ তেকপনা তাকতুনা হৈনৌ খরা হেক্লে। মথংদা মহাক্না অশুম কাখৎখিবনা হৈনৌ অহুগী মশা মঙা লোংবা জগা অমদা চংশিনখ্রে। মক্কম অহুদা চাওরবা লিল-খোক হাম্নবা লিলগী নিংথৌ অহু কৈদেক কোন্দুনা লৈরম্বহু মকোক্না কোম্ননা পায়রম্রে। মমিৎতাংবনা পায়রগা থাংগৎলক্লে। খোঙতেকপনা মখাদগী লাওই, "হো ইতাও ওঝানা তাকপা 'পায়রুরবদি থারুম্তু, চঙলুরবদি হল্ল রগম্তু, কিরবদি চঙলুরম্তু হায়বহু কাওবা য়াদে"।

লিল অহুনা কামজকপদা মমিৎ তাংবা মুপা অহু মমিৎ উরে। মহাক্না লিল অহু কম্না পায়থংপদগী শিরে। লিল অহু লংখরক্নুনা

মখোঙ তেকপা মুপা অদুগী মতম্বাক্তা তাখ্রে। মখোঙ তেকপা মুপা অদুনু খঙমনখিদুনা ফন চোংবদগী মহাকনু মখোঙ তেকপা করে। মখোঙ তেকপা মুপা অদুগী শিংলি থুপচিল্লবা অদু করে। মমৈদা ময়ুম-ময়ুমদা হন্নখি অমসুং নুংঙাইনা পানখি।

**কালৈ পোলাং হঙোই খোরাং :**— থবক তৌবদা পুক্রিং চংদবা খরাই য়াওশিন্দবা থবক অদুগী মচু তাদবা ওই। থবক তৌবদা নাচংদবা, কালপ-কালপ তৌবা। (কালৈ পোলাং হঙোই খোরাং)।

**কুমগা লাইগা পাবা :**— অরাবা খোদোক অমা কোরনবা হোৎনবিঙেদা অতোপ্পা অরাবা হেনকত্রবা খোদোক অম-মুক তোপশিল্লকনা হেন্না রাহনবা। (কুমগা লাইগা পাবা)

**কান্নরোইদৌবদি পোমলিঙেদা থদৎপা কৈ :**— করারোইদবা, সমাজগী অমাংবা ওইরকদবা, মহিক্না লমথাংদা মাংহনবা কৈ। অচৌবা অকাইবা ওইরকদববু হৌরকপদা মুথৎপা কৈ। লমৈ মৈখোঙদা মুথৎপনা কৈ।

**কমলাক কুরু-শুংলে, হনু-মানহৈনরক্রে :**— হনুবক্রে, মীওইনা অমসুং জীবশিংনা হেক পোকখিবদগী নোংমা-নোংমগী শিবলৈ মাইকৈদা চংশিনলকই। অমর লৈতে। চহি য়ামশিল্লকপা, হনুরবা নবদা কত্তরক্তবা মীবুনি।

**কৈগী মমৈ ওইববুদি হৌদোংগী মকোক ওইবনা কৈ :**— মীগী মথাদা থবক তৌনিংদবা। মীখা পোল্লিংদবা, মীকোক থোংনিংবা, নীং-তমজনিংবা মীওইনি। মী খরদগী ওইরবনু মকোক থোংনা লৈবা কৈ।

# খ

**খৈরোইনা উথক্তা কাতুনা মথ্বায় হিংহোরে, মরাল লৈজদবা উনা ময়ামা কম্থুতুনা কেনহলখ্রে :—** মীযামগী মমুংদগী লুচিংবা ওইরম্বা খয়না চংনবী থুগায়বগা মশাগী কান্নবা য়েংখিবা। মতুং ইল্লবশিংনা অবেম্বদা মথ্বায় মাংখিবা লুচিংবনা নাথৈদুনা হিংহোৰা। ( খৈরোইনা উথক্তা কাতুনা মথ্বায হিংহোরে. মরাল লৈজদবা উনা ময়ামা কম্থুতুনা কেনখ্রে।

**খোংনাংনা খোইজৈ ওইরগা শামুনা খোইচাক ওইদুনা ঙা-নপ্পা খোই থাকপিনু :—** ওইখোক্লোইদৌবা তৌববোইদৌবা থবক্তা ঙাবা কান্নদে। মসিবু রাজাও ঙাংবা কৌই।

**খমব্রাংচাক্লা লাইনিং কল্লগা নোংইন ওইরকই :—** কনাগুম্বা অমদা মঙোন্দা ওইখোকপদা রাগদবা থবক অমা উইন্ কন্না, অহনবা লৈতনা হোৎনজবদগী মমৈদা থবক অদু মপু কানা পাঙথোকখিবা। চাকনিবা ওইরম্বদু মপু ওইরকই। ( খমব্রাংচাক্লা লাইনিং কল্লগা নোংইন ওইরকই )।

**খোঙনা চৎনা মং থিবা :—** খঙদবদগী মশানা তৌজরুবা থবক্লা মশাগী মাংনবা ওইখিবা।

**খোন্না মতোয়না নৌরবদি হারুনু :—** মপুক মমুংদা মরৌ লৈবা। কা-হেন্না ব্যাবহার তৌবা, তৌফম থোকপদগী হেস্কিন্না লূনা চান্না তৌবা। মসি চিরোন তৌবনি হায়না লৌগনি। খোংদনা চিকপা হূইগুম্বনি।

**খোইরুগ্র মোগোন তৌখিধড় চাকঙেকপীনি** :—মথরাইনা চাজবা মুংশিজবা মুপী নত্রগা মুপানা মুংশিবগী ঈক্সিং খিত্তং উংখিবহু শিংজরিবা মঙোন্দদি অঙকপা ষংনা পূক্লিং হয়াওজৈ। মুংশিনা, পামজবদা ফজদবা লৈতে। পুক্লিংগী মথা পোল্লি।

**খিক্লোয় অমত্তনা চাংদম্বা, লাংনা গ্নমত্তনা পান্দম্মী** :—রাঙাংশাঙং, লিচংশাঙং অমত্তা ওইনা উবা মীশিং। মান্ন-মান্নবা পাইমিগ্নে অমমুং তৈগ্নে।

**খুমিংখুদাংদগী হৌবা মচা-মশু** :— শাগৈ-জাং কয়া পাংদবা ( কত্তবা ) মচা-মশু, রাঙাংশাঙাং কয়া কজদবা, তৌ-থোরকপা থবক্তা থকসি-খাসি কয়া য়াওদবা। শক্ত তৌদবা। ( খুমিং খুদাংদগী হৌবা মচা-মশু )।

**খায়দোকপা হৈতবা, তিনশিনবদা খংবা মীনি** :—মীওেন্দা পীথোক্লিংদবা, লৌজনাম-পুজনামদা ইকাইদবা মীনি। লৌশিন-নবদা খোংচিন্নবদা হোংনবা। অরিকপা মী, ইকাই খঙদবা। মীগী কয়া খন্দবা, মশাগীতা খনবা।

**খাঙথক্কী মরুপনি** :—খঙনরুবা কুইজ্রিবা, মুংদি-মুংশিন্নবা মী অমা।

**খুৎ খুম্বা মীনা থাবা পোৎতি ফগল্লি** :— এঙ্গাং-নাপী মরু-মরাং থাবদা কগনবা মীনি। মহৈ-মরোং কজনা পানবা।

**খঙত্রবদি তুমিন্না লৈবনা ফরবনি** :— খঙদনা অহৈ-অপা শারুন্নবদি চোম্না নংই। খঙদনা থবক তৌরুবদগী খুদোং-থিবা অরাবা তাবা কয়া য়াওদবা নত্তে। ( খঙত্রবদি তুমিন্না লৈবনা ফরবনি )।

**খাওঙ্গাবু লম মাপল শাংবা মচিল মৈ মুবা হৌবা :—** হৌগংলকপদা মঙাইরিবা থবক্লি করিগুম্বা থবক অমা মতম থরা খজিক চংগদবা, লোইরকপগী মতম খওদ্রিবা থবক্লি।

**খুৎ ফত্তবদা সেনাপতি ওইনা :—** মী ফত্তবা মযামগী মুচিংবা, মকোক ওইবা। থবক তৌমিন্নবিবা মীশিংভু পুকচেল খোয়জেল তিন্নদনা, থকসি-খাসি কযা লৈনদবা মীওইশিংমি, খোংলাইনি ফত্তবা। (খুৎ ফত্তবদা সেনাপতি ওইবা)।

**খে নশৌবনা কোম্বোং হব্বানবা :—** মপুকচেল শেনদবা, মরুপ মপাং ওইবদা খুউ শেনবা কৈ।

**খোয়খা-লিনখা থানদনা তেনশিন্নবা কৈ :—** অমম্ব অমম্ব শাওনদনা থবক ঙমনবা হোংনবা কৈ। মলোম তৌনদনা খোকখ্রিবা থবক অহু থুনা লোইশিনবা কৈ।

**খোঙ (মনুং চংবা) হাসদবু মচি-মরুমদা হাম্বনি. বা ঙাংবদি মচি-মরুমদা ঙাংবা হৌনদে :—** থবক তৌবা খুদিংদা থৌনা ফনা তৌগদবনি। বা ঙাংবা মতমদা মীচন-মীচনঠি ওইহনা কিঠি-কিরুম তৌবা হৌনদে। তৌকম থোকপা থবক্তা থৌনা লৈবা কৈ। বা ঙাংবা অমম্বুং থবক তৌবদা ফোরটি লৈবা কৈ।

**খাং পনশিবম, তাবদি লাংবল উচি খোইগী খাংদানি :** খাংদ কত্তবা মীতা। কজবদা মোইরাং খোইবী হায়নরিবনি।

**খোইরেল মশা পাইনরে :—** করিগুম্বা থৌদোক নত্রগা থবক অহুদা মীপুম খুদিংমক কোইরাং লাংলে, পুমনিং নিংলে।

মী পুন্নমক থবক অদুদা পুক্সিং লুপ্তনা থরাই হকচাং য়াওনা কন্না হোৎনথ্রে। থবক অদু মরী লৈনবা মীওই থরদি, মতমগী মতুং-ইন্না হোৎনদবা য়াদবা থবক।

**খুদ্ধাই মপু ফাদোক তাবা :—** অচুম্বা অদুবু অরানবা কয়ানা হায়জিন্দুনা অরাবা তাহনবা। অশেংবা অচুম্বা অদুগী চপ চাব প্রমাণ পীবা ঙমদবা অমা। ধর্ম লৈতবা অচুম্বা তৌদবা।

**খণ্ডনবা লাকই শেনমাং ফুক-কৎলু :—** য়োম্লিব পোৎ অদুগী মমল খরা তাগত্রা থন্দুনা চংলুরগা, মরুপনি হায়বগী কনিশঙা অমত্তা পোৎকী মমল তাদনা হায়রকপা। মরুপ অদুমু কনাই-থাংলগী পোৎ অদু লৈবা। (খণ্ডনবা লাকই শেনমাং ফুক-কৎলু)।

**খুৎকী খুজিবু মিংশেলগী মথৌ লৈবরা :—** ইশাগী অশোইবদি ইশানা চুমথোকদবনি। শোইরে খণ্ডলবমক্তদা লৈথোকপা চুমদে। মীনা হয়বা ঙাইহনা লৈবা হৌনদে।

**খোৎনাং পাম্বীব, হৈনৌ পাম্বীনি হায়বা :—** কংয়েং য়েংপা মরৈ তৌবা মীনি। ওইরোইদৌবদু অওইবা শাহনা ঙাংবা।

**খোক মতোলদা ফীরাল হাইবা :—** অরাবদা অরাবা হাপচিনবা, রানা ফেৎ-ফেৎ হাইহনা থাঙবা। মী অদুগী মতেং পাংবীনবা লেতবা। মপাল ফরিউৎদমু মী কয়া ফত্তবা। দাও য়াদবা, অবেং-অরেংদা পুৎথবা।

**খুনু অরৌবা মাল্লে মশাসি :**— ময়াং শাখিনা কংবা, কুচু-কুমেন মুশিনবা। মতম শাংনা মশা ময়াং কংনা নারকপা মীওই অমা।

## গ

**গৌরমিঠাই মিশিদা শিরগনি :**— পৌকশিন-চংশিল্লক্কনা শোম্বরকপা। ময়াং কংশিল্লক্কনা ইন্দ্রি মমুং শেংলম্বা মীওই মশা খিং-খিং লাওদবা, অম্নম-অম্নম পৌকশিল্লক্কু। শিবা মীশি

**গাড়ী ড্রাইভরনা গাড়ীগী মগুণ খঙই, লম কোইবা মীনা লম্মিং-তুমিং খঙবা (হল্লি :**— নানা মানা তৌবা থবক মরম খঙবা হেল্লি। ওক্কবা মীনা ওক্কবগী মরম খঙই। অকবন অকবগী থবক্তা খঙই। পূমম্মক অসি পুনশিল্লগা সমাজ অমা ওই।

**গাড়ী যণ হনুবনা ভাওরগা শিপা চায় :**— ভাওশিন্নবদা মতম চাত্রবা অহল ওইরবা কিভম। অহল ওইরবা অতুনা মতম চাদনা হেলাং থাংবা অমদি ভাওশিন্নরবদা পকচদবা। মতম চাদনা মেলৈ লাংবা।

**গুরু বাক্কং পায়ম্নু থুরুমবীগে :**— চংনরোন খঙদবা সঙ্গ তৌদবা অপংবা মী।

**ঘী চাবা সার মচি অমা, অহিং তুমদবা সার মচি অমা, নুপী ফুবা সার মচি অমা :**— থবক খুদিংমক চাং নাইবা কৈ। হোৎনরবদা ভমদবা লৈতে, ভম্বা য়াবা ওইরবদি। চাবা-মচেৎ, তুম্বা-মচেৎ, কান্নগদবা লৈরবদি অহিং মিংশেল খাংনা থবক তৌবা কৈ।

মুপী মচিল কনবা, মপুরোইবদা থকসি-খাসি খঙদবা অহুদি চুমথোকপা কৈ। ঘী চাবা হক্কচাং কৈ।

**ফ্নাক বারো মতেক :—** থাইনা নমাংঙৈদা লুখ্রাবী মচা তোনানবা কৌবা অমা লৈরম্মী। মহাক ওঝা-গুরু খল্লম্মী। ওঝা গুরুনা মাঙোন্দা হায়রম্মী, ইপানা নঙোন্দা করিস্ম হায়-নিংঙাই লৈতে। নহাক্না কাউমোইদোবা রাকম হায়ববু "ঘী চাবা সার মচি অমা, অহিং তুমদবা সার মচি অমা, মুপী ফুবা সার মচি অমা" অসিনি। তোনানবনা খল্লি, ওঝা-গুরুনা তাকপী-তম্বী-বনিনা লৈবাক নিংথৌদা চাংয়েং তৌরগে নিংলে। সিদ্ধ পানবরা পান্দবরা খংনিংলে। ওঝা-গুরুনা তাকপনি। নিংথৌগী মকমদা চংজরে। লাইনিংথৌ ইবুঙো, ননাই করিগুম্বা অমতা হঙ্গংচগে। "কারিনো হায়য়ু" "ঘী চাবা সার মচি অমা, অহিং তুমদবা সার মচি অম, মুপী ফুবা সার মচি অমা" হায়রিবা রাকম অসি নিংথৌদা হঙ্গংলি। হায়রিবা অসিমক নিংথৌসিনা চাং য়েংলে। ঘী চাং নাইনা চাহুনা য়েংলে। মশা য়াম্না করে। মথংদা কৈথেল লাইরেম্বীগী বাক্যদগী খঙলে। নিংথৌ অসি কাল হায়বা (লাই) লিল অহুনা চিক্কুনা শিরগনি। অদুবু নিংথৌ অসিনা হায়রিবা অহিং অহুমা তুমদনা কাংখল মমুংদা লৈরগা মহুগী মনাক্তা শঙ্গোমগী কোম অমা, চুহিগী কোম অমগা থমলে। লিল অহুনা চুহি, শঙ্গোম থকলিঙৈদা থাঙনা কক্কুনা হাংহোরো হায়না লাইরেম্বীনা লাওরক্লে। লাইরেম্বীগী পাউতাক মতুংইন্না থবকশিং অহু তৌরে অমসুং লিল অহু হাত্তোকখ্রে। নিংথৌসি হৌজিক

হিংহৌরে। মহাকসি ঈশ্বরগী বর লৈবা নিংথৌনি। জীবা পানবা খুদিংমক্কী মরোল খঙই। নোংমদি নিংথৌ অসিনা চাক চারগে তৌরিভৈদা গর্ভ পুরবা হয়িং অমোম অমগা, লাবা অমগা পুম্না নিংথৌগী চাকলুক্তা তোংলরে। হয়িং অমোম্না হায়, চাক অসি ঐ চারগে। লাবনা ঐসু য়াওগে। অম্মুম্না ভাংনরিভৈদা নিংথৌনা নোক্লে। নিংথৌগী মহারাণী অহুনা করিগীনো লাইনিংথৌগী হুংভোনা চাক অহুদা য়েংলগা অহুক কম্না নোকপিরিবদি? নিংথৌনা খুমই, করিসু তৌদে। "তাকপিত্রবদি ঐহাক ঈশিংদা চোংথহুনা শিরগনি" অসি হায়রকপদা নিংথৌহু শাওরে। নিংথৌনা জীবা পুম্নমক্কী মরোল খঙলিবা অহু কনাগুম্বা অমদা হেক হায়দোকলুবদা অকাউ-পরৈ ওইরো হায়না লাইনা শাপ তৌরমই। মুপী ওইবীগী চক্রি খাঙবা রারম্মী। মমৈদা নিংথৌ অসিনা খল্লি। মুপী যুনা সার মচি অমা নিংশিংলক্লে। অহুদগী মহারাণী অহু ফুবা হৌরক্লে। মহারাণীনা মতুংদা অমুক তৌজররোই হায়বদগী নিংথৌ শাওবা ক্ষখিহুনা মুংডাইনা পানখি। লুখ্রাবী মচা অহু ওবা-ওরনা তাকপী-তম্বীবগী মহয় নিংথিনা ফংজখি। অমদি নিংথৌনা পল্লহুনা মনা-মথুম য়াম্না পীহুনা মুংডাই য়াইফবা অমা ওইখি। — চ'বা সার মচি অমা, অহিং তুমদবা সার মচি অমা, মুপী ফুবা সার মচি অমা)।



ডাকপি হৈবগা মাল্লবা অতোপ্পা লাইনিং লৈবা নিং:— পুকচেল চাওবা, রাখল লৈবা, মীমুংশি চাওবা, বুদ্ধি লৌশিং

শিংবা, মপুক্‌চেল ফজবা, জীবশিংবু নুংশিবা মীওইনি। অফ-কত্তা খন্থবা ঙম্বা, মীন্‌ংশি লৈবা মীনি।

ঙান্নু মচা ঈশিংদা তাডুনা শিবা হৌনদে :— লোক্তাক মযাইদা লৈবা ফুম মথক্তা যুম শাডুনা লৈবা মীগী অঙাংশিংনা ঈশিংদা ঈ:বাইবা হৈগল্লি, ঈশিং কিদে। নকশিন্না লৈমিন্নরবদি কিবা খরা মখৈ ফে।

ঙাগী লৈগাক্লগী অকন অরিংনা পানবা :— অচৌবা অকনবা থৌনা লৈবা কাংবুনা তৌনিংবদা তৌবা। অশোনবা কাংবুনা রানা লেনবা। ঙা অচৌবনা মচাবু কাডুনা চাবা। অকন-অকনবনা পানবা। বিচার হাজার নাই হায়বডুনি।

ঙাংবদি বিলাইটিনি :– ঙাংবা কবা, য়াম্না হৈ-শিংবা। ব্রিটিশশিং অসি অমুক্কী মতিক হৈ-শিংই। বিলাটকী ব্রাঙাং মানবা। চাওখৎপা লমগী, রাঙাং-শাঙাং শাবা।

ঙাগা ঈশিংগা, ঙান্নুগা খোঙবানগা :– হিংমিন্নবা অমম্বুং লৈমিন্নবদা চংদবা য়াদ্রবা। অমনা অমবু দরকার লৈনবা।

ঙ্‌প্রেতপ মমৈদা খুজিন্না শিকপা :— মতম লৈশিনক্তবা, খরা মখৈ হোংনবগা ওইবা য়াবা। মীনা য়াম্না হেন্না খুমাং চাওশিনগ্রবা। ঙ্গাবাই মচিদা থোইদিং থম্বগুম্বনি। হৈহৌদ্রবদি শোইবা য়াবা মতমনি।

ঙক য়োল্লগা সেনাপটি ওইবা :— খাঙবা কনবা, থৌনা ফবা, মরিল লৈব, মথৌ খঙবা, চিশিল্লকপা মতমদা থবক্তুদা

চোংশিনবা। কিবা লৈতবা, চংলুবা থবক্তুগী মাইপাকপা তানবা, থবক্তুদা নিংহন্নদবা, মকোক থোংবা তানবা।

**ঙানপা ঈশিংদা মথী ফায়বা উবা :—** মীতেক-মীবৌ উবা। মাং-তুং খঙবা, কাচিল-কোয়া য়েনা উবা। লৌশিং শিংবা মীনি। খঙগন-উগনবা মীওইনি।

**চরাংনা তা মতোলদা তোংলপা, ক্বাক্বা মথী চিংলি :—** মী অমনা লাইনা তৌবা থবক্তু, অতোপ্পা অমনা মাগীদমক মুংশা থিবীবা মিপাইবীবা। দোলাই তোংবগীদমক্তা রাইকুপ পুবীনা রাবীবা।

# চ

**চাদবনা লৈ অসি তু কাপ-কাপমুক শাংলে :—** অগাও-অথুম অমসুং শা-ঙ, মনা-মশিং মরাং কাইনা চাবা ফংলক্তবা। লৈতবদগী মতিক চানা চাবা থকপা ঙমদবা।

**চগোত্তগী চন্দোল লামই :—** মফমদি হায়না লৈজবব, থবক্তু তৌকরো হায়জনা তৌবগা ওন্ন-তৈননা তৌব, মওং তাদবা। নাপ চাদবা থবক তৌবা। কোম্না তৌগদবা থবক্তু থোওং খঙদজনা রানা তৌবা।

**চিত্র-কুপ্ত হেক ওইরে :—** মীগী মীতেক-মীরৌ য়েংবা হৈবা। থোকপ্রবা থৌদোক রাফম অমুক হন্না মরিক চুম্না লিজনা অতোপ্পা মীওইদা তাহনবা হৈবা। অশোয়বা থিবা হৈবা।

**চু চারুচো হায়জনা চংপ্রগা মংপ্রা চারপা লাক্লে :—** নিংবনা অমা, থবক্লা ওন্ন-তৈননা তৌরকপা। কত্তবা থবক্তু চুম-থোক্নবা হোংনবদা অথোম্নবা।

**ফুঙ্গা বারী মতেক :—** থাইনা মমাংথৈদা লুপ্রাবী মুপী অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মচানুপী অমা লৈরম্মী। মচানুপীবু লোবা ময়া মুপা অং ময়া য়াথী থাংবা উবদা, মনেমবোক্তা মতু কোক্লবা হায়দুনা চু চানবা থাগ্রগা মংগ্রা চাদুনা হল্লকখি হায়নৈ।

**চিঙ্খৈদা চিল শাংতোন লিৎপা :—** থবক চিঙ্খৈদা, হং চিনবা য়াবা মওং অমা অমুক লাকশিনবা। হায়রিবা অদুসু থারোকপা য়াদবা।

**চেংপোংতা মাইরেল তোপ্পা :—** মী অমনা পুবা ঙম্বা পোংয়াম অদুদা মওং-মতা চাদনা পোং হাপচিন-তোপশিনবা। যান্না পুহল্লিংবগী মতৌ। থবক রায়োং থোক্কবা।

**চক্লিকীদমক ঈরী থাকপা :—** থাজদবা ওইরোইদবা মীওই অমগীমক্তা ময়াম চংদুনা রাবা। খাইনা কহন্নিংবা, মশানদি পাংজদবা।

**চেংবা কারগা-কা, চেংবা কুম্লগা কুম :—** থবক্তুদা হোৎনদুনা য়েংবা করগা করে, কক্রগা কক্রে খন্দুনা লাইবক য়েংবা। থবক্তুগী মরমদা মপুক্লিংদা থম্না কিতক চাবা মওং লৈবা। চেংবা কারগা কা চেংবা কুম্লগা কুম।

**ফুঙ্গা বারী মতেক :—** থাইনা মমাংথৈদা লুপ্রাবী মচা কতল কৌবা অমা লৈরমই। খাইনা মহাকপু ওঝা পণ্ডিত কৌনবদগী পণ্ডিতনি হায়না খঙমৈ। লৈপাকসি নোং তাদহুনা তাইবঙ মীওইবা, শা-ষণ, জীবা কয়া, অচৎ-চৎতা পুন্নমক য়াম্না রানরে হায়। মহাক অসি ঈশ্বরগী নোংদমখোন্দগী উচেক-বায়া জীবগী মরোল

খঙলমই। মহাক্না খঙলে, মতুদি হৌইদগী লৈবাক অসি ইকুই কুইদনা নোং তাবগনি। মহাক্না চত্তনা নিংথৌদা মবম পুম্নমক হঙ্গংশি। মহাক্না হায়রবা মতুং-ইন্না লৈবাক অতু নোং তারে। অচৌ-চৌত্ত জীবা, ৮ম্নমক য়াম্না মুংঙাইরে, ঈশিংনা খোংবাল-লুক্রাং থনপ্রে। খঙহৌদনা নোংমদি নিংথৌগী সনাগী চিনদৈং খুজাই মাংপ্রে। মনাই-মশনশিংনা থিবদা খঙদ্রে। কতলবু কৌখংলু। খুংলৌ য়েংহল্লু হায়তুনা য়াথং পীবিবে। কতলবু কৌবা লাকপা মনাই অতুনা হুবব‌নিনা কতলদা শেংনা হায়দোক্লে। কতলনা লাইপাও তৌরে ইনিংথৌগী সনাগী খুজাই অসিদি চিংখৈদা লৈরিবা পুখ্রিগী মযুব মখোঙদা লৈরে। হূরানবদি মমিং মথা হায়দোকচরবোই ঙাকপীয়ু। নিংথৌনা য়াবীবে।

মথংদা থংনবা দেশ অতুগী নিংথৌগী অচানবী মহারাণীগী লিক-কোল, সনা-লুপা থম্বদগী মাংখিতুনা কতলবু কৌনবগী নিংথৌ-দগী য়াথং লৌনয়তুনা মনাইশিংনা কতলবু লৌবা লাক্লে। মহাকপু দোলাই পুরগা লৌবা লাক্লিবা মুপা অনিগী মমিং চেংবা অমস্তুং কুমা কৌই। মখোয় অনিনা কতলবু দোলাইদা পুত্তুনা লাক্লে। ইখঙ-খঙহৌদনা কতন্না চিলাং-খারাং ওইনা, "কুমা কার চেম্না" তৌরে হায়রবা বাক্স অসি ঙাংখোকপ্লে। মখোয় অনি লৈবা য়াম্লে। হূরানবা নকোক্লা নাপী পক্লে হায়বতু ঙাইরে। দোলাই ঙহাক থারে, মখোয় অনি থগরে। ঐখোয়না তৌরিব থবক লোইনা খঙখে। মঙোন্দা চঙজরসি, কনবীয়ু হায়রসি। করে

হায়দুনা মখোয় অনি পণ্ডিততা চংজরে। মখোয় অনিনা হুবনি হায়না শেংনা তম্রে। হুরান পোংকী থক্ষম তাকখোক্লে। কতন্না পান্নমক খণ্ডলদুনা নিংথৌদা হংগংলে। করিগুম্বা পোংশিং অদু ফংলবদি লৌথোকলুবা মীবু দণ্ডি পীবিরোই হায়রবদি পোংকী লৈক্ষম তাকচরগে। পোংশিং অদু লৌবা মী খিরিভৈদা, পোং ফংহৌদবসু য়াই। রাফমসি নিংথৌনা য়াবিরে। পোংশিং অদুবু ফংলবদি করে। লৌথোকপা মীশিং খিরুবগী কান্নদ্রে। মতম অদুদগী হায়নখিবনি হায়নৈ। কত্তলসু নিংথৌগী মনা-মথুম য়াম্না ফংহুনা সুংভাই-য়াইবী মরাং-কায়না পানখি হায়নৈ। ( চেংবা কারগা-কা, চেংবা কুম্রগা কুম )।

**চাহি কল্প অমা লাই নিংলগা চাকচা-মাংদ হৈদোকলে :** মতম কুইনা থবক অদু ভম্নবা হোৎনরগা, করিসু নত্তবদা খুদক্কা মাংহল্লে।

**ষৈচেশুনা খোম্বা হায়বদুনি :—** তৌদবা য়াদদুনা থবকু মীশিং কৌরগা নমফুদা পাংথোকপা।

**চিন্না পুথরগা শেন্না মেল্লি :—** অশোয়বদা ভাকুবা হোৎনবদা বাবা। শোয়রিবা থবকশিংদু ফুগংনবা হোৎনবদা শেল তিংবা। থবক খুদিংমক শোয়দনবা হোৎনবা কৈ। শোয়গ্রবা থবক ফুগংনবা হোৎনবদা অরাবা ওইনৈ।

**চাকতিন্নববুদি মোনদিন্নবনা লুমই :—** শাগৈ নাতৈ ওইবা নত্রগা লৈমিন্নবা মীওই ওইদুনা চাকতিন্নদুনা লৈমিন্নবগী

মুংশিনববুদি, মতৈ-মনাও মুংশিননা লৈবনা লুম্ব। হেন্নকই। মচিল মনাও মুংশিনরক্ত্রবদি, কৈরোই লৈকাইগুম্না লৈনৈ। মুপানসু মুপীনসু মোনদিম্নবনা লুম্না খন্নকই। মুপা-মুপীগী ৱা লৌনৈ।

**চিনুলোক-চিঙ্গিন্না লৈমিন্নবা** কৈ :— অফ-কত্ত, লৈত-লাইরা খুদিংমক খন্ন-নৈনহুনা পুকচেল খোইজেল শিন্ননা হরাও-তয়াম্না লৈবা কৈ। মহুনা মত অমতা ওইবা ঙমগনি। অমনা অমবু মতেং পাংনহুনা হিংমিন্নবা মীওইবনি। মীওইবদা সমাজ লৈ, সমাজ অসিদা হিংমিন্নবদা অফ-কত্ত চংই। পুম্নমক অসি মুংশিননা লৈমিন্নবা কৈ।

**চানিংবা এঙ্গাং হাওবা, পামজবা শকনা ফজবা** :— পুক্লিংগী মতুং ইল্লি। অথিবা, ফজবা, মুংশিবা পুম্নমক মিংতগী পোকপনি। খম্মোয়, পুক্লিং শেংলবদি পুম্নমক ইক-ফরে। পুম্নমক মুংশিনবগী মখা পোল্লি।

**চৈরমদা খোংখোঙ শাবা** :— ৱা ঙাংবদা ফরক তাগনবা। মীনা মঠা শানা অরুবা থবক অমা তৌরিঙৈদা ফৈরেংননা ৱাচোই ঙাংশিল্লুবা। হৈবদি হৈত্তনা অওং-অপা শাবা। হায়বা ইন্দবা। তৌরিবা থবক অহুগী মনুংদা ওংতি-পাতি তৌরবা। ( চৈরমদা খোংখোং শাবা )।

**চাক-পাওপা লান-পাওপা, চাক-পাওনা কল্লি** :— চাত্রবদি হিংবা য়াদে, হিংননবা চাবনি। চাননবা হিংবা, নত্তে,

খবক্কীদমক্তনি, অদুবু চাদবদি য়াদে। চাম্রবদি খবক তৌবা ঙমদে। গাড়ীস্থ থাও অমসুং ঈশিং য়াওম্রবদি চেনবা ঙমদে. নম্রগা ইনরজিগী মতেং য়াওম্রবদি চেনবা য়াদে। পুক লাম্রবদি লাই নিংবা চংদে। লুরিবদি চানবা হোৎনবনি। পুক থল্লবদি থবক খুদিংমক তৌবদা পুক্কিং চংই।

**চাকথুমদা হুই চঙবা, মীরক্তা হৌদোং চঙবা পামদবা :-** তিন্ননিংদবা তোথায় তোথায় তান্নবা। অমগা অমগা খাঁনদবা, অমনা অমবু য়েংনিংদবা। তাথী-তাওইনবা মীওইশিং। জাং তিন্নদবা, তোঙান-তোঙান তাননবা। নুংশিনবা ৱাংনবা।

**চান্নবগী হুদি লুত্তোল কাই :—** নুংশিননা লৈমিন্নরম্বদগী থংনদুনা কায়নথ্রবদি পুন্সি চুপ্পা কাউনদে, থম্মোয়দা য়েক্তুনা লৈনৈ। অমনা অমগী অকায়বা য়েংনৈ। অমনা ফনা অকবা তৌদুনস্থ অতোপ্পা অদুনা কৈ হায়বা সুকহায় হায়নদে। অমনা অমবু মীথানদে, য়েংথিনৈ। চান্নখিম্রবদি মৈতান্না ৱাখৈথ্রিকাওবা কাউনদে।

**চুরাম্থবনা মচা হাৎপা :—** ঈশাগী য়াম্না লুনা থমজবা পোংদু মাগীদমক্তা দরকার ওইবদা শিজিন্নথোকপা। মশা-মশাগীনা লুই। মশাগী শোয়দনবা হোৎনবদা তৌদবা য়াম্রবা থবক্নি। অরুবা পোৎ শিজিন্নদবা য়াদদুনা শিজিন্নবা। দরকার ওইরবদি আইন চংদে।

**চৈরাওবা খরা য়াম্না য়াওখিগে নিংলবদি নিশা খরা হন্নু, হিদাক ওইরবদি কৈ :—** পুন্সি হুংশাংনা লৈবনা কৈ।

মচাগী-মশুগী অমস্থং মরুপ-মপাংগী কুম্মৈ মপুং কানা য়েংবা ওমই। চিঞ্জারা মীবু হিংহল্লি। ফত্তবা চিঞ্জারা মীবু মাংহল্লি।

**চারগা মহাও খঙবনি, উরগা খঙৰনি, তম্লগা হৈবনি ঃ** করিগুম্বা থবক অমা তৌদনা খঙলোই। থবক্কু তৌরবদতদা অফ কত্থ [illegible] ওমই। উবগা মওং মতৌ খঙই। তম্লগা অশিংবা, অ[illegible]ই।

**[illegible]চাক চাদ্রিমখৈ অয়ুক্কি, নুপী থীদ্রিমখৈ পাখংনি :—** মী অয়াম্বনা মতমগী মতুংইন্না মখৌ পাংথোকনথ্রবা। মহৌশাগী ওইবা, চৎনবীগী মতুং ইন্না থবক পাংথোক্লথ্রবা। অমদি মতম লৈবি খন্দুনা লৈবা মী পুম্নমক্না মখৌ পাংথোক্লথ্রবা। মী অমনা কবিস্থু তৌদনা লৈহৌবা। পাখং শরী নত্রগা লৈশাবী শরী। (চাক চাদ্রিমখৈ অযুক্কি, নুপী থীদ্রিমখৈ পাখংনি)।

**চাক লাম্মী হায়তুনা খুৎ অনি থাতুনা হুকপা য়াদে ঃ** থবক অহু তৌনিংই হায়তুনা প্রপ-প্রপ তৌবা য়াদে। মতম অমস্থং মকমগী মতুংইন্না মথং-মনাও নাইনা তৌগনি। থবক তৌবা খুদিংমক তানজা-মেনজা য়েংগদবনি। চৎনবী নিয়ম ঙাক্কদবনি।

**চারোই খঙনা বার্তোন তৌবা :—** তৌরোই খঙনা হায়জনবা। হায়দ্রগদি ফজদবা ওইবা, হায় হায়বস্থ থোরবা। মীচুস্ম য়াওহন্নিংদবা, পীজনিংদবা নত্রগা মীতুনা চাদবা চিঞ্জাক ওইবা।

**চৈশুবু ফরবদি ইবুধোস্থু কল্লি ঃ—** ফনা পাঙ্গল শোনবা মরিল য়াওদবা ওইরবস্থ মিচংনবু ফরবদি কল্লি, থৌনা কৈ।

**চাবগা মাঙ থাও, লান্দা তুং ইল্লু** :— মসি মশাগী ওইজবা থীবা মীগী রাখলনি।

**চাজেনবীগা লৌরংনপনু** :— মচা চেনবী মুপীশিংনা মচাগী হোংনরিঙৈদা থবক মঙম পাংদে।

**চেক-ফৈরা হায়বীরক্লনু, লমথারা দাই লৈতে** :— থবক্তুগী মবমদা ইখঙ-খঙত্রিবা। থবক অত্থু তৌনিং[illegible] অমা।

**চাক্লা ঐগী চারগা, বানা মীগী ঙাংবা** :—[illegible] মুন্নরিবা মীগী ফনবা তৌদত্থুনা অতোপ্পা মীগী কান্নবা হোংনবা। অতোপ্পা মীগী মিচং চংত্থুনা রা ঙাংদুনা। মী ফত্তবা দায়িত্ব মশক খঙদবনি (চাক্লা ঐগী চারগা রানা মীগী ঙাংবা)।

**চেন্না চেন্না ঙাইরমগে, ফম্না ফম্না তাল্লবউ** :— মশক য়েংনিংদবা, ইউ-উনিংদবা, সঙ্গ-পঙ্গ ওইনিংদবা মীওই। ঙাইশুম-শিংঙমদবা থবক তৌবদা য়েংনিংদবা। অমনা ফনা হায়জক্লবদা অমত্থুনা য়ানিংঙক্তবা।

**চেল্লিবা ঈচেলগী তুরেলগী তোর্ব্বান নাম্মা নিং-থাইগ্রবদি ঈচেল মপুং ফাদে** :— মুপা-মুপী (মতৈ-মনাও) অনি লৈমিন্নরম্বদগী অমা হেক লৈতবদা য়ুম পানফম খঙদে। নাম্মা হাংবা ওই।

**চফুদি মী মুৎতে, উয়ানদি মী মুৎলি** :— চফুদি থোংলিবা চেঙ অত্থুদগী পংহেন-হেন্দোক্তবা য়াই, এল্লাংদি মখল মখল্, মথেল মমল য়াম্বা অহাওবা থোংত্থুনা চাবা য়াই। এল্লাংদি শেল য়াম্না চংহনবা য়াই। য়ারিবমখৈ চেকশিনবা কৈ।

**চারোম্নবগা তূরোম্নবগা, চারোম্নবনা লুই :—** য়ুম পানত্রিবৈদা মুম্না খলহৌ। য়ুম পাল্লুরবা নুপী, অতোপ্পা মুপাগী মচা লৈরবা অমা অমসুং মচা লৈবা মুপাদা অমুক ময়ুম পাল্লুরবদি মমৈদা অৱাবগী মশক ওই। মচাশিং অদু য়েংথিনরকপা য়াওদবা নত্তে। মপা নত্রগা মমা, তোঙানবগী মচা পুম্না য়োকপদা অৱাবা ওইবা। (চারোম্নবগা তূবে'ম্নবগ', চারোম্নবনা লুই)।

**চৈনা য়েবদগী ৱাহৈনা য়েবনা নাই :—** য়ম্না শাথিবা মওংদা ইকাইখিবা। করিগুম্বা থবক অমা য়াম্নবা মওংদা লৈনরবা মতুদা শোয়নবা ভাববদি, মতুগী ইজ্জৎ ঙাৱবা হোৎনবা। ইকাই-বদগী শিবা ফাওবা য়াওনখিদবা নত্তে। মীওইবনা হায়নখিবা ৱাকম ঙাক্লবা হে'ৎনৈ। ফুবদি চৈকম কথ্রগা কাউবা য়াই। ৱাহৈনা হায়খিবদি থম্মোয়দা পুক্লিংদা মতম কুইনা ক'উদনা লৈহৌই। (চৈনা য়েবদগী ৱাহৈনা য়েবনা নাই)।

**চিন্দি থাবা হৌগনি, তৌথোরকপদি থুং লাওই :—** চিনক্নেন ফনা ৱা ঙাংবা। তৌথোরকপা থবক্তি ৱায়োং থোক্লবা। কয়া মথোঙ হুক্লবা, য়েং-ওই খঙবা খরা ৱাংপা। ঙাংবদি পণ্ডিত ওইবা, থবক তৌবা হৈতবা। থুংকা চিনগা মাম্নদবা।

# ছ

**ছাত্র ফম্রগা ওঝাদা তাইনবা. ওঝাসু মাকল চাবদা লৈবা :—** থবক তৈগনৌরিবা অকবা তানথৎ-লকইবা, ভাত্তিগী অমদি লৈবাকী য়ুম্পী ওইরকদৌরিবা মীচুনা মশা মশাগী হোংনফম

থোকপা মহৈ-মশিং হোৎনজগা মখোয়বু তাকপী-তম্বীরিবা ওঝা গুরুদা তাইনবা। ওঝাদুগু মশাগী কান্নবদা কা-হেন্না হোৎনবা, ছাত্রশিংগী খনবা রাৎপা।

**ছাত্রগী পরিক্ষাদা নুংশিৎ (হিংচাবী) চংঙ্গে, লায়:য়ৎ-হৌদ্রবদি তুংদা থুদি থীরক্কনি :—** কনাগুম্বা ছাত্রদি পরিক্ষাদা নত্তবা পাম্বে শিজিন্নবা য়াওদবা নত্তে। মমৈদা জাতিগী য়ুম্বী ওইবক্কদৌরিবা নহারোলশিং চেকশিনবা কৈ। হৈনবী ওইনা চংঙ্গ-বদি মমৈদা অমাংবা ওইরকপা য়াই। অচুম্বা তৌবা কৈ।

# জ

**জীববু নুংশিবনা মীওইবগী ধর্ম্মনি :—** ঈশ্বরগা খাইদগী নকুবদি মীওইবনি। মীনা শেম্নগা লাই ওই, লাইনা শেমলগা মী ওই। বাখল খনবা ঙম্বা মীওইবনি। মীওইবগী ধর্ম্ম জীব-শিংবু য়োকখৎপীবনা খাইদগী অকবা ওই। মখা থাবা জীবশিংবু লুনা তৌবা চুম্মী। মীওইবনা জীবা পুম্নমক্কী মকোক্নি।

**জীবা হীৎসা তৌগনু, মীঙোন্দা ফত্তবা তৌগনু, ঙাক-থোক্নবদি হোৎনৌ :— জীববু** মুংশিবা তমউ। মীগী ফত্তবা খনগনু। থবক থুদিংমক টকৎ লৈনা থবক তৌ। মুপানা মুপা থোক্না অমমুং মুপীনা মুপী থোক্না থবক তৌ। শোম্বরবা, নোম্বরবদি মীনা ভুহৎলকই। মতাং চানা মতিং উৎপা কৈ।

**ফুঙ্গা বারী মতেক :—** মত্তম অমদা মুণি অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মনাক্তা চাউরবা লিনজাও অমা লৈরম্মী। মুণি অতুনা হায়, জীবা হীংসা তৌগনু। মীওেন্দা যত্তনবা তৌগনু। ডাকথোক্লবদি হোৎনৌ হায়রম্মী। মুণিগী বাক্য অদু লিল অতুনা কৈদৌউদস্সু হিকতোক্কে, কাউদে। নোংমদি লিল অতুনা মচিঞ্জাক থিবা চৎপদৃগী যণজেল নহা খরুনা লৈত্তুম, চৈতুপ লংশিল্লকতুনা মকোক থুগায়বীবে। লিলনা মুণিদা লাক্তুনা পাউ তমলে। মুণি-দবগী বাকা ইনবদগী মীনা ঐবু শাথিনা তৌরে। মুণিনা হায়, "থবক খুদিংমক টকৎ ওইনা অমদি খোনা কনা তৌগদবনি। শোম্ববা য়াদে, থবস্সু 'খু-খা' কামগদবনি। ইশা কঞ্জনবগীদমক্তা শোম্বরবদি মীনা খুদোংচাবা লৌবনি"।

**জাৎকী থুমু শোয়বা হৌনদে :—** জাৎ-কুচু কয়কপা, মপা মপু করকপা কাংবু কয়া শোয়বা হৌনদে, অকবনা অকবা ওইগল্লি।

# ত

**তুমাই শংবাই অমা চারীউবা মচা তরা পোকপা :—** চা-য়াম পোকপদগী অরাবা ওইবা। অঙাংশিং অদুবু মতিক চানা শেম্বা ঙমদবা। চাবদা হেনজিনবা, শূবী-নোমবীনবা লৈতবদগী শেলথোক্লা বাৎপা। মীয়াম চাবা ইমুং, য়ুম পানবদা হোজিল্লকপনা হেনবা। অপীকপা অঙাংনা য়াম্বা ইমুং, মথুন ফুন্নবা হোংনবদা য়াগল্লি।

**তিনলাই-খোম্বীনা থম্মা চাবদু মঙাইরে :—** য়াম্না পাম্না হাওনা চাবা। অরৈবা পোং অশং-অমান চাবা য়াবা খরা অদু ময়াম চংদুনা পুম্নপ চাথোকখিবা। ( তিনলাই-খোম্বীনা থম্মা চাবদু মঙাইরে )।

**তিল-লৈমদু মঙাইরে :—** লেঙম-শাঙমদবা। মুপী অমনা মপোপ ইকাই কাইদনা থবক তৌবা। চিক্না-লেমনা থবক শূবা-নোম্বা মুপী। ইহৌ হান্দবা অমম্তুং ইফিং ফিংদবা।

**তিন-না লৈগা তিন্নজবদগী শ্রী শ্রীগোবিন্দগী কোকথক্কা থোগন ফংলৈ :—** অকবা সঙ্গ তৌবনা অকবা ওইবা ঙম্মী। ফত্তুনা লৈবগ্না কয়াদ অকবা সঙ্গ তৌবদগী অকবা য়াওখিদবা নত্তে। ফত্তবা কন্নাম্ভু অকবা সঙ্গ তৌজরবদগী অকবা মায়কৈদা পুরক্কুনা মতুংদা অকবা ওইখি। রামায়ণগী ফাওরবা রত্নকরম্ভু অকবা সঙ্গ তৌরকদগী মমৈদা অকবা ওইখি। য়োংপীনা উপাকা সঙ্গ তৌবদগী ঈশংদা তাউই। ( H. S. L. C. 1988, 1989 Manipur )
(H. S. L. C. 1992, B. S. E. M. )

**কোংঙান চাবা কুমদা শেন্দাং মথিদা শিকিনি থুম্লি :—** তৌনিংদাহ খঙদবা, অততাই ওইনা য়ুম পাম্লবা মতমদা চেকশিন-জবা। লেত-লাইবগী খনবদা কোক চিকপা।

**কেন্দ্রা হনুবদা মরোল তম্বীবা কান্নরোই :—** চহি য়াম্লবা হনুবা-হনুবীদা মহৈ-শম শং. লাইরিব-লাইশু তম্বীরুদুনা মপুং কাদা ঙম্লরোই।

**তরংদা য়ুম শাবা, লৈনাংনা পন-খিংবা :—** থবক তৌই হায়বদা মথোকপা। কান্নদবদা পাঙ্গলদা রাহ্ননা তোকপা। থবক নিংথি-ফুংঙাইনা তৌদবা, ওইবা য়ারোইদৌবা থবক।

**তাল চাদনা মেলৈ লাংই :—** মতম চাদনা ইরাং তৌবা। মওং-মতা চাদবা মতৌ। মকম মতম থঙদনা ইরাং তৌবা।

**তোন্নানবা মীদি মতম লৈবা খিবিক্তা মীবা তায় :-** তন্না থবক তৌবা অমদি তন্দে-মান্দে তৌবা থবক্তি মওং তাদে। মীনা থিনা ঙাংনৈ।

**তুক-তুক মাইবা হিকাপ তেন-কাপ অমদি পৈশাগী বাদা ঙাংবা :—** মহৈ খরা রাংপা মাইবা অমা। রাজাও ঙাংব মীনা কয়া শীংথানবীদবা। তিনখোঙ-লাইখোঙ থিজিনবা রাংপা মী অমা।

**তিম্থোক অশিবনা ঙামি অচঙবা থেম্মী :—** তাং তৌহ্ননা মরৌ লৈনা থবক তৌবা। মোইথেম তৌবা, মতাক্তী খুদোংচাবা ফংনবা তোংনবা। মমল য়াওদবা পোংনা মতিক-মগুণ লৈবা পোৎপু চেনথুনবা হোৎনবা। খুদোং চাবা হেক ফংবদা অতোপ্পহ্ন মাংহন্নবা হোৎনবা।

**তায়রেন হীগুম লাইখোয়নবনি:—** থম্মোয় পীকপা মীনি।

**তাথিংদা হাখিল্লনা চেৎপদবা খাংদা চেৎদল্লনা শেগ্রাক্তা চেৎলে :—** মকম মতম চাদনা কেথ-নৌথবা। শেম্নিং-শানিংলিবা অদু মতম হেন্নবা হোৎনবা।

**তেন্নবানা লৈপাক্তা চৎপগুম্বনি, ঈশিংদা লমজেন তান্নবগুম্বনি :—** তৌরিবা থবক অত্তুদা মঙম শান্দবা। পাঙ্গল ইথোক-থোক্নবা।

**তল্লবদি তৌরুরন্নু, চংলুরবদি হল্লুরন্নু :—** থবক তৌবদা নিংজিং-মাংজিংনরবদি তৌদনা লৈথোকপনা কৈ। পুক্লিংনা লেপ-লবদি থবক অত্তু মপুং ফানা নিংহন্নদনা পাংথোকপা কৈ।

**তুরৈ-ইরৈ চেনবা:—** করিগুম্বা মী অত্তুগী খোঙলৌ-পল্লৌবা ওইবা। তৌরুবা থবক খুদিংদা খুরৌ খাঙবা ওইবা। দশা কয়া পাংদবা।

**তোরোৎ খোদানবা হৈতবা মীতানি :—** মরুপ-মপাং সঙ্গা-পঙ্গা কয়া লৈতবা মীওই লৈমিন্নরিবা মীওইশিংগা রারী-রাতাই কয়া শানদবা।

**তিন-খেৎ লাইখেংপা ফত্তে :—** ঈশ্বর (লাইবু) থাজদবা তৌগনু। ইপা ইপুগী চৎনরম্বা অকবা লীচৎ কাইহন্দবা কৈ 'হে' তোংবা ফত্তে। অখঙ-অহৈনা ফত্তে তৌগন্নু হায়রবদি করিনো অকায়বা তেম্বানবা য়াবা অমা লৈরবনি। মত্তু কৈদৌঙৈদম্তু তৌরোইদবনি।

**তুম্বা খোংবা খোঙ্গেল :—** মখোন বো-বো লাওবা শব্দ-স্বর চানদমা রা ঙাংবা।

# থ

**থোক্রবা কর্ম্ম তারবা থবী :—** মীওইবগী লাইবক্তা তমগ্রবদা ককপা যাদে, খেৎতোকপা যাদে। নোংদম্বা মপুনা তমগ্রবদা চেন্দুনা হিংবা ঙমলোই। মীহুনা তৌকবা থবকী মহৎ মশানা ফংজবনি।

**থবক শূন্দা পোঠি লৈতবা মীদি লাইর তাল্লি অমসুং চারা হেনগল্লি :—** থবক খুদি'মক পুল্লিং, ল্লাখলগী মখা পোন্না খুৎ থাগনি। থবক তৌদ্রিবৈদা ল্লাখলনা মা'জিংউ। অক যক্ত খলহৌ। হৌজিক হৌজিকী থিগনু অমসুং তুংগী পোঠি তৌহৌ। থৌরাং তৌবা লোইরগা থবক পাযখৎকনি।

**থাজদবা কোমদা ঙা লৈরম্মী :—** মহাক-মক্লা মহু লৌবমগনি, তৌবমগনি, লৈরমগনি হায়না ময়াম্না থাজনদবা। অহুবু পোৎতুদি মঙোন্দা লৈবম্বা।

**থাঙগী লৌ-উদবনা চাক-ঙান অনৌবা চায় :—** হিংনবগীদমক্তা চাবনি। লাইনা থাবা কৌ চাহুনা হিংবা মী। ল্লাইনু চবা তাওথবীগুম্বা অকবা কৌনি। লাইকৌগুম্বনি।

**ফুঙ্গা বারী মতেক :—** থাইনগী ল্লাবীনি, পৃথিবীদা লৈরিবা মনা-মশিং হিংনা চাবা ম্লাবা কয়া, থোংলগা চাবা ম্লাবা ম্নৈহ কম্বা, কৌ, গেহুনচিংবা পুম্নমক ঈশিংনা থুমহুনা লৈপ্রবদা জীব-শিংগীদমক্তা লাইনা থাবা কৌ (ল্লাইনুচরা) অতাওবা ফুম মথক্তা

চৌবা কৌনি। (ব্রাইল পেডি) ফৌ অসি মতম চানা লোকশিন-হৌরবদি, লৈত-লাইব খব মখৈ কান্নবা যাওদবা নত্তে। পাঙ্গলনা হোংনদুনা ফৌ থারুদ্রবস্ন লোকপ মতমদা লোকপা যাবা লাইনা থাবা ফৌ ব্রাইন্নুচবানি। অহল-লমনশিংনা অকবা যৌনি হায়নৈ।

থানাদি যম-দুতকুম্বনি :— মবাল লৈববা মীওইশিংবু অফা-অগুন তৌবা ঙম্বা। আইন চাক্লা চংপা মীওইশিংনি।

থাজ মানবা মাংথোং অসি কালি তৈবড় মঙাইরেঃ— মাযদা ফজবা, শেনগোয-শক্তা তাব। অরাবা রাখলনা মমায় মুশিনবা মী।

থরোট ফাগে লাকপদগী ভাপ্রতম থাদোকখ্রে :— লমচং শেংদবা অমগী রাকমনি।

থায়নগী হনুমাননি :— মতম অমদা মপাল করম্বা। মতিক-মগুণ লৈবম্বা, মশক মতৌ ফজবা। হৌজিকী মতমগদি চুনত্রবা অমা। নহা ওইবিভৈদা মপাঙ্গল মথৌনা ফবম্বা।

থৌবুনা মথৌদা পঙই :— অত-ভাই লাকপা মতমদা মীওইবদি রাখল থোক্তে, বুদ্ধি চম্মমনৈ। (থৌবুনা মথৌদা পঙই)।

থম্মৌ হেরা মানবা পাম্মোমনি, শজি মিৎতা তাবা মিৎস্নানিঃ— মশক মতৌ নিংথিনা চুং-ফিরাল চানা ফজবা নুপী। মশক-ফজবা, গুণ লৈবা লাইনা থাবনি। মপোকশিমগী তানবা কংলবোইদৌবনি। মহৈ-মশিংদি তমলগা হৈরকই। লল

তাল্লগা ফংই। লমচং ইশানা শেমজবা য়াই। শক ফজবা নেচরগী পীথোরকপনি। মিংকী লৈতেংনি। মহৌশা লাইবেম্বীনা থারকপনি।

**থেঙ্গু ঈশিংদা থাদোকপা :—** চংথ্রগা হজিনফম খঙদবা থোকপু থোকথ্রবদি হজিনগনি হায়বা খঙদবা। থুংলুবিবা লৈরুরিবা মফম অদুদা নুংঙাইথোক্তুনা লৈবা। ( থেঙ্গু ঈশিংদা থাদোকপা )

**থুম থোরা ঙময় সমুদ্রদা পাদবগুম্বনি :—** যেন্থোকচবা পোৎনা খরদা ওইবা। লৌগদৌরিবা মীনা ময়াম অমা ওইবা থবক্তু তৌবি হায়বদা খঙহনবা। মপুং ফাদ্রবা পোৎনি।

**থুম য়েংকোক অমা চাবা লোইদবা :—** চাবা য়াগদৌবোই নিংবা। মী খ্বায়না চানদবা পোৎনি। কল্লক-মীহৌবা পোৎনি।

**থম্বৌ চারিঙৈদা, লফোই নমশিল্লি :—** চাবদা য়াম্না চোপ্পা, মবুক থলহৌবগা লোইরে খনবা ইকাই-ইকি কয়া খঙদবা মতামতগী খনবা।

**থোং ফত্তে মী থোমজিল্ল :—** ফত্তদুনা লৈরবা মফমদুদা ফত্তনবা ময়াম চংদুনা তৌবা। ফত্তবগী মিচং লৈতে। ফত্তবদুদি ময়াম চংদুনা মাংহনবা নত্রগা চুমথোক্তুনা শেমজিনবা।

**থোংজাও লোক্কী নুংনা লোক্কাক্তা তাদে, লোক্তাকী ঙাক্রানা থোংজাও লোক্তা কাদে :—** মফম অমদা লৈরবসু

হরা-নুংশিং অমদি লৈহাও খেন্নে। লাই হাক্তক্তগী লৈরবনি। ঈশিংগা থাওগা তিন্নবা য়াদে। মফম অনিতুগী ঈশিং মহাও খেন্নে।

**ফুঙ্গা ৱারী :—** থাইনা মমাংথৈদা মীগা লাইগা শম্নরিভৈগী রানি। থোংজাওলে'ক নিংথৌনা লাইজ ঈশিংগা লোয়ননা লাই-মঃতান নাপী চাবী চীংশা রোমদগী কুমথরক্লনা লোক্তাক্তা তারক্লে। লোক্তাক লাইরেম্বীবু মহাকী তালোই ওইগে হায়না থেমলম্মী। লোক্তাক লাইরেম্বীনা ঙমজরোই ঐদি ইচা-ইশু য়াম্না থাকলি। নংদি থিক অনেম্বনা থা অরাংবা লাম্বনি। নংহাক্তি নমিৎ-ননাম্নু ঙাওই হায়রুবদগী থোংজাওলোক নিংথৌ শাওখ্রে। ঐগী নূংবী নূংনাও লোক্তাক্তা তাহল্লোই। লোক্তাক লাইরেম্বীনম্নু নংহান্নদি ঙমলগা ঐদি করিগী ঙমলোই।

লোক্তাকী লেমলৈ ঙা-ঙাক্রা থোংজাওলোক্তা কাহললোই হায়খ্রে। "ইশুশা" হেনজিন্নদে (ইশুশা) লাই হাক্তক্তগী য়ানদবা হায়বসি অতুম লৈরম্লে। রায়েল অমদি লৈরমগনি মতিক-মপা চাদবা থবক তৌবা য়াদে। ধর্ম্মগী খেন্নবম্নু লৈতবা নত্তে। ঐখোয় পুম্নমক অমতনি।

# দ

**দান হেন্না তৌরুবদগী হরিচন্দ্র নিংথৌ মী অশিবা পোৎলোইদুনা থাংখি :—** মাঙ-তুং য়েংদনা হেন্না পীথোকপা চুমদে। ঐগী হান্না খল্লগা, মতুংদা লৈবাকী অমম্নুং সমাজগী থনবা ফে।

**দোলাই পাবত্ন মণ্ডাইরে :—** বা ভাংবদা রাজাও ভাংবা মহাক্না হায়বা থবক্তু তৌদবা য়াদে হায়না নমফুদা শিজিন্নবা।

**দশাগী মতাংদা রাইরু পাইশিল্লি :—** খুদোংথিদুনা লৈরিভৈদা, খুদোংথিবা অমা হাপচিনবা।

**দারুগানা পুঙাং-ভাংখে, সিফাইনা পুংমু মুখে :—** পুলিস অমসুং সিফাইনা পীক থনখ্রে, পুম্নাম নোমখ্রে। খোইরবন মশা পাইরে। মথৌ তৌরিবা পুলিসশিং অমসুং সিফাইশিং লৈবা মফম ( জগা ) অমা।

# ধ

**ধার মরী তৎপা য়াদে, নোপুর-পালা কায়কদে :—** মীতুগী মপা-মপুনা চৎলম্না, লিচং-শাজং কয়া হোংদবা মওদা চৎপা। মপা-মপুগী অক-ফত্ত মবমচং লৌবা।

**ধর্ম্মনা লেংদবা উপালনি, ধর্ম্ম লৈবা মফমদা জয় ওই :—** ধর্ম্মনা যুক্ষম ওইরগা সমাজগী চনবী ওইবিবনী, চৎনবী কযদ্রাবদি ধর্ম্মসু কযদে। নিয়ম অমসুং আইনদসু কাইদ্রে। লান্দবা, কায়দবা, মীনা মমৈথংদা জয় ওই।

**ধর্ম্মনা করিগুম্বা মাংশিল্লক্রবদি জগৎকী মপুনা মীওই-বগী মপোক্কো লাংওন লাকই হায়নরিবনি :—** মীওইবা জাতিনা নিংজবগী মতুং ইন্না জগৎকী মপুনা লাংওন্নকই হায়নরিবনি। মী-মীগী হৃদিদা পামজবা মতুং ইন্না মুক্তি উই হায়নৈ।

# ন

**নুংঙাইবনা অবাবা খঙদবা :—** অরাং-অপাগী রাখল লৈতবা মতম পুন্নমক্তা নুংঙাইপোক্নুনা লৈবা। মীগী অরাবা খঙদবা।

**নুংশি হৈবগী থম্মোইদি শঙ্গোম মপান্দগী হেন্না থোংনি :—** জীবশিংবু নুংশিবিবা থম্মোই পেংপা মী।

**নুপা মচিন কনবা লৌবদি হুই লোইদ্রবসু য়ারে :—** রায়াম ঙাংবী। ঙংবদ মতাং চায়-চাদে খঙদবী। ঙাংথোকপদা বাশি চগংনবী, মীনা মাগী ব অড় তানিংবা তানিংদবা খঙদবা, মরম অযাম্বদা বা-ব লাওনা ঙাংবী নুপী অমা।

**নাতৈ-পুতৈ চাদবা রা :—** মফম-মরাং খঙদনা ঙাংলকপা হায়রকপা। য়ানিংদবা রা ঙাংলকপা। রাফমশিং অদু অমগা অমগা মপি লৈনদবা অমসুং শমজিন্নদবা রা ঙাংলকপা। অতাবা মীনা য়ানিংদবা।

**নুপী কোয়বা নতোমতা কোইম্নু, লংকৈ চৎপা মরুপ লোয়রো, চামিন্নবা হাওবনি, পুমিন্নবা য়াংবনি :—** কোয়বা চৎপদা নরুপকী মমাংদা মীনা থিনা হায়রক্লবদি ইকাই-খাঙদগী থংনবা তাই। থাপনা চংপা তারবদি, অমনা অমবু মতেং পাংনৈ। পুকচেল খোইজেন তিন্ননা হন্না ও তরাম্না থবক তৌবা, থবক পাঙই।

**নুপীদি মালেমদা মমানি, তমথিবদা হুনি :—** অফবা নুপীদি ফরবনি। মমা অমা ওইনা নুপী ফরগা লোইরে। নুপী ফত্রবদি মাংনবগী মশক ওইদবা নত্তে।

**নুমিৎ বাখোঙ লোনখ্রে, মতম অমুক হল্লক্লরোই :-** নোংমগী মতম লোইখ্রে, মতমগী যাওন, মভুংইন্না চৎনবোল, রাহৈ-রাতা হোংলকই। মতম লৈরিবৈদা হোংনবা যাবা থবক হোংনহৌ।

**নুপী থিরুই তমথিবা. ঘণ লৈরুই অথুংবা :—** দাও য়াদ্রিবা মী। তৌরু-তৌরুবা থবক্তা কান্নদবদা ওইবা। অরেং-অরেং পুথবিবা মী।

**নশানা নশাবু মশক খঙজে :—** মীওইবসি, নং লৈববনিনা নংগী জগৎ লৈ।

**নিবতনা থরতি হৌবা :—** মশাগী দরকার ওইবস্থ মশাদা থমদবা। নিবদা ইকাইবা নাইদবা। মীঙোন্দা কযা পীনিংদবা। লৌজনাম-পুজনাম পাম্বা মী।

**নুংতিগী চাবা এঙ্গাং হ'ওতবনি :—** অতোপ্পা অনৌবা থবক্তা চাং য়েংনিংবা। করাম চাওবা, পেনবা হৈতবা।

**নোংমাংখা মখোঙদা চুহি পুল ৭ (তরেৎ) হৈরবস্থ থুমলোই :—** মহৌশাগী ওইতুনা লৈরবা পোৎতু অমুক হোংলুবা য়াবোই। মশাগী হৈনবীতুদা অহুম লাক্কনি।

**নুপী মরক্তা ক্রৌমান য়াল্লে :—** নুপী মযাম্না কবিগুম্বা থবক অমা তৌবদা নুপা অমা যাওবা। নুপী ময়ামগী থবক্তা মহাকপু য়াওহন্নিংদবা।

**নোং খোংদ্রিবমখৈ থাদবনি :—** পাক হন্দবা। মশাগী অতাবী অমা খংদ্রিক্কাওবা লৈবা। মরিংজেল খাবা, মীনা লাকচবা য়াদবা। পায়খিবদা থাদোক্কবা।

**নোং চুরগা থীগং পোপথোকপা :—** মতম থরা কুইথ্রবা রাকম অমা হৌদোকলুবদগী রাকাই ওইবা। মথং-মথং নীংশিংলক্নুনা মরি-মরি মখা তানরকপা। (নোং চুরগা থীগং পোপথোকপা)।

**নুং তিগী খোংবা কৈ কিদবনি :—** নুমিৎ খুদিংগী উনহুনা লৈবা অমস্নুং লৈমিন্নবদগী থওইরক্কবা। য়াম্না ঙাংবা-চৈবা মীবু কয়া কিনদে। মঙাংথোক্কী-মঙাংথোক হায়দুনা কোমথোকই।

**নাথৈ শেল থাকনা শিঞ্জিন্নৌ, নাথৈ শেল থাগন্নু :—** মীওইবা সনাজ অসিদা চৎনরিবা শেল অসিনা ঙমদবা লৈতে। শেলগী মতিক ময়াই কল্লি। শেলনীং থম্না শেল শিঞ্জিন্নৌ।

**নতিম্নি-নরাইনি হায়দুনা ইন্থোকপা :—** করিগুম্বা থবক অমা ময়ামগীদমক ওইনা হোৎনরুবদা ময়াম চোংথোরক্নুনা য়াওবিদবা। মী অদুনা থবক অদু মতোমতা তৌদুনা লৈবা।

**নুংদা লাইরিক হেক ইরমগে :—** থবক্তু মুৎলরোইদৌবা, ইকাউ কাউররোইদবা। মতম কুইনা লৈহৌরগদবা অমা।

**নাদবনা ধর্ম্মনি :—** হকচাংবু করবদি লল-থুম তানবা, লাইনিং-লাইশোন পুম্নমক শোনবা ঙমই। হকচাং ফবনা ললনি।

**নংহ্বন, নঙ্গল পায়ন্তুনা খাঙলে :—** অৱাৎপগী অরাৎপা ঙাক্না ও ইশিল্লকপা। বুদ্ধি লৌশিং ইথোক-থোক্তবা।

**নুপীদা অচেৎপা ৱা হায়গনু :—** নুপীদি পুকচেল নৌই। পুকচেল লেপকন্দে হায়নরিবনি। নুপীগী য়ুম্নাক, ষণগী শঙ্গোল।

**নুপিং লৈগুম্বা অওন-অওন চাবা :—** মপুকচেল লেপ্তবা, মশাগী খুদোংচাবা য়েংতুনা লৈবা। মহাক্কী কান্নবা ফগদবা মায়কৈদদা মযেংবা। "সুবিধা বাদি ঙাক্কনি"।

**নিয়ম লানবা অঙ্ক ফল তাবা হৌনদে :—** থবক খুদিংমক নিয়ম চুন্না তৌত্রবদি, মীনা য়ানিংবা হৌনদে। হাযদোকপা হৈজদ্রবসু, থম্মোই পাল্লিবনিনা অপং-অশিং খুদিংমক অচুম-অরাল উবা ফংই। অবানবদি কুইবা য়াদে, মমৈথংদা অচুম্বনা জয় ওই।

**নুপাদি কোম্বোং ৱাৎমা হেক লাম্বোরকপদা লানফমদা লৈবগুম্বনি :—** মতম পুন্নমক্তা চেকশিনগদবনি। খঙংদনা ৱাহৈ-ৱাতা, নিংঙাই-শংদানবদগীসু হেক্তা খংনবকপা য়াওদবা নত্তে। মতম অয়াম্বদা নিং-মাঙ য়েংতুনা থবক তৌগনি।

**নম্নুম পাল্লে কোর খারে, নচা পোক্লে পৌরোল লোম্লে :—** মনিং-মথা তৌনা চৎপা য়াদ্রে। কুশি রাশি তৌবদা অকায়বা লাকই।

**মুপীনা য়ুম কোইবা, মুপানা পঞ্জাও থিবনি :—** য়ুম পানবগী অকুপ-অতা মুপীনা হোৎনৈ। মুপানা কোইনা চত্তুনা থিনরি। অদুবু হৌজিক্তি মুপা-মুপী পুন্না হোৎনমিন্নরে। মুপানা মুপাগী থবক, মুপীনা মুপীগী থবক হোৎনগনি।

**নতু চাউরা, লংজুম চাউরা হায়বদুনি :—** অপংবা মুপাবু মতুনা খুদোম্বীদা হাপ্তুনা পুবা। মতুনা ঙম্বা অপংবা মুপা অমা। অপংবদি মতুনস্থ তুহংলি।

**মুপা ওইগে তৌবদা নোংঙানবনা হানখিদুনা মুপী ওইরবনি :—** মথৌনা লৈবা, মরিল লৈবা, মুপ-থৌ, মুপী-থৌ, থাক্তুনা থবক শূবা মুপী।

**নশোক লাক্লূনা চাবান পাগে :—** অরান-অহুই থিদনা লুতোন্দনা হান্না লাক্তুনা ঙাংলকপা। থৌদোক অমগী অচুম-অরাল খিদনা রা ঙাংবা।

**নোংশানা শজি ময়ামবু নাকল অমদা তকশিন-বগুম্বনি :—** খোনা লৈবা অমবু ময়াম্না কিবগা লোয়নননা ইকাই খুম্ন।

**নাবু পদ্দা থল্লু, ঈশিংনা শিজিন্নরগদাইদা ছানা থাও :—** মনাই মুপী নত্তবা মুপীবু হঙ্গোইনা থাপ্না চৎলু। ঈশিং ঙমস্নুং মহি লাংবা পোং খরা মথৈ চুমথোক্লগা শিজিন্নবা ফে।

**নকপদগী মীনা মশাগী মিৎকী পা উজদে :—** নরুনা লৈবদগী থওইদবা। উদবা।

**নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা :—** মচিল-মরা চংপা ফমনাইবা। লৈবাক্কী থৌদোক-থাথোক্কা হৈ-শিংনা থারেপ-থাতেম্বা ঙম্বা মীনি। লৈবাক মীয়াম্না শক খঙলবা মথৌনা মরিংজেল লৈবা মী।
( পোক্লফম ১৩ | ৮ | ৯৬ )

**শমলপ্পা থারী :—** থঙ্গাল জেনেবেল নিংথৌবোল মঙা পুন্সিখি ( ১ ) গম্ভীরসিংহ ( ২ ) নরসিংহ ( ৩ ) চন্দ্রকীর্ত্তি ( ৪ ) শুরচন্দ্র সিংহ অমসুং ( ৫ ) কুলচন্দ্র সিংহ সনা হাঙ্কা নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা ওইখি। ( ১ ) মেজর ( ১৮৬৯ ), লাইফম লাকপা ( ১৮৭০ ), জেনেরেল ( ১৮৭৯ ) অমসুং পুখ্রম্বা ( ১৮৯১ ) পোলিটিকেল এজেন্ট কয়া থেংনখি। শোক ১৮৮৫ ইংদা থানিং জনষ্টোন সাহেবনা ইংলিশ স্কুল অমা লিংবা পাম্লম্মী অদুবু নিংথৌগী অয়াবা য়াওদনা স্কুল লিংবা ঙমখিদে। মমৈদা থঙ্গাল জেনেরেলদা চংজতুনা মিদল ইংলিশ স্কুল লিংখৎখি। থঙ্গাল জেনেরেল অরোইবদা বৃটিশনা কৈদাপুংদা ফাঁশি তৌতুনা হাৎখি। ভারতকী নোংপোক চিদাইদা মণিগুম ঙাল্লম্মী। ( নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা )।

**নশানা সিল-লৈমা পাম্বী পুজা তৌ মহয় য়ানবনি :—** থবক শূবদা পুক্লিং চংউ। শিনফমনা মরুনি। হিংনবগী উপালনি। শিনকম ফরবদি অফবা ওই। সিল-শঙ ফজনা শারগা থম্বা দরকার ওই বিশ্বকর্ম্মনা সিল-শঙদা লৈবনি পুক্লিংগী থাযমনি, থম্মোই শেংনা থবক তৌ।

**নুপানা খুতুম শিংবা, নুপীনা খুৎ য়ানদ্রুনা চৈবা :—** মথবাই শোক্তুনা নুংঙাইতবা অমগা লোয়ননা শিংনবা অমদি চৈবা মওংনি।

**নথী-পোরো ননম-পোরো, নচা পোকপা নরন্নাই :—** পীক্লিবা অঙাংশিংগীদমক্তা মমা ওইবীশিংনা য়াজৈ। মমা অমা ওইবগী মথৌ থাদোকপা য়াদে। (নথী-পোরো ননম-পোরো, নচা পোকপা নরন্নাই)।

**নাওফল্লা মমা চেন্নবা :—** করিস্থু লৈতবা থবক মচাদা ময়াম চেন্নহনবা। মমৈদা থবক অদু অকায়বা ওইবা।

**নমান্নবা পূন্নমক শঙ্গোয়-লুকোই তেকপ্রে :—** কুইনা পাখঙ অমস্থুং লৈশাবী ওইদুনা লৈবা। য়ুম পানবগী মতম হেন্দোকখিগদৌরে হায়বা।

**নুপীগী য়ুন্নাক, যণগী শঙ্গোল, আলুগী মথেল :—** নুপীনা ওংলুরিবা য়ুন্নাক অদুনা নুপীগী য়ুন্নাক ওই। যণদি লোইরিবা অদুনা মপু ওই। আলুনা এঙ্গাং খুদিং চন্নবা য়াই। অকরুবা অসিনা মরোইরে হায়না থম্বা য়াদে।

## প

**পাঙল থৌনাইদবনা থোইদিং পোৎমা হৈদোক্লগা থুনবা :—** মথৌ লৈতনা মথৌ থিবা চৎপা। তৌগদবা থবক তৌদদুনা অত্তোপ্পদা মায়-ওনশিনদুনা থবক ওইনা তৌবা।

অমনা থবক লৈরি, পুন্সি লোইদনা মহাদা চৎপা য়াদে হায়নৈ। অহল-লমন পাওরৌনি। ( পাঙল থৌনাইদবনা থোইদিং পোৎমা হৈদোক্লগা খুনবা )।

**পোইন্নুদদি উচিদসু নুপী তরেৎ লোম্লি :—** অহোং-অচাও পাম্বানি। চান-থক্লবা মপুং কানা লৈরবদি ইমুং মহি লাংদে। রাংলক্লনি হায়বা কাউথোকই। হুরাও তয়াম্মা লৈথোকনৈ:

**পেরুক্লা চউম্বা চগেম্লা মরেৎ থোনবা :—** লাইর-চুদ্দৎনবা য়াম্মা নংনা হৌজবা, মাগীনি হায়তুনা পাম্বোম ত্তিংবীন্দবা থরা রাংপা। মশা-মউ ফবা তিঞ্জেন-লাইচেন্দবা।

**পাঙ্গলনা থাঙ্গৎপা মণ থরদনি, লৌশিংনা থাঙ্গৎপদি লৈবাক অমা থাঙ্গৎপা ঙম্মী :—** লৌশিং জ্ঞান-না খাইদগী মরু ওই। জ্ঞান লৈবশিংনা তুংগী লম্বী উবা ঙমই। পৃথিবীদা লৈরিবা পুম্নমকপু থনবা ঙম্মী। লৌশিংগী পাঙ্গলনা শামু কাই।

**পুক ফবগী শরুক থুংদে :—** মশাদা অশাওবা লৈতবা মীনা মহাকীদমক্তা থরদং তৌবীরকপা অতু করে থনতুনা লৈবা। মবুক ফবা মীখু মীশিংনা কয়া হল্লোইদে। মহাকীদমক্তা ওইজবা কংবা থরা রাত্তবা নত্তে। থরদনা পেম্মোকপা হৈবা।

**পাউ থুনা তাগে লরাইদা কুম্মু :—** মমিংনা-মখোঙনা চৎতুনা উবা, থোকইবা থৌদোক অতুগী মরিদা খঙলকইবা-উরকইবা মীদি অমা নল্লগা অনিদমক ওইবা তাহৌবা কাংবুনা হেন্না পাউ ঙমশিনবা। পাউ তম্বদা সম্মথোন হাপচিল্লুবা। ( পাউ থুনা তাগে লরাইদা কুম্মু )।

পাঙলগী ষণ অরাংবা, মৈতৈগী মমাং শঙ্গোয় হায়নরিবনি :— মী খুদিংমক্কী অপাম্বা মান্নদে। থবক থৌওং কয়াদা খেন্নবা মওং লৈনৈ। থবক্কী মতুং ইন্না দরকার লৈনৈ। মানা-মানা পাম্বা মায়কৈদা পুক্কিং লুপ্লে।

পৈয়া অরীবা লৈবগী চপ মান্নগ্রে :— থবক্তু তৌবদা চুশিন্দবা মশানদি থবক্তু তৌনিংবা মানবা। অহল ওইরগা ঈশৈ পালা তম্বা। তান-মেল খরা য়াংপা মী।

পৈয়া মী-হাৎ অমা :— পৈয়া মপুল হায়কেৎ চাউবা অমা, মরুমদা মী অমনা লোৎপদা মী অহু উদবা। (পৈয়া মী-হাৎ অমা)।

পেশা পুগে হায়রবদি লৈতে হায়গনি। নত্রবদি শেল-গাও শেলনা য়াৎহৌদ্রনা খৎনৈ :— মীনা পৈশা পুগে হায়রবদি লৈরবস্থু লৈতে হায়য়ু। লক্ষ্মী মীয়াইগম্থু। মরম মুন্না হৎলগা পীদবা য়াদবা ওইরগনা পীয়ু। মীখুৎতা লৈখিবা শেল নংগীনি হায়না খাগনু।

পীক্লবস্থু শরেং চাউরবস্থু শরেং :— মশাগী পীক্লবস্থু চাউরবস্থু মমিং হোংবা য়াদবা, তোপ-তোপ্পা মগুণ লৈজবা। অমত্তা ওইবা, মগুণচু মাংদনবা হোৎনজদুনা লৈবা। মীনা লাকচবা য়াদবা। পীক্লবস্থু মশাগী শক্তি লৈজবা। (পীক্লবস্থু শরেং, চাউরবস্থু শরেং)।

**পাঙথোক-চাম্বা মীনি :—** থবক তৌবদা মপুক্লিং চংদবা। তৌগদবা লৈবৰমক্তদা আজি-কালে নাইবা। নিংঙাই মালাইদনা লৈবা মী অমা। থবক্ লোয়শিন-খমজিন্নবা হোৎনদবা।

**পাখং-শরি হনু-য়াইমা :—** যুম পানবগী মতম খবা হেন্না লৈশিনখ্রবা নুপা অমা। (পাখং-শরি হনু-যাইমা)।

**পোইন্নুদা মৈনিং কুমজগে, বাকচিংদা অরুম হৌজগে :—** য়াম্না তনবা থবক শূনিংদবা, মরেং লেঙনিংদবা, অহাওবা চানিংবা। মগুণ যাওদ্রবী মীনা সেবা তৌবা অমদি মীগী মতেং য়াম্না পাম্বা। চিন্দোল-লৈতোল ফবী নুপী অমা। মীগী মতেংনা হিংনিংবা।

**পুক-পু থল্লবদি শরেং থোংবা হাওতে :—** মমল তাংবা পোৎসু শিজিন্নকম লৈত্রবদি কান্নদে। চাবু চানিংত্রবদি শরেং থোংবা কাওবা চানিংদে।

**পৃথিবী কোকথোংনাগে তৌববু ফৈজা লৈতদুনা তোকপানি :—** তৌবা ঙ.ই হাযবগী মতিং উৎপা। পাংথোকপদি ঙমদবা, বাজাও ঙাংবা মীনা রা হেক্সিল্লক্তনবা বামাং ষানবা।

**পোমক্রি হীকমাবী মোম্পাক য়াহৌথেং :—** মথৌ শূনিংদবা নুপী। য়াহৌ থেংনা হৌগনবী। মহাক্কী নোংমগী শিস্থা মশক খঙদবী নুপী অমা। (পোমক্রি হীকমাবী মোম্পাক য়াহৌথেং)

**পাও-চে-শিংনা পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইশিংগী মিংশেন্নি ।—** পৃথিবীদা থোকইবা থৌদোক-রাথোক খুদিংমক পাও চেশিংদগী মীওইবশিংনা পাবা ফংনবদগী পাও-ঈগী মরম খঙবা ঙম্মে। লৈবাক্কী অফ-ফত্ত পুন্নমক শেংনা থনবা ঙম্মে।

# ফ

**ফক্লাংদা লৈতুম্না থাবগুম্বনি, লৈপাক্তা খুতুম্না শুবগুম্বনি, বরিশাদা নোংমাইজিং চীংনা ফিরুক খুমগুম্বনি :—** তৌগদৌরিবা থবক্তু কয়া শোয়গনদবা। থবকশিং অতু শোইক্কম লৈত্রে হায়না ঙাংনবা অমস্তুং থাজনরবা।

**ফীরিংজি লমলৌ :—** থোক তৌহনা নমথাক তৌরগা খরা লৌবা। পুকচেল শেপ্পা, মপুক ফত্তবা, কম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লি হায়বা অতুনি, মচেত্তগী মপুম ওইখিবা। কিগ্রী তৌরগা পোং লৌবা।

**ফজনা কেনা নোক্কে তৌবদা নপ বোন চোংথোরকপা :-** শোয়বা, খঙতৌদনা অতোপ্পা মী অমনা হায়দোক্লকপা রাফমদা পুক্লিংদা হবাও-নুংঙাইবা ফাওরকখিদুনা ইকাই-নুংশি য়ান্নবা হরাওনা নোকপদা, শোয়খিবা। মচু তাদবা।

**ফজবনা তৌবদি ইফদা ফজবনি :—** তৌথোরকপা থবক খুদিংদা ইপক্তা পকচবা অমস্তুং মীনা নুংশিবা।

**ফজবা লম্নচৎতি মমল নাইবা লৈতে :—** অফবা হায়বা অসি মফম খুদিং চন্নবা য়াই। লমচং ফজবা হায়বা অসি মশানা শেমজবা মগুণ অমনি। মী খুদিংমক্না তমজনিংঙাই ওই। অফবদি পুন্নমক্কী অফবনি।

· **ফিজেৎ লৈতেংনা জাতি-বীজাতি থায়, ঙাংথোক্লকপা বাহৈ বচন্না মতিক-মগুণ খঙই :—** মীগী কষ্টনগী অমসুং চৎনবীগী মতুং ইন্না ফিজেৎ লৈতেংনৈ মুপানা মুপাগী ফিজেৎ, কুপীনা কুপীগী ফিজেৎ শেৎনৈ। মীগী মগুণদি মানা-মানা ঙাংথোক-শকতোক্লকপদা খঙই।

**ফৌ-তাইবনা নরক তাই, শউন লল্লোনবনা স্বর্গ কায় :—** অতোপ্পগী ফনবা হোৎনবদা হোৎনরীবা মহাক্কীসু খরদং কান্নবা ফংবা।

**ফীরাল মমায় চুম্বা মীনি :—** তৌরু-তৌরুবা থবক খুদিংদা কান্নবা ফংবা। শামু ময়া থিন্দোক্লকপদা মঙ্গে থেংগুনা য়ৈশিনবা য়াদে। ( ফীরান মমায় চুম্বা মীনি )।

**ফৌ-শংবাই অমদি মিহৌদে, ঙাখা তুঙ্গোল অমদি মিহৌই :—** তাংনা ফংবা পোৎনা মীহৌনবা হেল্লি। মমল য়াম্বা পোৎ নত্রবসু তাংনা ফংবা অমসুং দরকার লৈবা পোৎনা মীহৌবা কল্লরুবা য়াওদবা নত্তে।

**ফদিগোম হুল্লপা পাখোল হৌবা হৌনদে :—** অফবনা অফবা চার ওইগল্লি। ফত্তবনা ফত্তবা ওইগল্লি, মাগী মাগী জাতি

অদুগ্মক লৈজে। অকবা মপাগী মচা ফগল্লি। কৈনা তোকপা পোকপা তৌনদে। ( ফদিগোম হুল্লগা পাখোল হোবা হৌনদে)।

**ফাজা চাবা, ফাফু-ফুবা :—** মফম-মতম নাইদনা পংচাদা চাবা। মপোং মরম কয়া খঙদবা। অফং অফংবা চাশিনবা মতম নাইদবা। ( ফাজা চাবা, ফাফু-ফুবা )।

**ফনবা শেম্নদা হিগাই-বা ওনবা :—** ফনবা হোৎনদা ওন্ন-তৈনা তৌদুনা ফত্তবা থোকপা, চান্নরুদবা।

**ফীরান যুম্ফমদা লৈবা :—** মফম ইচা-চাদবা করিগুম্বা ময়াম্না ফংফম থোক্লুনা লৈরবা, ময়াম্না ফংনখ্রগা, মহাক্না ফংদবা। লৈকরিন্দু লৈফম চাদবা ফম্ফম চাদবা মফম, খরুং মম্ম চাদবা অমসুং ফেৎ-ফেৎ হাইনা খাঙবা। ( ফীরাল যুম্ফমদা লৈবা )।

**ফাগীদগী থী য়াওবা :—** তৌশিন্নরম্বদগী অওইবা ওইনা তৌবা। ফাগী তৌনবদা মওং চাদবদগী শাওনবা।

## ব

**বুম-বুম চক্র বুম, ময়াৎ লাৎদা কিশি-কি :—** থোক্লগদবা থোদোক অঙাংশিংনা শাম্নবদা খর-মখৈদি য়াওই হায়নরিবনি। মীরাল লাক-কনি চেকশিল্লু। লৈজরীবা মীশিং অদু মিকুপ নাহুম শিংনা লৈবা দরকার ওইবা।

**বিভুলাদা পোইলা তৎবা :—** থবক তৌফম খংদবা চঙরদুনা লৈবা। অমা তৌদুনা লৈরিবৈদা অদুগা চপ মান্নবা অমা লাকশিল্লকপা। রাখল থোক্তবা মী অমা।

**বিচার হাজার নাই :—** মথক থোংবা মীনা অকরুবা রাক্ষম থমদবা, অচুম্বা বিচার তৌদবা। চে লৈবিবমখি হৈবগী অরোইবা লৈতবগুম তৌবা। অবোইবা হুকুম যাখং পীদনা। থবক্তুগী অতাবী খণ্ডদবা। ঙহাক লৈরা অমা হায়, ঙহাক লৈবা অমা তৌ। মফম খণ্ডদবা অমা। ( বিচার হাজার নাই )।

**বাটনা তৌরিবা, মহৈনা খুরোৎলি :—** মতেংগা মযানা প্রমাণ তৌদুনা লৈবিবশিংদা খণ্ডনবা হায়দুনা ঙাংবা তৌথোবকপা থবক্তি ফজদবা ওইবা, কয়া হৈক্কাৎতবা।

**বিস্তা হৈতবা মীদি হিংবগী মহাও য়াওদে :—** মহৈ মশিং হৈতবা মীদি মীনা মীথানদে। মীনা ব্যাবহাব রাৎপী।

**বিধিনা তমথ্রবা ককপা ঙমদে :—** মীওইবদি ঈশ্বরনা শিনবা লিলাগী মতুংইন্না চৎলি। মীওইবনা তুংদা থোক্লগদবা থবক মওং পাক হায়বা ঙমদে। শিনি হায়বা কাউথোকনৈ, নোংমবনা তনহুনা লৈথ্রবনি। অচং-চৎত অহিংবা পুন্নমক নোংমদি শিখিনি। লাইবক্লা তমথ্রবা অমুক খেৎতোকপা য়াদে।

**বামোন লাইরিক হৈতবনা পোরোক শোনবা :—** হৈরম-হৈক্কাৎতবা মীনা থবক তৌবা রায়োং থোক্তে। রা যাম্না ঙাংবা মযেক-মশোন খণ্ডনা তৌবা থবক অফবা ওইগন্দে।

**বামোন্না লৌউবা, মৈতৈনা লাই লাৎপা :—** মীঙোন্দা অমুক হায়জবগী থবক লৈবা। মানা মানা পামজবদা থবক

তৌবা। মথৌ নত্তনা মথৌ শাবা অমসুং মশিন নত্তনা মশিন শাবা। শিল্লম চানত্নখদি মমৈদা অন্নাবা ওইগনি।

**বাল-বাসু শাত্নুনা লৈ, মরৈ খৎপা থোক্কে:—** পোৎ নিবদা পকচবা। তুকক-তুকাই চন্না মচি-ময়াদা কম্বা। অরু-অহেন কয়া য়াওদবা। ঈশ্বরগী মরিদা নাম শোন্দুনা পোৎ নিহুনা লৈবা। মচি-ময়া ফমগনবা, অহল ওইরবনু অঙাংগুম্না লৈবা মী অমা।

**ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব সেবা তৌবা, যণগী সেবা তৌবা, ঈশ্বরগী সেবাগী অম্মানি:— অহল-লমল, লাই-গুরু, অশোন-অনা, যণ-ব্রাহ্মণ, মুশী-অঙাংশিংনা, অন্নাবা তারবদা কনবীকম থোকই** অমসুং মত্তেং পাংবীকম থোকই। ঈশ্বরনা মহাকপুম্নু শোয়দনা থোজানবীগনি। অফবা কর্ম্মগী ফল, মহয় লেম্না মাংবা হৌনদে।

## ভ

**ভাবনা দলান শাবা, দশানা নিখাই:—** ওইরোইদৌবদা সুংঙাইথোক্নুনা লৈবা, কান্নদবা থবক্কি। মীওইবগী মপা থোক্কনা অমদি লাইবক্না তমদনা ফংবা অমসুং ওইবা য়াদে। মফম-মরাং খঙজিন্নৈদা রাখলনা সুংঙাইথোকপা। মমৈদা খুদোং চাদবা ওইগনবা। (ভাবনা দলান শাবা, দশানা নিখাই)।

**ভারিগী থবক মেলাগী থৌ-দৌ হায়বদুনি :—** লাকইবা মথৌ পীজ-পীথক তৌনবা হোৎনবা, অকরুবা মশিং খণ্ডদবা। অস্থুক্লি হায়বগী মশিং লৈতবা। ময়ামদুগী ঘাত্তনবা হোৎনবা। ( ভাবিগী থবক মেলাগী থৌ-দৌ )।

**ভিমনা মল্লি ওইবদু মঙাইরে :—** তৌনিংবদা তৌবা থবক, নমফু শাসোন তৌবা।

# ম

**মী পুম্নমক চরাং-মশা পাইনরে :—** কান্নবা কংগদবা মওং উবদা মীশিংদুনা কন্না হোৎনবা নত্রগা মুংশা থিবা অমসুং কিবদগী হোৎনবা। মীনা হোৎনথিবা থবক্তু উরগা মী খবনা থবক্তু থরদং কংবা ম্নাখিগন্দ্রা হায়দুনা কোইচেম-চেন্দুনা হোৎনবা। ( মী পুম্নমক চরাং-মশা পাইনরে )।

**মালেম পৃথিনা লুম্বরা, পালেম ইমানা মরুমই, কোরৌ নোংদোন্না ঘাৎবরা পম্বৌ ইপানা মহেল্লি :—** ইপা-ইমা মিৎনা উবা লাইগা অক্ষানি, ইমানা পোকপীরে জগৎ সংসার উহল্লে। চাউনবা য়োকপি-থাকপিরে, মহৈ-মশিং তমহল্লে। সমাজদা মীরক ভিলহল্লে। ইপা ইমাবু লুনা থল্লু। মখোয়না পেনবীববদি লাইনম্থ পেনবীগনি।

**মবা হুরাঙ্গবদি, মতুস্থ হুরাল্লি :—** ইমুংদা লৈমিন্নম্লিবা মতৈ-মনাও অনি অর্থ মান্নবা, থবক অদুদা চিনখুম মান্নবা।

মপুয়োইবগী কনবা থনবা। অ'িনা অমতা ওইবা। ( মরা হূরাল্লবদি মতুস্ত হূরালি )।

**মশানা লাংহিক-মুক্তা চাউই, মপাম্বোল্লা তৌরাক্ত মঙাইরে** :— মশাহু পীকশিল্লবা ময়াং শাখিনা কংলবা মী অমা।

**মীনা বাট তৌরক্কনি** :— থবক অতুগী মরমদা মীনা নোক্করক্কনি।

**মহাক করোংচাক য়ুংবগা চপ মান্নখে** :— অরাবদা অরাবা হাপচিনবা। মহাক্না ফনা হোংনজবতু ইয়া য়াখিদে। তৌরিবা থবক্তু্দা কান্নবা ফল পুরক্তবা। থবক তৌবদা উপাই লৈতবা।

**মীয়াম চাবা লৌ-শাংদবা ইমুং** :— চায়াম পোকপা মীদি লাইবা তাল্লি। মী অমৎক্তনা শূজ-নোমজবা, ইমুং মীয়াম চাবা। থবক শূবদা খুং-মান্নদবা ইমুং।

**মনেম্বোক খুরম্মু হায়দুনা মকম মতম চাদনা খুরম্বা মীনি** :— তানজা-মেনজা খঙদবা। মতাং চাদনা হায়বা ইনবা। মকম মতম চাদনা থবক তৌবা। মীগী পোইরৈ উদবা। অপংবা মী অমা।

**ফুঙ্গা বারী মতেক** :— হন্নবী মুপী অমগী মচানুপী লৌবা ময়ানুপা অপংবা অমা লৈরম্মী। মহাক হায়বা ইনবা, ব্যবহার লৈবা অমা ওইনিংলম্মী। মী অয়াম্বনা মঙোন্দা হায়। নুহাক্না ননেম্বোক হেক উবদা খুরমগদবনি। অতুনা মখোয়না নংবু লুনা সুংশিনা তৌগনি। মসি চংনবীনি। নোংমদি ময়ানুপা অতু

মনেম্বোক্কী ময়ুমদা লাক্লম্মী, অমস্থং মনেম্বোক্কা মস্থং চংলিভৈদা (মখোং হামলিভৈদা) থুরুম্লম্মী হায়নৈ। অপংবদি মকম খুদিং চোম্না নংগল্লি।

**মহাক খরুং মফম চাদবগা মান্নখে :**— মফম চানা লৈতবা, নিংথি-মুংঙাইনা ভং তানা লৈতবা। মহাক খরুং মফম চাদবগা মান্নখ্রে।

**মপাম যণথৈ কৈনা চাই :**— খরদং কাম্নগল্লা, ফংগল্লা খন্দুনা পোং থৈদোকউবা। মমৈদা কান্নফন খঙদনা পোংশিং অহু মাংখিবা। (মপাম যণথৈ কৈনা চাই)।

**মচাদি রারক্কনা, মীচা রারকপা :**— মচানা অরানবা তৌরিবা থবক অদুনা উংনা-রাইনা খুমহুনা খল্বা। মীগীহুদা উবা। মচানা তৌবা থবক্কা সমাজদা কায়রকপা য়াবা। মাগী শুমাং শিংতনা মীগী শুমাং শিংপা হায়বহুনি। (মচাদি রারক্কনা, মীচা রারকপা)।

**মৈতাল চাবী আওরে কহ্নাই থোরোরে :**— থবক তৌথোরকপদা নাতৈ-পুদৈ চাদবা। অমদা ময়াম চংহুনা নোক্লবা। মীহুনদি অতৈ খঙলমলোই নিংজবা। মী খরনা খঙবা মরম ওইবা। মুংশিং শিংতনা উনা লেংবা হৌনদে।

**মপোক-থোক ময়া-লাং ওইরে :**— অহল ওইরক্লবা মীওই। মহাক্না তৌথোরকপা থবক্না মহা ওইবগী মওং, চহিগা

তৌথোবকপা থবক্কা মতিক মপা চানদবা। (মপোক-থোক ময়া-লাং ওইরে)।

**মৈচ্রাংদা থবক তৌবা :—** থবকশিং অদু অথু-অকাই নংনবা হোংনবা, হাথু-হাথু তৌবা থবক।

**মিৎ তাংবগী চৈশু :—** য়াম্না লূনা নীংজহনা থম্বা পোৎ। মতম পুম্নমক্তা ইথা থাদোক্লিংদবা দরকার লৈবা।

**মচীলনা পুরুম হৈতুপ শাবা :—** রা কয়া ভাংদবা। মীশিংগা সোসিয়েল ওইদবা, মী খবনা মুংশিবীবা রাৎপা, মচীন পোমথোক-শুকতোক্নুনা লৈবা। মরুপ-মপাং খবনা তিন্ননিংদবা।

**মকম্থিনা মরল ফোইদৎপা :—** শাওবদগী মশাগী মপোৎ মাঙহনজবা। শাওমনখিহনা হায়ন-তানবা অমত্তা য়ারক্কবা। অশাওবদি মুর্খনি। (মকম্থিনা মরল ফোইদৎপা)।

**মনাৎ নত্তনা শঙ্গোম চাবদি য়েমৌনদুনা শি :—** মথৌ নত্তনা মথৌ শাদুনা থবক তৌবদগী অশোম্বা নাই। অরা-অনা থোকল্লি।

**মাংদা কাগে হায়রবদি তুং হন্দুনা অমুক্তা য়েংলম্মু :** মথারোমদগী মপুং ফানা শৌগৎলক্লবদি মপুং ফাবা ভম্মী। চথোক রাৎপা রাদে। (ময়াম্বা মনিং ইনখৎলু, মনাও লুশম পায়দুনা চিংখৎলু)।

**মেরুক্তা মখোঙ পানবা :—** মী অনেম্বা, অপীকপা, শেং-শেং লাওবা। হৈথোই-শিংথোইবা, ফুমবারুনা নেম্বা মী। মী খ্বায়গা মান্নদবা অপীকপা মী। ( মেরুক্তা মখোঙ পানবা )।

**মীদি মখৈ ফংলগা শাওই, লাইদি মখৈ ফংলগা পেনবী :—** হূবানবা মপূক শেংদবা মীহূদা হূরানবা হায়রুরবদি শাওই। মানা-মানা তৌরুবা ফত্তবা থবক্তু শিংথাহুনা হায়রবদি শাওই। লাইদি মিংথৈরোল অফ-ফত্ত কয়া শিংথারগা অমদি শোল্লগা পেনবী।

**মকোয় নান্দুনা চারে :—** অরাবা রাখল খন্দ্রবা নুংঙাইনা লৈথোকপা। ইমুংগী লৈত-লাইর খন্দ্রবা মী অমা।

**মহাক্কী থবক্তু কুম পুবা ওইরে :—** থবক অদু মতম কুইনা চংবা, ইরোই-লোইশিন্দবা। যুম অমা শাবহু কুম পুহুনা লৈরে। মতম শাংনা লৈখিবা, লোইশিন্দবা।

**মচান্দা কোঙ্গোল শোবা :—** রা য়াম্মা ঙাংবা, মীনা তানিংই-তানিংদে খঙদবা পংঙাংদা ঙাংবা। রা-য়াম ঙাংবদগী খয়াংতা কোঙ্গোল কাবা মী।

**মমং মথুৎনা লাম্বা ফংলবা :—** অহল ওইরবা শিগদবা কুইত্রবা মীওই। মাংগা-তুংগা য়েংনবদা মাংনা শাংহৌরবা তুংনা তেনশিল্লরুবা। (মমং মথুৎনা লাম্বা কংলবা )।

**মহৌশানা শক্তিং হোবা লৈবা :—** মতাং চাদনা শাওগনবা, মরক মরক্তা অঙাওবগুম তৌবা।

**মিৎনা ৱেংবদা খঙবা :—** মিৎলম-নারম য়াম্না শিংবা মী। মীতেক-মীরৌ নিংথিনা খঙবা। মীগী সাইকোলোজি মুন্না খঙবা ঙম্বা অশিংবা মী।

**মচিল অখুবনা মনম অপাকপা য়োল্লি :—** মচিল থিবদগী চৈ চায় ( অরাবা ) ওইগল্লি। বা য়াম্না ঙাংলবদি অবানবা লাকই। চিন থিবদগী মী-মাংদা ফনই, ইকাইবা নংগল্লি। ( মচিল অখুবনা নম অপাকপা য়োল্লি )।

**মৈতৈ লৈবাক্কী ( মণিপুরগী ) শাসনদি চৈদোন্দা থম্বা ফৈ :—** মী অমসুং জীবা পানবা হায়বসি কিহলবগী দরকার লৈ। কিন্নবদি শাসন ঙমদে। মী অমগী মগুণ মশানা খঙজবা তাই। লম হেনবা মীদি চৈ চায়, চৈরমদা থোংখোং শায়। নমজা-নমথেক-নরকপা মীওইসু য়াওরক্তবা নত্তে। খোন্না হায়বদা চত্রবদি অতাবী তৌবনা ক্ষবা মতমসু লাকই। মীয়ামগী মমুংদগী মীগী রাখল য়াওদবা মীসু য়াওদবা নত্তে। অফবা পুমরুবা হোৎনবদা য়ৈথাই-থনগাইবা কয়ামরুম য়াওদবা নত্তে। লম হেনবা কাংবু খরগী রানি।

**মখোয়নদি শান্নবনি হারডুনা লৈতুম্না থারকইবা, হঙোই ঐখোয়দি লোইরেদো :—**অচৌ-অশাংনা হুকুম তৌবদদি লাইবা,

মথাদা লৈবা মচা-মনাওশিংদি থবক ওইনা তৌবদা থরা লূনা থোকপা হায়বদা কোম্বা, থবক তৌবদি থরা ব্রাবা মওং।

**মমা-মপানা হায়বা ইন্দবা মীদি থাওতকচনা মাংগল্লি :—** হায়বা ইন্দবা মচা-মশূদি লমখাংদা মাংগল্লি। অফবা হায়বা, তাকপা লৌদবদগী মমৈদা অরাবা ওইগল্লি। মমান্নবগা মীমান্নবা ঙমদে। মীখা-পোন্না ছিংগল্লি।

**মিৎলম-নারম থঙবী :—** মীশিং-নাশিংবা মীদি মীনা লাকচবা ঙমদে। মীগী পোইরৈ য়েংনা থবক তৌবা। মপুক্‌চন শেংনা লৈমিন্নরিবা মীশিংথুগা য়াননা থবক তৌমিন্নবা।

**মপুবুদি মনাইনা চাওবা :—** মানা-মানা তৌরিবা দিউটিনা মরু ওই। হৃদি শেংনা ভক্ত-বৈষ্ণব ওইব্রবদি শ্রীহরি ফংবা ঙমদে। থোংশংবনবু য়াব্রবদি মপু উনবা ফংদে। (মপুবুদি মনাইনা চাওবা)।

**মীচং মীথোক ফবা :—** থৌনা লৈবা, থবক খুদিংদা মীকি-লাইকিদবা। সঙ্গ-পঙ্গা লৈবা মী।

**মমল লাইবা পোৎনা থক অফবা ওইবা য়াগন্দে :—** অহোংবা অমসুং মমল য়ামদবা পোং ফংকন্দে। উচুনা থওচুনা লৈরবা কয়াবু মীওইবগী পুক্নিংদা হন্থনা নিংই।

**মিৎনা মায় নম্বা :—** অমস্তু অমস্তু য়ানবা কৈনৌ-রায়েল তৌদুনা থবক অদু লোইশিনখিবা। থবক অদুগী ময়মদা ভাংথোক-শক্তোকপদা লেমদবা, মী উশিংঙবগী মওং খরা লৈবা। মোগা ভান-খোংনবা য়াওদনা মানা থোকপা অমা হেক্তা য়াননবা হোৎনখিবা।

**মীগী মমা ফজবা অদু ঐগী ইমা ওইগে য়াদবনি :—** অপোকপা ইমা-ইপা হোংবা য়াদে। কন্নবস্তু ফজ্রবস্তু ইমা-ইপানি, ঐগী ইমাতি, ইরোল কৈদৌন্নংদা থাদোকপা ফংতে। ইমা-ইপা মিৎনা উবা লাইগুম্বনি, মখোয়না পেনবীরবদি ঈশ্বরনা পেনবী হায়রিবনি।

**মীগী (জগৎসে) ওসিনা চান্নবা, হয়েংনা য়েক্রবা ওম্বা ওমদে :—** মীওইবদি মুংশিননা লৈরম্বা অসি করিগুম্বা অমদগী মুংঙাইনদনুনা নক্না লাপথোকনৈ। ঐ-ঐগীনা কল্লি।

**মহয়দি পাম্মী, চানিংই, মখুৎতি মক্রাং লোত্তুনা লৈ :—** অতনবা শুনিং-নোমনিংদবা। করিগুম্বা মরু ওইবা থবক অমা তৌবদা য়াম্না বানা পাঙথোকপা। থবক অদুনা ফগৎলকপা মতমদা "মনা" লৌবা অমদি শিংথাবদা য়াওনিংবা। থবক অদু ওইনবা হোৎনবদা কিবা অমসুং তনবা। মীনা হোৎনরগা অকবা অদুগী মহয় কংবদি য়াওনিংবা।

**মীনা য়ারবদি লাইনসু য়ারবনি :—** লাইগা নরুবদি মীনি। মীনা শেমলগা লাই ওই। লাইনা শেমলগা মী ওই। লাইদি চোংথোক্লুনা য়া ভাংলক্তে। মীদি চোংথোক্লুনা থবক তৌই। অক্ষ-ক্ষত্র খুদিংমক মীনা য়েংশিনবা ভমই। অক্ষবদি ফল্লবনি। (মীনা য়ারবদি লাইনসু য়ারবনি)।

**মপুক্ক-থোক মরৌশিংনা তৌরিবরা :—** মশাগী জ্ঞান বুদ্ধি পুথোক্লুনা তৌখিবা থবক্লা? কনাগুম্বা অমন্না তাকউদনা, মী অদুন মশা মতৌমতগী য়াখলদা তৌখিবা থবক্লা।

**মা অহিংবগী মরৈ উৎ হাপ্তুনা থৎকে হোৎনবা :—** য়ারোইদবা থবক্তা ধপ তৌদুনা য়াজাও ভাংবা। মীদুনা ভুমিন্না লৈথোকলোই। মহাক্কী অভম্বা শক্তি পুথোক্লুনা হোৎনরক্কনি। মীবু উশিংতবা তৌগনু।

**মীদি লাপলিদৈনা লাই ওই, নকশিল্লগা মী ওই :—** মীদুনা খভ-হৈরিবা অদুদগী হেন্না পাউ তম্বা, থবক তৌরগা মগুণ খঙবা। খোংলগা খঙবা লমগী মণনা মচী শাংবা।

**মী ফত্তবা, ওক্কবগী ফিদম লৌববুদি লংদম ফিদম লৌবনা কৈ :—** মী ওক্কবগী ফিদম মরমচৎ লৌবদি মা নবগী মশকনি। ফি-লংগী ফিদম লৌবদি থবক ওইনা শূদুনা কাম্নবা কংই। সঙ্গনা মী ফরুল্লি, সঙ্গনা মী মাংহল্লি।

**মৌ অনৌবীনা উন শিং নৈ :—** নৌনা ফম কাবা অমসুং থবক পায়খংলকপা মীওইশিংনা থবক্তা থন্নাই য়াওই অমসুং পুক্লিং

চাই। রাখল পুক্রিংগী মতুংইন্না থবক তৌবা। (মৌ অনৌবীনা উন শিংনৈ)।

মাখোংদা ঈশং লৈরবতদা থম্বালনা নুমিৎকা মরুপ ওইজবা ৩মই :— য়ুম পানবদি নুপা করগা লোইরে, নুপা করবদি নুপীসু করে। মতু-মচাগী অচা-অথক, রাৎত-পাদনা লৈরবতনা নুংশিনৈ, নংনদে, ঈংনা লৈমিন্নবা য়াই। নুপানা নুপা থোক্না নুপীগা লৈনবদা য়ুম পানবদা শান্তি ওই। মাশিংনসু ইকাই খুমনে। মাওইবনা রাৎত-পাদরবতদা হরাওনা লৈমিন্নৈ। থাগা থরোগা, নুমিৎকা থম্বালগা মরুপ ওই।

মীজাওনা লুবদি কাচিন য়ৌই :— সধারন মীওইশিংদগী থোইদোক-চান্দাক্না লৈবা মাওইশিংনা সধারন প্রজাদগী হেন্না কুপথনা শিংবা হেল্লি। (মীজাওনা লুবদি কাচিন য়ৌই)।

মিংলা পকপা উফুলদি মীনা কম্থোকপীগদবনি :— মীদ মশানা মশাগী মরাল খঙজদে। অরানবদি চুমথোক্লবা কৈ।

মী ফত্তবগী ডাক্তরদি পুলিসনা ওই :— মীশিংগী মবক্তা সমাজগী অকাযবা তৌরিবা চৎনবী অমদি, আইন থুগায়বা মীবু দণ্ডি পীনবা হোৎনবা মীনি। (মী ফত্তবগী ডাক্তরদি পুলিসনা ওই)।

মল্ল মল্লা লৈনুংশি :— য়ুম্বানব নুপী মপুরোইবনা অহল ওইরবা মাংবেদা নুংশিজে।

**ফুঙ্গা বাৱী মতেক :—** লৈশিংগী মমুংদা নাগেশ্বর উ, লৈ ওইনা নিংথিবা লৈনি। হেকলুরগা মন মনাক্তা থম্বদা মতম কুইনা লৈনম লৈবা অমমুং লৈনম চনথরকপা ফাওবা লৈনম ঈংনা মুংশিবা লৈনি। মরম অতুনা লৈরাং অতুগা প্রমাণ তৌবনি হায়নৈ। (মল্ল-মল্লা লৈন্নংশি)।

**মী মাংনবা তৌগনু, মী কনবা তমউ, মৈদা কান্নবা লাক্লনি :—** মীগী ফত্তনবা তৌবা মীদি লম্বী খুই। মীগী ফনবা তৌবা মীগী লম্বী লাওই। অফবা মাগী মী রাংতে।

**মতাও ইকাই লান্দা শি :—** থ ক হৈতবা মীনা থবক খওই হৈ হায়দুনা মচিল পুথরুবদগী মরুপ মপাং ইকাইবা ফংবা। থবক্কা তৌরুবা মপান্দলদা বাবা। থবক্তি পাওথোকপা ঙমদবা।

**মোংবা য়ুমজংবগুম্বনি :—** কত্তবা মীনা য়েংশিনবা। মহূ চাওবা মবুক ফত্তবা, মীগা য়েংথিনবা। মৈদা অকায়বা কয়ামক্কম লাকপা য়াবা।

**মবাগী মপাল নোক্লা চায়, মচাগী মপাল কপ্পা চায় :—** মরা মুংশিবদি অমতা ওই। মপুরোইবনা শূরু-নোমউ তাল্লুবা পুম্নমক অমদি লৈত-লাইর খুদিংমক থম্ম-নৈনদুনা পাল্লি। কুৈর-লৈত পুম্নমক পেম্বোক্লবা ঙমই। মীগী মতেংদা হিংবা মুংঙাইত্তবা।

**মৈনা বায়, তাংনা শম, ভাংনা বায়. মৈনা শম্মীহৈদগী লোয়নরকপা :—** মথাই থাইনদগী চংনরকপা। হৌজিক্কী মতমদসু অদু চংনদুনা লৈবা। অরিবা লোন ওই হায়নৈ।

**মঙদা শন্নরিক শিবা :—** ওইরোইদবদা ভাবনা দলান শাহুনা মুংঙাইবা।

**মৈতৈদি চাক চাফম বাই তৈগল্লি :—** মৈতৈদি লম-ভু, চাং-মাসদা চাক থোংলগা চাবা লুখাক মফম বাই তৈগল্লি। মশ নাল্লি। থোইদোকপা মগুণ লৈ। মফমদু অদু ব্রাই তৈরম্নবদি মৈতৈ ল'কৈ চৎপশিংনা চাক চাংগ্নি শঙনবনি।

**মপোৎ ফরবা হিদুদা শীংগাইবাক মচা অমা ফাওবা হাপ্পা য়াদে :—** মশানা খঙজরিবা অদুদগী ইহেন হেন্দোক্কবা অতৈমা পাশী হায়রুনা খবদং তম্বীনবা হোৎনরুবদু করিন্নু কান্নদবা। খবদং হৈজবা মহৈ অদুদগী ইহেন হেন্দোকপা য়াদবা। তম্বীবদা থোক্কবা

**মনাই খাওবুনাইদসুবা তান্নৌ হায়বা লৈ :—** করবনু কল্লবসু মতৈ-মনাও, মচিন-মনাও, অপং-অশিং তান্নহুনা খবক তৌবা কৈ। চেক-চেকশিন্নরুবদি অমত্তগী ব্রাখলবুদি ময়ামগী ব্রাখলনা কৈ।

**মীথিনগাই খক ওইরুনু :—** মীবু শ'ওনবা অমগা অমগা তিন্নবা য়াদনবা থবক খক তৌগনু।

**মীওইবদি খঙনা পোক্লক্কে, খঙদ্রবদি হৎউ :—** মীওইবা খুদিংমক তম্নগা, উরগা খঙবা ঙাক্তনি থবক খুদিংমক অখঙবদা হৎউ। অখঙবনা ওঝানি।

**মীচাপা ইচাগা ইচানা লুই :—** মীচাপোক য়োকপা অরাইবা নত্তে। ইচাগী দোরীনা পুন্নে। (বাসিল্লা প্রেমদা তাওদৈ)।

**মুংলমদাইদা থাওমৈনা খংঙাল ছাম্লি :—** শিবা ঠাপবা ভীবনা মমৈদা তৌবা ঙম্বা শক্তি পুন্নমক উংলম্বা।

**মীশক য়েংনা বা ঙাংগে, কুচু য়েংনা খোন থাউ :—** মীশক-মীমায় য়েংনা থবক তৌ। মীনি মী-মান্নদে। মীগা মীগা মান্নদে। লৌশিং অমস্তুং শক্তি খেন্নে। তিন্নবা অমস্তুং বা ঙাংনবদা মীপুম খুদিং মান্নে হ'য়না খনবা চুংলোই।

**মীওইবগী পুন্সি পুর্ণিমাদা ওইদে, নোংমদি থাশি ওইরকই :—** মীওইবদি ফজুনবা লেতে, অহল ওইরগা মথুই চায়থরকই।

**মীনাইনা মরান্নাই তৌবা :—** তৌগদবা থবক অদু থরাই য়াওনা পুক্লিং চংনা তৌদবা। মতম লেন্নবা তৌবা।

**মীরা-লাম্বা ওইবনি :—** মাগীদমক্তা হন্না য়েংলকপদা কনাস্তু লৈতবা। য়ুম-ইখোল, মমা-মপা অমস্তুং মরী-মতা কনাস্তু লৈতজরবা। খুংলুবা লৈরু-লৈরুবা মকমদুনা য়ুম ওইবা।

**মী অহল য়োংনি, উ অহল লাইনি :—** মীওইবদি হেক পোকপদগী শিবগী মাইকৈথোমদা নোংম-নোংমগী অসুম-অসুম চংশিনখি অমস্তুং হনুরকই থীজিল্লকই। উদি চাউর চাউরগা ফজে। উজ্জা ওবা লাই তোংই হায়নবিবনি।

**মতৈ-মনাও খংনবদা থামলুনু, ইরোই বাইনবদা চংলুনু :—** মখোয় অনিদি খংনবা লোইরগা নোং ঙাল্লগা অমতা ওইখিনি। থামলুরিবা, মীচং চংলুরিবা মীহুদা য়েরবা, ওইদুনা

েত'ক্নি। ইরোই মচী কবা শানি। রাইনবদা হাংনবা ওমই। অননা অনবু ওম্নবা তান্নবকপদা মী লৈবা মক্মদা চেনশিনগনি, অমম্বুং মী শোক্নি। ( মতৈ-মনাও খংনবদা খামগনু, ইরোই রাইনবদা চংলুনু )।

মরুমদা শিকি য়োবা, পোকখাইরগা মথায় য়োবা :— ম'য় পীরা চ'ি ম'ওদনা হৈ-শিংবা। মতিক মাপা-চাদবা খব'ক কৌ'থা'র্নক'

ময়াদা হিয়িং চংবা খওদে ,— রাবী খুংঙাইবা তাবা নত্রপা নে শিবা কুম্মে অহুদা পুরিং লুপখিবা।

মণিপুরদা অকিবগী অকিবা ওাক্তা, চীং-তম জাগা খুদিং মফম অয়াম্বদা যম লৈরমগনি :— মীওইবগী পুম্সিদা ঈ না লৈত্তানা পানদবা।

মায়খোংদা অশাওবা উৎলগা পুক্নিংদা মচাবু নুংশি-গদবনি :— মচা মশুশিংবু মপানথোংদা কিহলগনি অমম্বুং পুক্নিংদা লন -চাম্না তৌবিগনি।

মুকপ্‌বী পাইশিল্লকপগা চ' মান্নব্রে :— মী মযাম কবিগুম্বা মবম অমগীদমক্তা গ্রবং-গ্রবং, পবপ-পরপ মফম অমতদা চেনশি-বা।

মরল লৈত্না শক্তোম চানিংবা :— শূবা-নোম্বা ভনবা। শেম্ম থোক্নবা মী, অহাও-অথুম, অচা-অথক লৌরা পাম্বা, মমম্ম

পীনিংঙাই লৈতবা, অফবা ফি-বোল শেংনিং-ইন্নিংবা। (মরম লৈতনা শঙ্গোম চানিংবা)।

**মীপোক-মীহিংবা ওম্বা, মীরৈহং ওম্বা মীনি :—** তেংবা ওম্বা ইকাই-ইকি খঙদবা লৈথোক-লৈশিন তৌনা ঙাংবা, মীঙোন্দ মরাল শিজিনবা ওম্বা, মবুক ফত্তবা মীনি

**মরোল লোনবা মী তিন্নরুন্নু, থাজবা থমগন্নু :—** ফিজেং-চাকচা মান্নদবা তিন্নবা লুই। ইরোল-মরোল তিন্নদবা লৈমিন্নবা য়াই। ইরোল-মবোল তিন্নবা মুংশিনৈ। লোন তিন্নবদি মুংশিনদে থাজবা থম্বা য়াদে। তিন্নবথস্থ খুউ শেন্না চংল্লু

**মী ফত্তবগী থোপ্পী লাই ফত্তবগী কারখানানি :—** মী ফত্তবগী হিদাক লৈতে। হৌবকফমদগী শোযববদি অফবা কযা ওইগনদে। শারোই-ঙারোই লাই ফত্তবা কয়ানা তৌবগুম মী ফত্তবনা ফত্তবা য়াখল পুথোকই। (মী ফত্তবগী থোপ্পী লাই ফত্তবগী কারখানানি)।

**মীবা-মীশা লাংবা :—** থবক তেংবদা শোয়বা, মচু তাদবা। মীগী য়া-ঙাংকমদত্তা লৈবা।

**মীনম শোরি তৌবা :—** ওইদবা ঙাংবা। ওইদবনা শঙ্গোল শাবা।

# য

**যোং-কান, উরান-কৈরাল ওাক্তা ওাইরে :—** অমস্থু অমস্থু করিগুম্বা অমত্তা খন্দনা পুমলাং লাংছুনা লৈবা। মফম অমদগী অমদা কোয়থুং-থুংলুবা।

**যমগী চুতকা চপ মান্নখ্রে :—** মী-ফত্তা, মীগী ফনবা খন্দব। হীরম খুদিংমক্তা অকবা অমতা তৌথোবক্তবা।

# র

**রাজনিতি য়াওবদি কৈ তোংবগা অন্ধানি :—** মতমগী য়াওনগী মতুং-ইন্না অমস্থুং প্রজাগী অপাম্বা মতুং-ইন্না থবক তৌগনি। রাজনিতিদি মপান নাইদে। লৈবাক্তা য়ানিংদবা ক্লমিত্তুগী কান্নদবা ওইরে। রাজনিতিদি মমার লিশীং অমা পানবা ওম্মী হায়নরিবনি। লুরিবদি রাজনিতি, ধর্ম্মনিতি, অর্থনিতি, কায়বা য়াদে। হেক শোয়বদা রা অকায়বদা ঈশিং চংবগা মান্নে হায়নরিবনি।

**রাশি কংবা মীনা থবক তৌবা নিংথি-নুংওাইতে :—** থবক তৌবদা ইহি-হিগৎপা, নোকাক্রম-হায়গ্রেম্নবা অমস্থুং পুক্লিং চংদবা থবক ফংকন্দে। তৌথোরকপদা পকচদবা, মওং তাগন্দবা থবক।

**রাগা চৎতুনা লৈরে, হেণ্ডো কৈথেল কাবীরে :—** ইরাং তৌদুনা লৈবা থবক শূনিংদবা।

**বাশিদা কুঠি য়েংবা :—** মুংশা থিবা অমগা লোইননা মবি-মতা, শাগৈ-নাতৈ অযাম্বনা মীচুগী করগা লোইরব অমসুং দশা কোন্নগা লোইবে খল্লদুনা মাইবা-মাইবী পাম্বিনচিংবা অখঙ-অহৈশিংনা হায়বকুপমখৈ লাইদা কখোকপা, অন্ধবিশ্বাসপু থাজবা।

## ল

**লৌ-উবা মচিঙ্গাক, মচা পোকপা মরল্লাই :—** লৈউ-শিংউবা য়াম্না মরু ওই। অচা-অথক পুম্নমক লৌউবদগী থোকপা ঙাক্তনি। মানা মানা শূজ-নোমজবগী মতম মশ'না ফংজৈ। মচা পোকপা মশাগী অততাইনি। মচাবু শেম্বী-শাবীবা পুম্নমক মপা-মমা ওইবশিংগী দায়ত্বনি।

**লৈপুং ফম্বা য়াওদবা, অহল-লমন মনাক্তা ফমদবা :—** অকবা সঙ্গ তৌদবা মীদি থকসি-খাসি খঙবা রাংলি। চংনবী খঙদবদগী মীমাংদা চোপ্পা নংবা য়াওদবা নত্তে। মীরক তিন্দ্রবদি সমাজগী চংনবী খঙদে।

**লৈকাই হরাওবা লাংলেন থিজিং :—** করিগুম্বা থৌদোক অমদা য়ুম্লোন-কৈরোন্নবশিংনা হরাও-তয়াম্না মুংঙাইবা। থৌদোক অদুগী থৌবুদার অদুনদি থবক্তু পাংথোরবা হোংনবদা রাজবা। ( লৈকাই হরাওবা লাংলেন থিজিং )।

**লৈতোন ফবা পুক-চাক বাক্তে :—** চিন্দোন লৈতোন ফবা রা ঙাংবা অমসুং মীনা মুংশিবা মীদি চারা হেন্দে। উকিল

অসিনা ভাংথোরকপদি ফনা লৈতোন শেংই। চীরম অতৈদস্থু ফরমগনি। ( লৈতোন ফবা পুক-চাক রাক্তে )।

লম্বোইবা কাং-কোক, পু-কোক-কোক, শুনু-য়াইঙং তৈ :— মুপা-মুপী মতৈ-মনাও নত্তবনা পাংদোনরম্বা, মমৈদা ফাবা ভম্বগী মখুংতা থুবা ( ফাবা ) মরু-ফাওবা কোকথোক্লপা। কনানস্থ হায়রবা ভমদবা মীমাংদা খোঙ্গোইনবা মী খরনা নোক্লবা পল্লবা। ( লম্বোইবা কাং কোক, পু-কোক-কোক, শুনু-য়াইঙং তৈ।

লাইরবনা য়েন লোইবা বাবা ওল্লি :— লাইরবনা তৌবা থবক্তি খুদোংচাদনা অমম্বুং মপা থুংদবা কয়া ভইগল্লি। ( লাইরবনা য়েন লোইবা বাবা ওল্লি )।

লম্বোইবনা মচা অমত্তুং পোকচবদি শবিরাই থুংই : তাংনা ফংগনবা পোং শোয়গনবা। করিগুম্বা অরুবা থবক অমা তৌরদা, চংদবা য়াদবা পোং অহু য়াম্না লুনা ফংজরকপা অত্তুগা শোয়রম্বা। ( লম্বোইবনা মচা অমত্তুং পোকপদি শবিরাই থুংই )।

লাম্মৈ চাকপগুথে :— য়াম্না থুবা অমম্বুং হায়নবা, থেংনরুবা ইয়া য়াদবা বাকম। য়াম্না শাথীনা শাওবা। থেংউ-থেংউবা পুম্নমক ইকাইবা ফংবা।

লৈবাক পুংজাও থীনবা :— মীয়াম্না খণ্ডলবা থবক্তি।
( H.S.L.C. Exam. 1992, B.S.E.M. )

**লমহুই মথুন থেংনবা :—** তান চারুহুনা কান্নবা কংবা। ওইজ-ওইথক থেংনরুবা।

**লৈনাংনা পল থিংবা অমস্তুং অথাহৈবা নুংশিৎনা তেপ চপ্পনি :—** কান্নরোইদৌবদা মতৌ মান্ননবা তৌবশ্নবা। ওইরোইদৌবা থবক।

**লৌজ-নাম পূজ-নাম হৈবা, শেন্দাং মথীবু শিংকনি খুনবা :—** শিদশিন্নহুনা লৌশিনবদা পান্বা, য়াম্না লীকপা, মীভোন্দা পীথোকনিংদবা, ইকাই-ইকি কয়া খঙফাংবা।

**লাইবক্তা ফৌ থাবা য়াদে, লৌবুক্তা ফৌ থাউ :—** লাইবক্না তম্বা অমা লাক্কনি হায়হুনা লৈথোকপা য়াদে। মতম চানা হোংনৌ। মতম খঙনা লৌউবগী থবক তৌ। শূজ-নোমজমনগী কান্নবা কংগনি। অহুম্বা নোংশাগী মথয়াংতা শজি চংদে।

**লৈমা পোকপা কৈরুংবা, শামু কোন্দুম্বা :—** অরাং-অপা লৈতনা হয়াও-তয়াম্না নুংঙাইনা পানবা। তৌবা ঙম্বা শক্তি পায়বা।

**লাইরবগী বাদি চক্তাক ওইরগা চৎনৈ :—** লাইয়বনা অচুম্বা রা ঙাংলবস্থু অয়াম্বনা ভুংওইমনা থম্বনৈ। মমৈদা অহুনা অচুম্বা ওইরকই। শক্তি পায়দবা কাংবুদি মপাঙ্গল শোনগনি।

**লৈমিন্নরবদি হৌদোংদস্থু নুংশিনরকই :—** লৈমিন্নবা, নরুবনা নুংশিনৈ। তিন্ন-তোংনহুনা লৈমিন্নরকই নুংশিনরকই।

লৌরি অনেম্বদা ঈশিং পাথৈ। ফিভম চাদনা লৈরীবা মীহূদা অমুক্কস্থ অমাবা হাপচনবা ( লৌবি অনেম্বদা ঈশিং পাথৈ )।

**লৌরুংবনা লৌশক খণ্ডই, শারুংবনা শাশক খণ্ডই :—** মান' মানা তৌবা খবল্লা খণ্ডবা হেল্লি। খবক হায়বসি অরাইবা লৈতে। অকবা লৈতে। খণ্ডদবা মীদনা লুনা থোকই। অখণ্ড-অহৈদদি লাইনা থোকই। মশ-মশানা তৌবিবা খবক্কুদা মবম খণ্ডনৈ।

**লৈতববুদি, ভণ্ডাইফদবনা কল্লি :—** তণ্ডাইফদবা তৌদবা য়াদবনা মকওই অমসুং তৌদবা য়াদবা তেনফম্রবা খবক্কা মরুনি। লৈত্রগা মচং চাই। ( লৈতববুদি ভণ্ডাইফদবনা কল্লি )।

**লুহোংলমদাইদা কোই ফানবা :—** খবক তৌরমদাইদা তৌদবা য়াদহুনা হোবে-হোবো হোৎনবা।

**লৈ তৎপা মীদি উরেরোম মশানা ফুরগা ফৈ :—**খবক হায়বসি পুরিংগী থাজবগী মখা পোল্লি লাইরানি। উবু ওইববসু, ...বু ওইনবসু থাজবগী মতুংইন্না লাংলবদি লাইগী শক্তি ওইনা উই।

**ফুঙ্গা বারী :—** থাইনা মনাংঙৈদা নি থৌ অমা পাঙ্খী। মহাক্কা মতম শাংনা রা ভাংদনা লাই নিংখিবদগী মচা-মশুনা রা' হংবদা লৈয়েং-লৈফাই ওইন' হা ভালে মবোল লৌকম খণ্ডম্রে। মরোল থোক্কবে, ইনিংথৌ অসি হিংনা স্বর্গ কাগে নিংখি। মতম অহুদা মচান' উবৈবোম মশ'ন' কনবদগী মরোল থোক্কখি হাযনৈ। মৈতৈগী লাইশোন-তিনশোম্মা শিংথানরি। নিংথৌ

অহুবু পুরৈরোম্বা হায়না খঙনখি। ( উরৈরোম মশানা কল্লবদি লৈ তংপা কৈ )।

**লবাই মচা তাবা :**— কোক ভূম্বা ফত্তবা। ব্রেন (মাঠা) ময়ামগা মান্নদবা মী মচা ওইবা পুকচেল। তৌথোরকপা খবক্তু মচু তাদবা।

**লাইরিকশিং য়াম্না পাও, মীসু খঙউ :**— অকবা লাই-রিকশিং মখল-মথেল য়াম্না পাগদবনি। লাইরিক্কী লৌশিং-জ্ঞান য়াম্না পুরকই। ফত্তনা লৈরম্বা মী কয়াসু অফবা লাইরিকশিং পারুবদগী অকবা ওইখি। মহাত্মা গান্ধী, বাল্মীকি মুণি ( রাত্নকর ) পণ্ডিত অমসুং কবিশিংগী মিংসু খঙজিনবা কৈ। মথোয়শিংগী অকবা পাউতাক লৌগদবনি। লাইরিক-লাইশুশিংদনা অওনবা পুরকপা ঙমগনি।

**লু-কোকপা মশেল হিক কাইনবা :**— দশ' তাহুনা লৈরবা মশেল বারী-বাতাই শাহুনা মতম লেনবা।

**লিল কিরিঙৈদা থৌরি থেংনবা :**— থবক অহুগী মরিদা কিনা চংলিঙৈদা অহুগা মান্নবা অমা অমুক থেংনবা।

**লিল্লবোপনা কোম শেনবত্ত মঙাইরে :**— অনিংবা অমা অমসুং চানিং-থকন্নিংবা পোৎ লৈরহুনা চংথোক্তনা লেংহুনা শংহুনা লৈবা।

**লাইরিক হৈরগা লাইশুদি খঙদবা :**— লাইরিক্তি হৈবা, জ্ঞান খরা রাংপা। সমাজগী চংনবী লোনচৎ খঙদবা। সঙ্গ-পঙ্গ

খয়া রাৎপা মী। থবক্তুদি হৈবা তৌথোরকপা ঙাংথোরকপদা মওং ইত্তা তাদবা মী।

**লাইবক্কু তমজ্রবদা নোম্বা ঙাক্কু চৎনদে :— মীওইবগী** লাইবক্কা তম্বা য়াম্না লুই। লাইবক্কা তমজ্রবদি কান্নবা ফংদে। নোমজমনগীদি খরদং ফবা। কান্নবা মপুংদি ফাদবা।

**লুহোংবনা নুংঙাইনা চোপ্পা নৎগল্লি, শোরাৎনা কপ্পা** কপ্পা পেন্নজে :— অঙ্গল·কার অমসুং অরাবগী থোদাং।

**লৈবাক মপু খঙদবা নংনা লৈবাক করম্না শেমগনি :—** মরকোক থোংবা খঙদবা য়াদে। হৌকম লোইকম খঙলগা অকবা ওই। সমাজগী চৎনবী থে খঙবা চুম্মী।

**লৈশোবুংনা মত্তোন কংবা হৌনদে :— ইনাকখুনবা** অরিবনা কনা লাইরছুনা লাইরবা চুদংনবা অমগা মান্নদে। শামুনা মযাং কংলগা ঈরোইমুক চাউই হায়বা অহুনি। (লৈশোবুংনা মত্তোন কংবা হৌনদে।

**লনগীদমক্তা থবাই থানৈ, নুপীগীদমক্তা চৈ চায়, চাবগীদমক ইকাইনৈ অমসুং চোপ্পা নৎগল্লি :— লন তান্নবগী-**দমক্তা হোংনবদা থরাই থাবা কাওবা য়াওদবা নত্তে। নুপী কোম্নবদগী চে চাবা য়াওনৈ। চাবদা মতাং খঙদ্রবদি ইকাইবা নংবা য়াওদবা নত্তে।

**লম্মোইবদা শমজেৎ পীবা :— কান্নরোইদোবদা থবক** তৌবা। থবক্তু তৌই হায়বদা মথোকপা।

**লাইনা মী শেমই, মীনা সহর শেম্মী :—** মীনা শেমগা লাই ওই, লাইনা শেমগা মী ওই। পুম্নমক (প্রকৃতিগী মথং পোনবনি। মীওইবনা খুংশেমগী শেমগৎ-খাগৎলি।

**লম্বী অশম্বা চৎপা গুরু শিবা মংদে :—** শমজিনব, ভেনশিনবা অমসুং মতম চংদনবা হোৎনবদা অকায়বা কয়া অমা খুদোং চাদবা থোকপা। থবক থুনা তৌবদা খুদোং চারোইদে বা ওইরবদি মতম থরা চংনা শপনা তৌবনা কৈ।

**লমন-মখাক, লাইথুং-মখাক, মৈগী-মখাক লৈহৌরবদি মবৈদা তুম্না মাংই :—** থবক খুদিংমক নাথৈ শেংনা তৌবা কৈ। মথোঙ শেংহৌত্রগা মাংতুনা তোকই। মবৈদা অচৌবা অকায়বা কত্তবা অমা ওইরকই।

**লবাই ইম্ফালদি মীনা থায়রবনি :—** মকম, মতম খঙদনা রা ঙাংবা। ব্যবহার থরা রাংপা, থকসি-খাসি খঙদবা মী।

**লান্না থবক তৌরবদি ভাল থোকই :—** অচুম্বা থবক তৌবা কৈ। লান্না তৌববদি তুংদা অকায়বা ওই।

**লাংবল থাগী নোংগুম খোংদি থোং, তাবদি নাইদা নোংগী মতৌ মাল্লিদা :—** উবাও হবাওবা ধমকা তৌদুনা মচিস থিবা।

**লাউবা কল্লগা খুল্লাকপা শকপা :—** অর্থ ইয়াও য়াওদনা রা লাউনা ঙাংবা। মরমদি ইথঙ খঙদবা, মীনা ঙাংনরিব হোৎনবীবা অত্থ কবিনো হায়বগী মঙ খঙদবা। হৌনা লাউনা রাজাও ঙাবা মী।

**লৈহাও লৈতবা মক্ষমদা মহৈ-মরোং চুম্বা খক হৌনদে :—** অপঙবা অমসুং জ্ঞান লৈতবা মীবু তাকপি-তম্বীজনা শিংনবা হেৎনবদা হায়বা থোকই। হৌংনজমন খরদি অচুম মফংই। মপুং ফানা ফংদবা।

**লৈগী মনম নুংশিৎনা পুই, মী মনম লমচৎনা পুই :** মীওইবগী মনুংদা মিরা ঙাংনবা পাম্বা মীসু য়াওদবা নত্তে। মতুনা মতম লেন্দুনা হয়াও মুংঙাইথোক্না লৈবা য়াওদবা নত্তে। অকবা পাউদি তপ্না শন্দোকই। ফত্তবা পাউদি থুনা শন্দোকই। রাহৈ-রাতা হৈবনা অচুম্বনি লৌনরি। লৈগী মনম নুংশিৎনা পুই, মীগী মনম লমচৎনা পুই।

**লাইরবা লাকই থোং থিংউ, ইনাকথুনবা লাকই থোং হাংউ :—** লাইরবদি অরাংপগী-অরাংপা ঙাক্তা। লৈতে পীয়ু হায়রে। ইনাক খুনবনা রাস্ত-পাদবগী রারী শানৈ। অমসুং হয়াওনৈ।

**লৈকাই-খুনগী শাশি-ঙাশি য়াওদবা অকেম-ফাৎতা পাম্বা :—** কাম্লরমদাইদা শেনখাই-থুমখায়, লৌনিংবা লৈকাই-খুনগী থৌ-দৌ লাং-দৌ, বাথোক লাম্থোক্তা য়াওনিংদবা। মখুং লাম্থোক্লিংদবা, মীখুত্তা মপাম্বা। লৌজনাম-পুজনাম পাম্বা।

**লম্বী লমফাং লৈরবদি নিং-মাং, য়েৎ-ওই য়েংনা চৎলু :—** লম্বী চংপা নিয়ম খঙনা চৎলু মিৎশিং-নাশিংনা চত্রবদি হোরক্কনি।

**লৈকাই-থুন শা মচা :—** লৈকাই কোয়থুনা রাবেম ভাংগনবী মথৌ শূনিংদবী রা ভাংবদা নাত্রা-শেন্দ্রানবী। থকসি-খাসি কয়া খঙদ্রী।

**লৈকাই শারা-শল, ইখোল পোরোং-থোক :—** ইমুংদা লৈরীবা মওংদু মীবু তাহন্নিংদবা অতুবু লমচং-শাজং অক-ফত্ত রারম পুন্নমক লৈকাইদুগী মীনা খঙবা। লৈকাই কোয়গনবা। ইমুংগী অকুপ-অতা শূনিংদবা মী।

**রা থোক্লগা শেল থোক্লই :—** ইরৈ লৈত্রবসু তৌদবা য়াদবনা কনবা। তঙাইফদত্তুনা মীঙোন্দগী শেল পুত্থুনা স্নোংনবা।

**রা অকাইবদা ঈশিং চঙবা :—**হান্না কত্তুনা লৈরবা মফমদা মথং-মথং অসুম শোইথরকপা। রাকমদু য়ানদত্তুনা লৈবিঙৈদা অমনা রাকাই শুজিল্লকপা। কনবা হোংনবীদত্তুনা হিগাই-রা তৌরবা।

**বাহোং জগোই কাংঙা শাথেক :—** মশানা পামজবা অমসুং মথরাইসু য়াওবদগী থবক্তু অকবা অমা ওই। তৌথোরকইবা থবক্তু চান্ননা পকচবা। মীনা স্নোংবদা থোংবা-নৌনা কজবা।

**বানা হোংনবগী ফলদি অক্কবতা ওই :—** কন্না হোংনজমনগী মহয়দি মথৈদা অকবা ওই।

**ৱারী শাড়না চৎলগা লম্বী তেল্লি, অঙাংনা ৱাং থারগা থুনা য়ৌই :—** থোঙ, খুৎনচিংবা মীওইবগী ইন্দ্রিশিং অসি ঋাখলগী মখা পোন্না লৈবনি। ৱাখলগী মুংঙাইবা অমসুং অবাধা পুন্নমক্কী মমি ইন্দ্রিশিং অসিদা তাগনি। ইন্দ্রিশিংগী মনিং-তম্বা লৈ:ত। ৱাখলগী মখা পোনবনি।

**ৱামাং হান্না য়ানবনা শোয়ড়বনি :—** তুংদা থোক্লবা য়াবা থবক অদু হান্না খলহৌবা অফবা ফল ফংগনি। ইখন-খলহৌদবা থবক অম তাপ পায়খৎপা মমৈদা অমাংবা ফল ফংগল্লি। তুংদা থোক্লগদবা থবক্তু মাংঙোইননা হায়বা। অহল মখিনা চক্ফু মেনবা হায়নৈ।

**ৱাইনগনবা যণনা চীথোঙ কোকই :—** খৎন-চৈনা পাম্বা মীনা মতম অয়াম্বদা অশোক-অপন থোকল্লি। তান চান্দ্রবদি দশা তাগল্লি। ( ৱাইনগনবা যণনা চীথোঙ কোকই )।

**ৱাখলনা স্বর্গ য়ৌ, লাইবক্তদি নেম থম্মোইনদি ৱাং হায়বড়নি :—** পুক্লিংনদি নিংজবা থবক ওইনা পাঙথোকপদি ঙমদবা অমসুং নিংবা মাপা ইথুং থুংদবা।

## শ

**শবীনা মমা নোক্লবা :—** মশাগী অশোইবা মশানা খঙদবা মীগী অশোয়বদা মহায়বা মী। ( শবীনা মমা নোক্লবা )।

**শামু ময়ানা পনথিংডু, শাইবনা পোরোন লোল্লু :—** ইঙ্খোল-শংবল চেকশিন্না থিংউ নত্রগা পল্লি ফজনা তাখৎলু।

উহৈ-রাহৈ, মনা-মশিং নিংখিনা থাজিল্লু মতুনা কান্নবা ওইগনি। চেকশিনবনা খ্বাইদগী ফবা লাইরানি।

**শিরাই-ময়াই খণ্ডবা :**— ইনা-নাদবা খুদোংথিবা থোক্লুনা শিবা অবমৃতু ওইনা শিখিবা।

**শাগৈদি কৈদি :**— য়াম্না নক্নবা মরী-মতা (স্ব-পরিবার) তিন্ননা মুংশিননা লৈমিন্নরম্বা। খংনরকপা অমসুং নুংশিনরক্নবা কান্দদি য়াম্না শাথিনা য়েক্নবা ওইগনি। খ্বাইনা মখোয়তুবু তিন্ননিংদে।

**শিদামমিশি চুহিদা লুপ্পা :**— পেনবা নাইদবা, ময়াম চপ মান্নবা লৈরিবা অতুদা খরা হেঞ্জন্নিংবা। খ্বাইদগী কা-হেন্না শেংনিংবা অমসুং চানিংবা। অথোই-অহেন পামতুনা লৈবা, কারাম্বা।

**শিরুবদগী হিংলকপমুক নুংঙাই :**— মীওইবা অমগী হিংলিঙৈগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবা মতম। মীওইবগী পুন্সিদা খ্বাইদগী অরাবা থোদোক অমা থেংনবা। অরাবা অদু হোৎনজমনগী মতয়না কোকখিবা। ( শিরুবদগী হিংলকপমুক নুংঙাই )।

**শগোলনা লো চারগা ঈরোইদা ফুবা :**— মথক থোংবদা হায়রক্নবা ঙমজদবদগী মথা থাবা অশোনবদা তাইনফম চাদনবা তাইনবা। থিঙেন্দা তাইনবা ঙমদতুনা নাশিখোংদা তাইনবা।

**শা উরগা তা নিংশিংবা :**— থবকী মতমদা খুৎলাই নীংশিংলকপা। মীওইবনা মকম মতমগী অমসুং থবকী মতুংইন্না খুৎশু-খুৎলাই দরকার লৈ।

**শিদ্রবদি অহোং-অতাং নংই :—** পুন্সি মুংশাংনা লৈরবদি অরা-মুংঙাই পুম্নমক থেংনৈ।

**শরুা চাবা য়াদে, মহৈ লৌশিংনা চাবনি :—** শক ফজবা লাইনা খ'বনি, শক কজৈ হায়দুনা শৃনিং-নোমনিংত্রবদি কান্নদে, মীয়েম ওই। মহৈ হৈবা লমচং কজবা চংনলোন থকসি-খাসি খঙনা চংপা মীদি খাইনা শিংথানৈ। (শরুা চাবা য়াদে মহৈনা চাবনি)।

**শগোলগী তাদিংদা লমহূইনা চারা শিংলি :—** কনা শিংবা ওইরবসু ইরাংদা তাওদুনা লৈরবদি কান্নবা ফংদে।

**শেনপাও চোন্নবদি মরুপ বাত্তে :—** পৈশা লৈরবদি শিন্নবা ইথোক থোকই। শেল লৈরবা অমসুং ইনাক খুনবা মীগী মরুপ রাত্তে।

**শিগ্নদবা মফমদি খোঙনা খণ্ডই :—** মীওইবদি ওসি শিনি পাউজেন্দে, হয়েং শিনি পাউতাক্তে। মফম মতম অদুদা শিগনি হায়বা খঙদে। লৈত-লাইর অমসুং চিঞ্জাক থিবা খোঙনা চংনা খিনরিবনি। মীওইবা অমসুং জীবশিংদি মখোয়না লৈরি-লৈরিবা মকম অদুনা মরোইরে হায়বা য়াদে। শিরবা মতমদদা অরোইবা ওইরে।

**শিদ-হিদাক মোনথাঙনবা :—** শেন্নী-শাবিবা অমসুং য়োকপী-থাকপীরিবা মীওইশিংগা পুন্না লৈমিন্নবা। য়ুম পানবা, লৈত-লাইরগী অবাবা খঙদবা।

**শক খিবদি লাইনা শেম্বনি, লমচৎতি ইশানা শেম্বনি :—** অখিবা কজবা খুদিংমক লাইনা শেম্বনি, প্রকৃতিদগী থোকপনি। মীওইবগী লমচং কজবনা খাইদগী মরু ওই, মফম খুদিংদা চন্নবা য়াই। শক্না চংনদে, মহৈ-মশিং মগুণনা চংনৈ। (শক খিবদি লাইনা শেম্বনি, লমচংদি ইশানা শেম্বনি)।

**শেলদি খুয়া লুখুম থাকনা শিজিন্নৌ :—** শেলদি চাদিং তৌবদি লায়, শেন তানবদি ৱানৈ। শেলগী মজেংনা মীওইবদা ৱাহল্লি, মুংঙাইহনবা ওন্মী।

**শা থোক্লে লৈকাই শারা শল্লে :—** মচা-মগু তোনান্বা ওইবা। পংকোয়-কোয়, পংচং-চংতুনা লৈবা। চাদবদি য়াদবা। অফবা থবক তৌথোরক্তবা। লৈকাই অমসুং য়ুম্নোন-কৈয়োন্নবনা মাপ্পী অক-ফগুগী মবমদা ঙাংন-শক্নরকপা মী অমা।

**শাপৈ পিবা চাউবনি শাপৈদুগী শাপৈদি পিবানা খণ্ডই :—** ময়াম্না য়ানহুনা থাগংলকইবা অহুনা খাই পুন্নমক্কী মকোক ওই। শাপৈ পিবা লৈতবা য়াদে। চংনবী, ধর্মনিতি, ৱাজনিতি অমসুং অর্থনিতি, মীওইবা সমাজদা লৈতবা য়াদে। পারার শক্তি পান্নবা অহুনা অকনবা অচুম্বা ওই।

**ফুঙ্গা ৱারী মতেক :—** উচেক পুন্নমক্কী পিবা মোংবনা ওইরম্মী। নোংমগী কোয়ৌ মুমিংত্তা উচেক পুন্নমক তিন্নবা য়াদে হায়হুনা মোংবা পিবানা য়াথং পীথোক্লমই। মতম অহুদা মালেমদা

লৈবা উচেক পুম্নমক তিনখ্রে। নিংথৌ গরুরদি য়াওজে। থিরুচো হায়রুদা খিরকপদা সমুক্রদা মশা নাম্মনা পন, খিংই, মশা-নাম্মনা ঈশিং শিংতুনা লৈরম্লে। মতম অদুমক্তদা হায়। মোংবা পিবানা কৌরি লাকউ হায়রুবদা গরুরনা ঐ শংদে থবক চিল্লি লাকপা ওম্লোই হায়রকই। রাকম অদু মোংবা পিবাদা তমলুরে। পিবানা শাউদুনা শাগৈদগী ইম্পোকখি, মরম অদুনা গরুর মশা মতোমতা লনখি। উচেক মযাম মরক্তা তিনবা য়াখিদে। মমৈদা শাগৈ মবক্তা তিন্নবা হোৎনবদা গরুবনা মোংবা পিবাদা হায়জখি। উচেকশিংগী মন্দা গরুবদি ভক্তনি। ঈশ্বরগী শক্তি লৈ। জগৎকী মপু ( শ্রীকৃষ্ণ ) না ব্রাবী কয়া লিহুনা ভাহল্লি। অদুগুম্বা ব্রাবাশিংদু জীবশিংগী কান্নবা ওক্তা ওইরবে। শিদবা মপু ( শ্রীহরিনা গরুবদা লিবা ব্রাব্রীবু গরুব-পুরাণ কৌনৈ। অদুবু মতম অমসুং মফমগী মতুংইন্না মাগী মাগী মথৌদা চাওনবা তাঞ্জা লাকই।

**শিরগা লাই প্রসাদি পীজবা :—** মতম চানা মথৌ পাংথোক্তবা তুংদা শোয়দনা হোৎনরকে হায়জিনবা। মতৌ মালহনবা থাজহনবা। লৌউবগী নোংচৈ, পেনা শকপগী নুংদাংব্রাইরম হায়বদুমি। রাহৈ-রাতানা মুংঙাইহনবা।

**শগোল যায়রৈ শায়ু মিংলৈনি :—** থবক্তু তৌনিংদবা মিং-মায় য়েংদুনা কজখিরোই খন্দুনা থবক্তু তৌবা। য়াম্না হৈ-শিংনা নীং-মাং য়েংনা থবক তৌবা।

**শংগাই অথোবনা মখোক ইংপা ঙমদে :—** মশাগী মথৌ থোক্লগা মীওইবদি পংশিল্লি। থৌবুনা মথৌদা পণ্ডি।

**শৰুগী অহলনা লাইনি :—** অহলশিংবু ব্যবহাব তৌনা চংপা। ইথকথোংবশিংবু থকসি-খাসি নাইদনা চংপ'। অহল-লমন্না হায়বসি অচুবনি হায়না লৌবা। মুমিং-থা উবা হানবা। (শৰুগী অহলনা লাইনি)।

**শমনাদা লিংভুনা হিংহৌবনি নম্রবনি শোয়গদবনি :—** শিবা য়াবা ঘিভমদগী হিংহৌবা। লাইবক ফবদগী থুংশি-খুংনাম্থোক্তা হিংহৌবা।

**শগোলনা কাওরগা কাও, শফন্না কাওরগা কাও :—** মা-মাগী লৈকমগী মতুংইন্না ফিজেং চাকচা, শাজং-লিচং-লোনচং হোংনৈ মীশিংদি। অসি মীওইবগী চংনবীনি। (শগোলনা কাওবগা কাও, শকন্না কাওরগা কাও)।

**শক্লা মপান শারি, কুচুনা মগুণ হাপ্পী :—** শক-চু ফজবা লাইনা খাবনি। নহা-ওইরিঙৈদা য়োংদস্থু ফজে। মতমনা লোইরবদা ফজবা পুন্নমক মাংখিনি। লেংদবদি অফবা কর্ম্ম তৌরম্বনা অমর ওইহৌই। ফজবদি ফজে, মিত্তগী থোকপনি।

**শকুনিগী লম্মন মথুম :—** অহানবদনা অমগীদমক্তা ফনবা তৌরিবনি হায়ত্তুনা তৌবা। তৌরিবা থবক অত্তুনা মাং-তাক্লবগী মশক ওইরকপা। চিলবান্নদনা লাংবল থোইহি তৈবা পুকন্নুংদনা 'হূ' ফুমবা। (মহাভারতকী মচি-লমনাও চামা-মঙাগী শগৈ অমস্থুং

স্ব-পরিবার ( মরি-মতা ) অয়াম্বা শকুনিগী থুজিন-খৌরাংদগী মাংখি। ( শকুনিগী লম্মন মথুম ) ।

**শেলদি পুবা ফংই, মীদি পুবা ফংদে :—** শেল লৈরবস্তু মীচং মীখোক ফত্রবদি মাগী মী বাংলি।

**শেল য়াম্না পাম্বদি ফত্তবগী হোরকফম মরুনি :—** মরম চাদনা শেল য়াম্না পাম্না তান্নবদগী মথয়াই মাংবা য়াওদবা নত্তে।

**শক্না কৈথেল কারিবী, ঈরাংগী ভুকান কম্বী :—** শক ফজবা হায়বসি ময়ামগীনি, লমচং হায়বসি ইশাগীনি।

# ষ

**ষণজাউনা ডমওন থুংদে :—** থবক তৌখোরকপদা মওং তাদবা, ইক-কজদবা। চাউদম-শাংদম্বা মীজাওনা থবক তৌবদা মচু তাদবা। থবক তৌবদা চেকশিন্দবা, লেক-লেক তৌবা, মপুক্লিং চ'দবা। ( ষণজাউনা ডমওন থুংদে )।

**ষণ শেনবা কাওবা কদায়নো হায়রগা মী-শেল্লি :—** মরাল লৈবা মীশিং হাজোক্না, অরা-ফম্বদা অমস্তুং জেলদা থম্বা। মীশিংমু বিচারপতি লোয়শঙদা পুলিসনা পুখোক-পুশিন্ন তৌহনা শেন্নবা। ( ষণ শেনবা কাওবা কদায়নো হায়রগা মী-শেল্লি )।

**ষণ লামচা মথুন্দা মথী তৈবা :—** হায়রুবদা কান্নদবা, পীক্না মরুম কাবা, ইকায়-ইকি কয়া নাইদবা, অওম-অয়াম্ব থওদবা। ইনথংলকপা নহা অক-ফত্ত থওদবা জ্ঞান বাংপা।

**যণনাও মচা ফীগাওদা য়োম্বা :—** হূয়ানবা হৈবা। মীগী মপোৎ হূয়ানবদা হৈ-শিংনা হূয়ানবা অমসুং তৌবা ওম্বা হূয়ানবা।

**যণ লৈরুই চিথুৎবী, অকুনবী, নুপী থিরুই য়াঙ্গংবী, চাবোক্তুবী :—** থবক তৌরুবা খুদিংদা মীমান্নদবা অমসুং নিংবা ইথুং থুংদবা। থবক তৌরুবা খুদিংদা দাও ইয়া য়াত্রিবা।

**যন্থি-মায় নোংজুবা :—** মমায় চাম্বা ফজদবা। ঝরপ মানবা।

# স

**সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবা :—** ফজহুনা লৈববহুদা হেন্না ফজনবা হোৎনবা। ( সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবা )।

**সেম্ম-সেম্মা য়োং মাল্লি :—** হঞ্জিন-হঞ্জিন সেম্বদগী মমৈদা মথোং চাদবা অমসুং মওং তাদবা। ইৎল-ইৎলা চন্দোনজৈ তাবা।

**সমুদ্র মনুংদা লৈবা মণি-মুক্তা কনানসু থঙবীদে, মণিপুরসু অদু মঙাই থিরুবদনা থঙই :—** মণিপুর পৃথিবীগী মনুংদা লৈবা লম অমনি। অরাং-অপা লৈতবা লমনি। ঈংনা-চিক্না, লেম্না ঙানজবী মণিপুর সনা লৈবাক্নি। লোলগী পুকৈ অচোবী, সাহিত্যগী লৈয়োন-লৈচন নাইবী মণিপুরনি। থিরুত্রবদি ফংবা ঙমদে। থিরুবদনা অথঙবা ওই।

**সেনগাও শেলনা কাইহৌই :—** পোৎ, হাম-চাং লৈরুবা, শেল পুথোকউবদগী মুন্না হংহৌদহুনা মমৈদা অকায়বা লাকপা।

অমুক হয়। ফংনবা হোংনবদা কেশ থোকপা নত্রগা অপায-মুংশি থুংননবা হোংনবদা শেল চংপা। (সেনগাও শেলনা কাইহৌই)।

**সোইবোন ঐগী কুম অমদগী কুম অমদা য়েক্লিং হুনগত্রা হায়রগা লাম্মৈনা কো-গোক কোক্লা চাকথোক্লে, ইনম্মা উরেম্বীদি লিক্লা-কোনগা খ্যাও-খ্যাও :—** কুমশি চহি কান্নকম শঙদরে, নোঙমৈ খবা ফগত্রা খনবা। অক্ষা-অক্ষা ওইহুনা লৈবা। অ:তাপ্পা লৈমিন্নবিবশিংনা অহুম ফগৎসকপা।

**সেবক্লা গুরুদা লানবদি কোকপীবা য়াই, গুরুনা সেবক্লা লানবদি কোকপা লুই :—** মখা খাবনা শোয়বদি মথক থোংবনা ঙাকপিবা ঙম্মী। মথক থোংবনা শোয়বদি মঙং-মত্তা কয়া তাগন্দে। অহল ফত্তবা লৈমিন্নবা য়াদবা নত্তে।

**সরকার ইবুংঙো নমিৎনে-ননানে হায়দুনি :—** শক্তি লৈবা, পাক্সল লৈবা তৌবা ঙবা। মতম মতমগী চৎনবী নিয়ম অমসুং আইনবু শেমদোক-শাদোক্লুনা মীয়ামগী চৎনবী ওইহনবা ঙম্বা। (সরকার ইবুংঙো নমিৎনে-ননামে হায়দুনি)।

**বারী মতেক :—** মণিপুরদা ইহান-হাম্মা ইলেক্ট্রিক থাংমৈ পুরক্লুনা থানবসি ম্নাহল লোকচাওদগী হৌরকখি হায়নৈ। মতম অহুদগী হৌদুনা রাহৈশিং অসি হায়নখি হয়।

**স্বর কৈ হায়দুনা লাক্লগা পোথাং পুনরে :—** অকবা থবক্কীদমক লাক্লগা অরাবা নংবা। থবক অহু নত্তবা ইতোপ-তোপ্পা অমা তৌদবা য়াদনা তৌবা।

সে-সে সেবোৎস্তি লাইশোম মচা তুখোক্তি নংগা ঐগা কাওমশি কমানা ওমগে রেংনশি :— অকন-অকনবনা ওবা অমসুং অশোন অশোনবনা তুবা। ( কমলগা খোঙ অনি কাওনবা, অঙাংশিংগী মশামনি )।

সনা কৈথেলনি ফংদবা লৈতবনি, তরা মচা তিল্লিবনি : মীওইবনা অপাম্বা অমসুং শিজিন্ননিংবা পোৎ-চৈ অযাম্বা কৈথেলশিংদগী লৈবা ফংগল্লি। কৈথেলদা পুখোক্নুনা পোৎতু য়োল্লবদি অশেং-অমাং পুন্নমক কোক্লে হায়নৈ।

সাইরোং মরুদা পাখোন থাবা :— থবক থাগ্রগা অমুক হন্না পাও পীয়দবা। থবক তৌয়কলয়োইদোবা অয়েম্বা তামবা।

সমাজগী শেমগৎ-শাগৎপা ১সুং অমোৎপা শেংদোকপা হায়বসি নহারোলগী খুত্তা লৈ :— মীওইবগী সমাজ অসি নহারোল কয়বদতা অকবা ওই। মীদি অসুম অসুম চৎখিনি, অসুম অসুম লাকনি।

সমাজদা নত্তবা অকাইবা লাকপা হায়বসি গুপ্তগী ঐখোয় অহেনবা পাম্বদগীনি :— মীওইবনা খোইদোক-হেন্দোক্না অাহনবা পাম্মী। মরম চাদবা মওংদা তৌরবদি সমাজদা অকায়বা লাকই।

# হ

হৌদোং লম্যোইবনা সাধু শাবা :— তৌশিন্নবনি, মপুক ফত্তবা মী, মতাকপু থাজবা য়াদবা।

হৌদোং ভক্তি য়োং সেবা :— তাং তৌবা মী। থবক তৌবদা থৌওই-রাওই তৌদবা। মও ইচা-চাদনা তৌবা থবক। মঠা লৈত্তবদা থবক তৌহনবা। থবক রায়োং চাদনা তৌবা (হৌদোং ভক্তি য়োং সেবা)।

হৌজিক কলিদা খুদৈ কংদ্রবনি :— খুদক খুদক্তা থুনা উবা ফংবা। নোক্লকগনু ফত্তবদি থুনা চুক্লংগনি। মীওইবদি খুবাক খুনমদনি। (হৌজিক কলিদা খুদৈ কংদ্রবনি)।

হিদাকফু ফীদা তিন্ননিংদবা :— মকপ-মপাং সঙ্গ-পঙ্গ ওইনিংদবা। শাগৈ-জাৎ খবা তোনবা। চামিন-থকমিন্নবদা খবা লুংঙাইতবা অমসুং হন্থবা শাগৈ-জাৎ।

হিংলাক-হিংজিন তৌবা :— খুদক খুদক্তা য়ানবা তোংনবা থবক মচু তাদবা মওং ওইবা। নমফুদা য়ানবা শেমজিনবা। নমজা-নমথেক্লদুনা থবক লোইশিন্নবা হোংনবা।

হরাও-রে হরাও রে. লাইনিংথৌ লাইরেম্বী হরাও-রে : জগৎ সংসারদা লৈরিবা লুপা-লুপী লাবা-অমোম, মাগী মাগী মপা চাবা লৈমিন্নবগা হরাওনৈ, নুংশিনৈ, লুংঙাইনা লৈনৈ অমসুং পেন্নৈ।

শিনি হায়বা কাউনৈ। মায়াদা তাওদুনা আশাগী ঈরাংদা হন্নাওনা লৈ। লাইশোন ওইনা থম্নদবা নত্তে। (হন্নাও-রে, হন্নাও-বে, লাইনিংথৌ লাইরেম্বী হন্নাও-রে)।

**ভুমাং মমল মাংদবনি।** **শেল পুগে হায়রবদি ইনাকখুনবা অনৌবদগী পু, ইনাকখুনবা অরিবদগী পুরুপনু :** অশেংবা ইশানা শৃঙ্গবগা তানজবা লল-থুম লেম্না মাংদে। ইনাকখুনবা অনৌবনা মপুকচেল চাওখোকপা উংনিংই। অহিবনা মশাগী ওইজবা তানগাম্ন অমসুং লিকল্লি।

**হঙোই মীশি করাংফাক তারেঃ—**ফিভম চাদনা তুবা, শোয়বা মওং মতৌ ইচা চাদবা থবক। য়েংবদা ফজদবা ফিভম অমা।

**হারনোগী মতুংদা খোইরুমনা চারা শিৎলিঃ –** অপামনুংশি কল্লক-মিহৌবগী মিকানদুনা লৈরিবৈদা থবক শূহৌদদুনা চান্না শিংপা। ঈৱাংদা তাওবিভেদা মতম চানা থবক তোহৌদবা।

**হৈগুম লৈগুম মচা তাবা :—** অমগা অমগা মুংশিনদবা অমসুং তিম্নবা য়ানদবা। তোখায়-তোখায় তাবা। তোরোখোদান্নমা লৈমিন্নদবা। ঈশিংগা থাওগা তিম্নবা য়াদবগুম্না।

**হাদা উরিৎ নাপংবী নমানা কৌই তাদবী, নপানা কৌই তাদবী য়াহো-হো-য়াহো-হো :—** মমানা মপানা অমসুং অহল লমম্না হায়বা ইন্দবা মচা-মশু রাগম্লি। থকসিথাসি খণ্ডদবদগী মমৈদা দশা তাগম্লি।

**হায়বা ঙাংবা অসি অঙাংগুম্না তৌই :—** চৎনবা য়াদবা রা ঙাংবা। রাত্থ অশেংবনি, অচুম্বনি হায়না লৌবা য়াদবা। অঙাং মানবা রাঙাং।

**হূরান লালনাদা থবক তৌবা :—** মীনা খঙজ্রি-উজ্রিদৈদা থবক পাংথোকপা। মপুকচেল ফত্তবা মঙীল লৈতবা মী।

**লুই থোংডুনা পানবা :—** লৈত-লাইরা, অরা-অনাগী বাখল খল্লুদনা অমদি নিঙাই-মলাইদনা লৈথোকপা।

**হাও অনেম্বনা তা অশাংবা পান্নবা :—** অপীকপা অনেম্বা মীনা মস্তিষ্ক-মপা চাদনা খুংলাই অচৌবা পাযবা। পোৎতু পাযবদা পকচদবা। ( হাও অনেম্বনা তা অশাংবা পায়বা )।

**হোদোং মচা উরাদা য়েপ্পা :—** ফত্তবা থবক্তা য়াম্না হৈ-শিংবা মী। হূরানবদা মিৎলম-নারম শিংবা, হূরান-লোঞ্জাদা তৌবা ঙম্বা। মখুং-মশা শাংবা অমন্থুং মপুকচেল শেংদবা।

**হূরানবদি কুম-লায়নাগী থোদেম্বদা পাখৎলি :—** অরানবা মীদি মপাঙ্গল মথৌনা বাৎলি। মরৌশিং ফুক্তোক্তুনা থবক তৌবা ঙমদে। অরানবদি অচুম্বগী মাঙদা লেপ্পা রাই।

**হিংচাবীনা শরি শোনবা :—** মহাক্না তৌরিবা থবক্কু থাজনিংঙাই লৈতবা। তাং-পাং তৌবা। ওইদবা রাঙাং শিজিন্নদুনা মাবু থাজহন্নবা হোৎনবা। ( হিংচাবীনা শরি শোনবা )।

**হৈরাং লোঞ্জিন্নবা লৈরাং লোঞ্জানবা :—** মীবু খণ্ডচন্দনা লোম্না লৈপুন ওইবা। ধর্ম্ম আইন অমসুং চৎনবীগী ৱাংমদা মুপা-মুপী তিন্নবা।

**হুরানববু হুরানবনা ফারগা কনানা বিচার তৌগনি:—** থোকইবা থৌদোক মাম্নবা, মখোয মশেন ওইবা। পুকচল শেংদব অকাইবা থবক তৌকরবা মী অনি থেংনরবদি মখোয মশা মশানা শেংদোকক্রবদি শেংদোকপীনবা মী থীবা ৱাগনি (হুরানববু হুবানবনা ফারগা কনানা বিচাব তৌগনি)।

**হলগুম্না লেঙ-লেঙ চৎতনা লৈবা :—** তুমিন্না ঙহাক্তা লৈতবা কোয়নোম নোম্বা। ৱাখল যাওদনা ৱাগা অমদা হাই-জুমজুনা লৈবা।

**হাংমৈ কোকথোং ওল্লে :—** ফিভম মওং চাদনা লৈবি-ঙৈদা খুদোং চাদবা লাকপা অতুমু তৌদবা যাদবা ওইবা। অৱাবদা অৱাবা হাপচিনবা)।

**হাও-শম, শেগায়বদা কুম্না নম্বা :—** ময়াম্না চানবিবা চাংদগী খবা য়াম্না তেম্না চাবা। ওক্রে অমসুং থল্লে ইহায হাযদবা। মখিবো লাওবা। ( হাও-শম শেগাযবদা কুম্না নম্বা )।

**হেলা গেলা তৌই :—** বাগাদা তাউজুনা থবক তৌবা, মমৈদা খুদাংথিবা থোক্কনবা। ঈবাং তৌবা। অথোই নাপল কাবা।

**হাম, পরিক্ষা থারিবনা অমা, পরিক্ষা চেল্লিবনা অনি অতুম :—** পবিক্ষাদা মী অমগীদমক মযাম চংজুনা শোযবা য়াদে হোংনবা। মতমগী পরিক্ষা থারিবা মী অমগীদমক্তা মপালদগী

খুদোংচাবা পীনবা হোৎনবা য়াওদবা নত্তে। মসি য়াম্না চুমদবনি হায়না লাওনরিবা অসিনি। চুমথোকপা মতম লাকখিগনি।

**হং বদা কল্লু শোয়দনা খণ্ডগনি :—** খঙনিংলবদি খিজিল্লু খিজিল্লবদি শোয়দনা খঙগনি, হৈগনি। খণ্ডবা কল্লু হৈনবা হোৎনৌ। নৈর-নৈব অমত ফংগনি

**হাওনা য়ুমহোঙ তোইরগা ইনাক খুল্লি, মৈক্তৈনা য়ুমহোঙ তোইরগা লাইর তাল্লি :—** মাগী মাগী জাতিগী চৎনবী লৈ। খবক খুদিংমক লৈরিবা সমাজ অদুগী চৎনবীগী মখা পোল্লি। চৎনবী কায়রবদি অর‍্যাবা নংগল্লি। অওনবা নুং ঈশং কাদে।

**তুইনাও মচা পোকপা য়েংলুচো চৎথ্রগা মশীং খণ্ডদনা হল্লকপা :—** খবক মমুং তাদবা, রাহং পাউহংদবা মথোং-মরম খণ্ডদবা, অপণ্ডবা অমা। অপণ্ডবদি অয়াম্ব মতমদা মীবা তাগল্লি অমমুং খবক তৌবদা রায়োং থোকন্দে। মী অপণ্ডবা লা-নওইনৈ, উ অকংবা শীং-ওইনৈ।

**ফুঙ্গা বারী মতেক :—** থাইনা মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। নিংথৌগী লোইনবী অতোনবী মুপীত্থু খুঙ্গংদগী ওইরমই। মহারাণীনা মবুং-মৌপাশিংত্থু নিংথৌগী বোড মন্ত্রি ওইহননিংলম্মী। নিংথৌনদি মবাই ইবুংঙো অসি অপণ্ডবা মীনি খঙই। মখাইনা মন্ত্রি ওইবা য়ারোই। অদুবু মহারাণী অতোনবী অসিগী শম্নৈদগী

খাওবা ওমল্লে। মাগী মাগীনা কল্লি। চাং য়েংলগে নিংছুমা নিংথৌম্না মবাইবু হুইনাও মচা কোকপা (পোকপা) য়েংলুচো হাযছুনা থারক্লে। অহানবা য়েংবা চৎপদা হুইনাও মচা পোক্লে হাক্সছুনা হল্লক্লে। অনিশুবা চৎপদা অমোম অনি, লাবা অমা, খওলগা লাক্লে। অহুমলক চৎপদা মচু অবাংবা অমোম অমা, অঙৌবা অমা, লাবা অমুবা অমা খওলে। অপওবনা হুন্না-হন্না রাই। নিংথৌনস্থু শাওরে। মন্ত্রি ওইবিবা অচু কৌবগা থারে। মহাক্না অমুক্তং চৎপদা লোইনা খওদোরক্লে। মীনি-মীমান্নদে। যণনি-যণমান্নদে। লৌশিং জ্ঞান খেন্নে। অপওবদি মতম পুম্নমক্তা অরাবা ওইগল্লি। মতম অচুদগী হায়নখিবা রাহৈনি হায়নৈ।

হোদোং থাফায় উৎনা থুন্বা :— থবক তৌবদ' কজদবা। মচু তাদবা, মশাগী মবাল থুমজিন্দুনা থম্বা। থবক তৌবদা পোঠী লৈতবা। উৎনা-লইনা থুমছুনা মাগী অপওবা অমস্তুং অমানববু লোংনবা হোংনবা। ইকাই হায়ছুনা ফি শেৎলিবনি, শিনি হায়ছুনা চাক চান্নিবনি। থবক্তু য়েংবদা মিৎ নাবা।

হোদোংনা (য়ুমলৈমা) লিক্লা কানবা :— অতনবা, থবক তৌনিংদবা, থবক তৌবদা তল্লি-তল্লি তৌবা। য়েংবদা মিৎ পেন্দবা। অতনবা ম না থবক কালপ-কালপ তৌবা। থেকা-থেক নৌগা-নৌ, তন্দে-মান্দে চংপা।

হিগোক থোকপা মথৈ বারবনি :— দশা তাছুনা লৈরিঙৈদা অরাবা অমা অমুক হাপচিল্লকপা। থবক্তুদা রানা খাংবা। (হীগোক থোকপা মথৈ রারবনি)।

**হিজাউনা হিরুপ্পা :—** মাংশিল্লকপনা হেনজিল্লকপা। মকম খঙহৌদনা য়াম্না মাংবা। পুশিল্লকপা পোংনা খরদা ওইবা। মীয়াম চাবা ইমুংদা শেন-থোক লৈবা মীনা অমত্তা ওইবা। ( হিজাউনা হিরুপ্পা )।

**হিকথোংলগা নঙ্গল কায় :—** কেথোকহনবদগী লম হেল্লকপা, শোয়বা। মমৈদা অকায়বা লাকপা। হূইনাও মচা চাল্লগা লৈতোল লেকপা।

**হৈরাংলিহৈদা য়ুরাংবা :—** তাপ্পা-মেপ্পা খঙদনা য়ু ঙাংবা। মতম চাদনা থবক তৌবা। ( হৈরাংলিহৈদা য়ুরাংবা )।

**হোংদোং তুরেল কুমদবী :—** মপান থোক্কবী, মীয়ক তিল্লবী, হোন-লোমচং কয়া খঙকাত্তবী লুপী অমা।

**হূরানবা মীদা হূরানবা হায়রুরবদি শাওই :—** মীহূগী অরানবা অশোয়বা ফত্তবা লিচং অহূমক মশাদা হায়রুরদি শাওই। মানা-মানা তৌবা থবক অশোয়বশিং অহূ হায়রুরবদি মপুক্লিং লুংঙাইতে। অচুম্বা অমসুং চংনবী খঙবা মরুওই। তাইবঙ মীনা মখৈ কংলগা শাওই। লাইনা মখৈ কংলগা হন্নাওই, পেনবী।

**হাইদোবা পাম্বৈনা হাইদ্রে, লেংলোইদবা থোংথোঙনা লেংলে :—** অতোপ্পনা থবক শূহূনা লৈবা। থৌবুদারনা নাথৈহূনা চংথোকপা লৈথোকপা। দায়ত্ত লৈবনা য়াওদবা থোংবান চেনবনা চোথোক্নুনা থবক হোংনবা।

**হৌদোংনা ঙাদি চানিংবা ঈশিং কুম্বদি কিবা :—** পোংতুদি য়াম্না পাম্বা থবক ওইনা পাংথোকপদি কিবদগী ঙমদবা। মপুকচেল পীকপা মীকিঠি ওইবা।

**হাওবমনা য়াইরোং থুংলগা ঙাংবমনা গি কাবা :—** অতোপ্পা মীনা থবক তৌবা উরগা মীতুগীদমক্তা মরি লৈনদবনা ৱাবিবা। দোলাই তোংবগীদমক্তা ৱাইকুপ পুবনা ৱাবা।

**হোই লাওবনা ঙস্নাংই, হৈ লাওবনা শিন্নাংই :—** ময়াম তিন্নহুনা থবক অমা তৌরবদি অর়া-অনা কাউই। থবক অহু মপুং ফানা তৌবা ঙম্মী। খুংমান্নবদগী অশবা ওই। খুংমান্নরবদি ককচেংদনস্তু চাউরবা তিন্থেৎক পুহুনা চংলি। অপুনবনা পাক্ললি।

**হিনাও পান্দবা হিদি মকোক ঙাওই :—** মপী মপা লৈতবা থবক ৱায়োং থোক্তে। কবিগুম্বা থবক অমা তৌবদা মকোক থোংবা অমা লৈতবা য়াদবা।

**হাওরৈবী শেনদাং, লিপ্লোং চোংঙা :—** অমনা হায়বা অমনা তাদবা, মখোয় খরদনা পুমনিল নিলবা, পুমলাং-লাংবা।

**হুরাল্লিবৈঙেদা ফাদে পোং য়েন্নরিবৈঙেদা ফাবনি :—** পুকচেল খোয়াজেন তিন্ননা থবক তৌরম্বদগী মমৈদা য়ানবক্তহুনা কান্নবকপা অহেনবা পামরকপা। অপেনবা হায়বহু লৈতবা।

**হেন্দৌ-হেরাং কাবা :—** ঈরাং তৌবা, লৈত-লাইরগী মবম খন্দনা, ঈরাংহুদা মপুক্রিং লুপ্তুনা লৈবা মী অমা।

# য়

য়ুম পানবদি তুরেল লৈঙোইদগী হেন্না কুপ্পী :— য়ুম্বালমলোন য়াম্না কুপই, চেকশিনগনি। চংনরোল, ব্যবহার থৌগনলোন, রাজনিতি, ধর্ম্মনিতি পুম্নমক করিগুম্বা অমতা কায়বা য়াদে। চেকশিনবনা খ্বাইদগী হেন্না কৈ। চাবা-থকপা হোরেলগী হয়েংগী খাক্তবা য়াদে। চেকশিল্লগা চেক্কী য়ুম শাই। ফাদোক্লগা ফাবা শাই। য়ুম পানবদি সমাজ অচুদা চংনরিবা হীরম অয়াম্বা শরুক য়্যাগল্লি। (য়ুম্ পানবদি তুরেল লৈঙোইদগী হেন্না কুপই)।

য়াইতোং থমদোংবা অমসুং মচিল তোংবা লুবনি : খুল, লৈকাই পাল্লিবনিনা মচিন চংপা মী লৈতবা য়াদে। মফম অচুগী মীশিংনা মখোয়গী রা তাই অমসুং লৌই। লুচিংবশিংবু মী খ্বাইনা ব্যবহার তৌনৈ। খঙনবা মীগী মায়-মিং য়েংনৈ।

য়োংশাং-য়োংতসু লংহিনা চাখংলি :— লেপতবনা লাকচৈ, হোংনরবদি ঙমদবা লৈতে, ঙম্বা য়াবা ওইরবদি। হোংনবগী মখা পোনবা ঙাক্তা ওইগল্লি। থেববু থেঙ্গুনা লমজেল থোক্নি। ইচুম তাবা নুংদসু কুইরগা কুংশিল্লকই।

য়োংনা চু পায়বগুম্বনি :— চেংনা পায়বা, পামজবা থাদোকনিংদবা অমসুং পায়বদা পকচবা।

**য়ুম হায়বসি নুপীশিংগী মন্দির শণ্ডগুম্বনি, নুপী ওইবী-শিংগী থবক** শূফল্লি ঃ— য়ুমদি নুপীশিংনা কোয়, অকুপ-অতা পুন্নমক শঙনা পাল্লি। য়ুমগী থবক-ইথাংদা পুন্দুনা লৈনৈ। নুপীনা য়ুমশিংগী খ্বাইদগী মরু ওই।

**য়ুমলোন্নবশিংবু ইকাইখুম্নবা থাজবা ফংহনবনা, নংগীসু থাজবা ফংগনি** ঃ—য়ুমলোন্নবগা যেংখিনববুদি চান্ন চিন্নবা লৈবনা হেন্না কৈ। অবৈ-লৈমু তাথোক-তাশিন্না তৌদুনা হিংমিন্নবন অকবা ওই।

**য়াওগী বা লোইদ্রিবৈঙদা হামেংগী বা হোরে** ঃ— খন্নরিবা রাকম অমা লোইদ্রিবৈঙদা অতোপ্পা রাকম অমা পুশিল্লকুনা ঙাংনবকপা। (য়াওগী বা লোইদ্রিবৈঙদা হামেংগী বা হোবে)।

**য়াম্বীনা লাংদোল কনবা** ঃ— থবক অমা লোইদ্রিবৈঙদা থবক অমা অমুক লোশিনবা। অমসু-অমসু তৌগনি-তৌগনি হায়দুনা লোশিনবা। হোয়া ফবা মী। থবক তৌবদা কারান্না।

**য়ৈনা কাঙক্রুম মফোন থোক, পুনা শণ্ডবাই নাতৎপা** : অমনবা, মীনা পান্নক্রবা, শিজিন্নকুনা লৈরবা পোং

**য়েত্তুমগী থবক কাটিনা তৌবা য়াদে** ঃ— ওম্ন-তৈন শুঁবা, মাপা চানদবা মথো' হুক্কবা। মতিক-মপা ওইদবা। থবক থোওং শঙদবনা মথো শাবা য়াদে।

**য়ুমহোং তোয়রগা লাইরা তান্নি :—** পুক্নিং অংবম্বা লৈতবা। অমনবু ফরিভ্রা অমনবু ফরিভ্রা খন্দুনা তৌরুবা। মমৈদা কান্নদবা খুদোং চাদবা ওইরকপা।

**য়াওংইনবা নুপাবু মীরা, কুরাউ মপানবু লৈরা ? :—** যাওংইনবা নুপানা কুশি-রাশি থবক তৌবা ঙমগন্দে। মকু মনেম, মশেন-মবাই, মাগী নুপী ফাওবগী মিং-মায় য়েংদুনা লৈ। কুরাউ মপান্দ ফজবা লৈনি, মগুণ য়াওদে। মতিক-মগুণ লৈতবা অমসুং মহৈ-মশিং রাংপা মীবু মীনা উশিংতে, থওইদে, ব্যবহার তৌবদে। অপনা-কুশিদা অমসুং মবুধি-মরৌশিংনা থবক পাংথোকপা ঙমগন্দে।

**য়াওশঙ মতুংদা আবের খুংবা :—** যাম্না দরকার লৈরম্বা পোৎ অদু মতম চানা কংদবা। থবক অদু লোইশিনখ্রবা অমসুং দরকার লৈত্রবা মতমদা পোৎ অদু খুংলবা অমসুং পুশিল্লকপা। (য়াওশঙ মতুংদা আবের খুংবা)।

**য়েন্না ঈশিং থক্লগা হামেংনা ঈশিং থায়বা ( মপান থোকপা ) :—** মী অমনা থবক কম্না শূজ-নোমজদুনা হোৎনজরগা অতোপ্পা অমনা মহয়-মচুম চাখিবা। বিধিনা তমখ্রবদা খেত্তোকপা য়াদবা। প্রকৃতিগী মথা লোনবনি।

**য়ুমদি স্বর্গদগী হেল্লি :—** চৎথোকলুরবসু ভাইহাক হুপ্তিল্লকপদা য়ুমদা নিংথিনা ঈংনা শান্ত ওইনা লোথাবা কংই। অরা-অনা পুম্নমক কাউথোক্তুনা লোথানৈ। সেবা ফংলবা কয়ানা ঈংনা লৈজে। অরাবা পুম্নমক কাউথোকই। য়ুংঙাইনা মতম লেল্লি। ( য়ুমদি স্বর্গদগী হেল্লি )।

# ফুঙ্গা ৱারী

—ইবেম্মা লিবা

## ( লাইবক্তা তম্বা অমা )

থাইনা মমাংদুদগী চাওরবা থুঙ্গং অমগী মঙ্গুংদা য়াইমরপ চাওবা লৈকাই অমা লৈরম্মী। লৈকাই অদুদা চন্দ্রকংনাল কৌবা মুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্কীদমক মপা-মমাগী মতিক চানা লৌ-ইশ্লোল থম্লম্মী। ইশ্লোল য়াম্না কুং চাওই। মহাক খরা তনবা অমা ওইরম্মী। লৌ-ইশ্লোল শূবগী থবক অসি হবা হৈবা রংলি। মহাক্না খল্লি লাইরং অসি করম্না তৌরগা বোক্কদগে অসিগীদমক্তা ওঝা-গুরু থন্দবা য়াদে নিংলে। ওঝা গুরু থিবা থোরক্লে। অথঙবনা ওঝানি। অহল-লমনগী পাওনাক্কি লাইরানি হায়না মহাক্না চেংনা থাজরি। 'ঈথক থোংবা তিরেং, ঈথা থাবা চাম্লৌ' নিংশিংলকই।

অহানবদা অহল-লমন, লাই-গুরু, ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব, ঈথক থোংবা মশক খঙদবা য়াদে। মখোযশিংদগী পাউতাক লৌনবা হোৎনরগে খল্লদুনা মহাক লম কোয়না চৎলক্লে। মহাক্না অস্থুম লাকপসিনা লেশ অমা যৌরে। দেশ অদুদা ব্রাহ্মণ লাইরিক কয়া হেফাৎতবা অমা থেংনরে, মচা-মশু লৈজদে, অমস্থুং বাম্না মতিক মগুণ লৈনা উবা বামোন্নি। বামোন অদুগী ময়ুম অদুদা গুরু খল্লিবনি হায়দুনা চন্দ্রকংনাল মতম খরা লৈরম্মী। বামোন অদুগী য়ুমদা মরক-মরক্তা অহল-লমন কয়ামরম তিন্নদুনা ( মিটিং ) চাওখৎ-থৌরাংগী মরমদা খল্ল-নৈনৈ। অহল-লমনশিংনা ঙাংন-শানল্লিবা য়াশিং

অতু মুন্না তায়। ময়াম অতুগী মন্নুংদগী অহল অমনা হায়, ঐখোয় অসি করিগী লাইরগনি। ঐখোয় ঐখোয়না লৈরিবা ইশ্বোল অসি শামু ময়ানা পন খিংউ, সাই-তিঞ্জংনা পৌবোল লোল্লু। মুমিং খুদিংগী ইশ্বোলদা পাম্বী অমতা ওইরবস্নু থাও, উ-রা নত্রগা মনা-মশিং তৈ-লৈ থাবা কাউদ্রবা, মখোয়শিং অহুবু নিংথিনা শেম্বীনবদি করিগী লাইরগনি। ইনাকখুনবা মউ লিংবা নত্তে, লাইরবা মপান থাবা নত্তে। থবক শূবদা পোখি লৈতবা মীদি পাঙ্গলদা রাতুনা তোকই। তান চাদ্রবদি লাইর তাল্লি। লৌ-ইশ্বোল নিংথিনা শূবা মীনা চাবা হেনবা হৌনদে। লৌনা ইপানি, ইশ্বোলনা ইমানি। রাত্ত-পাদবা হায়বতু ওইরক্কনি। থবক শূবগা পৈশা লাকপনি। মহৈ-মশিং তম্বস্নু চান-থক্লবা অমস্তুং শেল লৈতবা য়াদে। মতম্না লৈরিবৈদা থবক তৌপদবনি। অহল-লমনশিংগী পাউতাক "অঙাং ওইরিবৈদা নহৈ তম্মু, নহা ওইবিবৈ নপাঙ্গল কল্লিবৈদা লল তালহৌ হায়নরিবনি। মথক্তা হায়রিবা থবকশিং অসি নিংথিনা তৌহৌদ্রবদি তুংদা নিংঙমদবা লাক্কনি। থক স খাসি খণ্ডদবস্ত য়াদে, অসিনচিংবা থবক কয়ামকম খন্ন-নেনৈ।

চন্দ্রকংনালনা পুম্নমক অহু মপুক্লিংদা লৌশিল্লি। মতম খরা লৈরগা মতাক্কী ওঝা-গুরুদা হংগংলি ননাই ঐহাক য়ুমদা অমুক হনজরগে। গুরুনা হায়, ফরে চংলো অহুবু ইপানা নঙোম্দা হায়নিংঙাই করিস্নু লৈতে। ঐনা হায়গদবা হায়ববু লৌ-ইশ্বোল

শূবা থাদোকপা য়াদে। নোংমগী পাম্বী অমতা ওইববসু থাজিন-গদবনি। মথংদা সঙ্গ-ফৌ, সঙ্গনা মী কহল্লি, সঙ্গনা মী মাংহল্লি, পাংতা হৌবা ছুপনা থম্বালগা সঙ্গ তৌবদগী শ্রীহরিগী (ঈশ্বরগী) চরণ যৌই। অরুপ্পা য়োংফিনা উপাক্কা সঙ্গ তৌবদগী ঈশিংদা তাওই। ইশ্বোলদ' কৈথেল কাহল্লু, লবুক্তা মণি লৈবনি। কোংমাংদা ছম্নেং কাহল্লু" হায়রিবা রাক্ষমশিং অসি কাউগনু। ফরে কাউজবোই অসি হায়রদুনা মহাক ময়ুমদা হনখ্রে। মতম অদুদা করিগুম্বা শেল-থুম অমতা পুবক্রে। মহাক্কী ইশ্বোল অদু লৈপন কোয়না থোনগৎলে। শম্বল কোয়না খাক্তিল্লে, উ-রা হৈপাল লপাল, মনা-মশিং, এঙ্খাং-নাপী নিংথিনা থাজিল্লে। অরাং-অপা লত্রে। মী অয়াম্বনা মঙোন্দগী পোৎ-চৈ চান-থরুবা লৈনরে। মহাক্কী ইশ্বোলদা কৈথেল কানরে। মহাক্না খল্লি থবক শূবগা পৈশা লাকইবনি অদুনদি থবক কল্লা শূদবা য়াদে।

মীওইবগী মন্নাইবক কনানা খঙবা ঙমগনি, ইশ্বর খঙহৌদনা লৈবাক অদুগী মহারাণী অদু সংস্কার তৌনবা অগর উ থিরক্লে। লৈবাক্কী অঙম-অথৌ অখঙ-অহৈশিংনা অগব উ থিবা যংলক্তুবদা কনাগুম্বা পুবকপা ঙম্বা মীওই অদুদা মনা-মথুম য়াম্না চাওনা পীগনি হায়না নিংথৌনা লাওথোবক্লে। অদুবু চন্দ্রকংনালগী ইশ্বোলদা হৌরে হায়বা খঙলদুনা মনা-মথুম য়াম্না পীদুনা অগর উ পাম্বীশিং অদু লৈরে। নিংথৌনা পেল্লদুনা মনা-মথুম পীবদা কামদুহা কৌবা খুজাই অমসুং য়াওরমই। খুজাই অদু অহিং অথেংবদা, মুংথিলদা মতোমতা লৈবা মতমদা হেক-হেক খোংই।

মতাক্না মহু পুজা তৌজরম্মী। মমৈদা ইনাক-কৈরাক খুনবা অচৌবা, মুংঙাই-য়াইকবা লৈবাক্না শকখঙবা অমা ওইনা পানখি। অক-ফত্ত পুম্নমক তাইবঙ মপুদা শিন্নগনি অমসুং সেবাগীনি হায়না খনগনি। ইশুশা:— শূবা-নোম্বগী থবক তনবা য়াদে। অতনবা থাদোকউ, মহৈ বিদ্যা হোৎনবগী মখা পোনবা ঙাক্তনি, পুম্নমক মপু (ঈশ্বর) মাগী থৌজাননি। মীগী মরাইবক মশানা শেমজে। তম্বা ঙমদে মীওইবগী মরাইবক। অফবদি মকম খুদিং চন্নদবা লৈতে।

## শমলপ্পা বারী

তাত্তোন (অপাবী):— মীওইবা সমাজগী মনুংদা জাতি-বিজাতি, কুচু-কুমেন থায়দবা হায়ববু শান্নবনি। মানা মানা শান্নরিবা অহু থোইনবা হোৎনবা, শান্নরীবা অহুগী রাখলদা পুক্লিং চংনৈ। জাৎ কবা-কত্তবা থোইনা খন্নদে। শান্নবা য়াম্না মরু ওই। শান্নরোইশিংনা অফবা মপুকচেল চেনবগুম তৌই। রাখল খনবা, চাকপিহৈবা গুণ লৈনা উই। শান্নমিন্নবনা পুকচেল-খোয়জেন শিন্ননা মত অমতা ওইনা লেমিন্নবগুম নিংই। শান্নবনা হকচাং কৈ। থবক খুদিংমক চাং নাইবা মরুওই। মীওইবনিনা মাগী ত্রীগী চায়বা অমদি হেক্তা লৈরক্তবা নত্তে। অহুবু পৃথিবীগী মী-মীগী ধর্ম চৎনবী ফিজেৎ চাক-চা লমচৎ খেন্নৈ। মৈতৈনা ঈক্লজরগা চান্দান থরদমু মায়দা নম্বা, অমনা না-হুৎপা, লিক-কোন শিবা, মতম অমগী ফিজেৎ লৈতেংবা অসি ফজবা চৎনবীনি।

**ইনাওতোন ( তোলেন ) :—** মীওইবদি ঈশ্বরনা থবক শিন্থা নোম্নবা হায়দুনা থারকপনি। মাগী মাগী শিনফম অদুগা চানরুবগা অফবা মবাইবক ফবা অমা হেক্তা ওই। তৌরুতৌকবা থবক্কী মপা থুংই। শিনফম পরুবা অমসুং চুমলগা অফবা ওই। শিনফম চুমদ্রবদি কয়া ফৎকন্দে। পাঙল দাও য়াবনা তুপী হুনবদা উরেল উপ্পা, দাও য়াদবনা তুপী হুনবদি অমাংবা অকংবা খিগং উপ্পী হায়বদুনি। অমরোমদা মীওইবা সমাজদা চৎদবা য়াদবা মরম খর অদুদি কলা—বিদ্যা, লিলা, ড্রামা, ধর্ম্ম চৎনবী মীওইবগী অরা-নুংঙাই পোথানবা অমনি। হিংনবগী লানফমদা থকসি-থাসি হায়বা অসি য়াওদবা য়াদে। পুন্নমক অসি খঙনা লাকপা নত্তে, খঙদ্রবদি অখঙবদা হংবা কৈ। মীয়াম্না য়াবা অদুনা চৎনবী ওইদবা নত্তে। অফবদি ফরবনি। মীনসু য়াবা লাইনসু য়াবা হায়বদুনি।

মণিপুরগী চীং-তমদা লৈবিবা মী-শিং লাইরু-ইনাকখুনবা কয়া লৈবি পুন্নমক অসি পুল্লগা হিংম্নিবা সমাজ অমা ওই। য়ুমলৈকৈবৈসু অদুমক খেনৈ। মীগী লাইবক তম্বা ঙমদে। ইনাকখুনবা মউ লিংদে, লাইরবা মপান থাদে। লম্মীনা মায় ওনশিনবিরগা ফরে। নোংমা শূরগা তবানি চাবা য়াওদবা নত্তে। লল হায়বসি অপাইবনি। শূবা-নোম্বা কল্লগা নুংঙাই-য়াইবা মরাং কাইনা ( শূরুমনগী মতয় ফংই )।

মীওইবগী পুক্নিংগী থাজবা হায়বা অসি লুই, পুক্নিং নুংঙাইরবদি লায়না-তিন্না পক্তে হায়নিবনি। আশাগী মপান্না হিংনরী।

কলচবনী মনুংদা মৈতৈগী লাই হরাওবা যাম্না কৈজ, অদুবু যাইক-য়ম্বালগ্দি খবা মখৈ থৈনবগুম তৌই। মৈতৈগী মুম অয়াম্বদা শিদবা (মপু) ইবুধৌগী শঙলেন শাহ্নবা লাংনবে। মতমগী যাওন মতুংইন্না লাকইবনি। মমৈদা মৈতৈ লৈবাক অসি লুপখিদ্রা-তাওখিগদ্রা? মীনা হায়নৈ "ইপাম মৈহৌবে, লাংজিং মৈচাক্লে ইঙুনিংথৌ লৈতবরা খাম্বী মৈকল্লু"। তুংলমচত্তা ফবকখিগনি ইপা-নাং, ইপু-নাংপু কাউদ্রবদি পূন্নমক ঈশ্বরনা য়াইফবা প্পীবিগনি। অাতনবু মু শিবিবা অমসুং হুম্বরশিংবু চিংখৎপিবনা ভারতকী অমদি এশিয়াগী সংস্কৃতিনি।

—:0:—

# জননেতা ইরাবত

ইমাগী পূজা
মতেং লৌবা

**শমলপ্পা রারী খরা :—** শ্রীহিজম ৺ইরাবত শোক ১৮৯৬ইগী সেপ্তেম্বরগী তাং ৩০, খুমশকৈশ মুমিত্তা পীশুম ওইনাম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকখি। অপোকপা মপাগী মমিং শ্রীহিজম ইবুংঙাহল কৌই। অপোকপী মমা ইবেম্মগী মমিংনা শ্রীমতি খম্বাল ঙাংবী কৌই। মহাক যাইস্কুল জন্মষ্টান-দমু লৈরম্মী হায়নৈ। মতংক্তি লৈত-লাইববা মী কয়াগী মকপনি। মতিক লৈবা শেনজাও পাখবশিংনা লাইববু তুইৎপা, ইম্বনা য়েংবা মহারা পাল্লমদে।

মহাক্না মুপীশিংগী ফিভম ফগৎনবা অমদি চাওখৎনবা হোংনরম্মী। লৌমী-শিনমী লাইরবা মীচম প্রজা কয়াগী ফনবা

হোৎনবা অমস্তুং লৌশিং মৈবা চুপ্পৎপিরম্বা লুচিংবা অমনি। মমা লোল অমস্তুং মজাতিগী চাওখৎনবা হোৎনরম্বা নিপা অমনি। মতাক কংখোকপা অমগা লোযননা সমাজ সেবাদা মথ্বাই লুপখি। অথাং কনবা হোৎনবা লেপ্তুবা তোপ-তোপ্পা মগুণ লৈবা লুচিংবা অমনি। শোক ১৯৪৬-৪৭ ইংদা মযাং ইম্ফাল মবিলোংবী এলঃ পিঃ স্কুলগী মমাং লম্বী সেংড়োক মথক্তা মী খরা সৈত্যগ্রহণ তৌদুনা লৈবা মকম অছুদা মৈতৈ লংগী ফেজোম-ফুরিৎ শেৎলগা মহাক লাকখি। মী খবনা লেপতুনা লৈ। শাইখোম ৺ইবোবী, সানৌজম ..লচ, ইবোম মেবাযাত্রা সিংহ, হৈক্রুজম তোলমু, কোংখাম নব সিংহনচি বনি। তাঙ্গা অতুদা ইবোবীনা চংশিল্লদুনা বা হ খি— ওঙাং-ইবুংঙো ঐখোয় হৌজিক ববম তৌবা ংবি শ্রী ইবাবত মেম্বৎনা হায়খি। "ঐখায় হোৎনবা লেপ্পা যাদে মতম লাব্লনি"। হাযবম্লগা মীয়াম মবক্তগী থোকংখ্রে। ওহাক লেরগা হাফ পন খাকি খো গ্রাউ শেৎপা দারোগা (পুলিসশিং) লাক্তুনা লম্বীদা মশা পুম্বা ফিনা কুপ্তুনা সৈত্যগ্রহং তৌরিবা মীশিংডু থাংদোকখ্রে। পুলিসনা আন্দোলন-কারী (ষ্ট্রাইকরশিং) বু তানখায়খ্রে। মহাকপু মী খাইনা শোন্নে। জননেতা ইবাবত মবেবাক মজাতীবু অরাংবা থাক্তা পুখৎনবা অমস্তুং লাইববা লোমী কযাগী যগৎনবা হোৎনবদা মপুন্সি লামখি। শোক ১৯৫১ ইংগী সেপ্তেম্বরগী তাং ২৬ তা ব্রম্মগী টাংবো (খুল) হেডকার্টবদা অরোইবা য়াহিপ ওইখি (শিখি) সংকারন। জননেতা ৺ইরাবতপু শোক ১৯৪৮ ইংদা অন্দরগ্রাউণ্ডনি হাযন লাওখোকখি। মতমদুগী লৈঙাক সাসন পাযবশিংনসু খোতক

হৌঙ্গায়নৈ। শ্রী৺ইরাবত মেম্বরগী মথক্তা পেন্দিং থম্লগা পুলিস কেশ কয়া শোক ১৯৫৯ ইং ফাওবদা খোমজিন-তাশিনদুনা লোইশিনখি। মহাক্না হিংলিবৈ মতমদা মীয়ামগী ফনবা হোৎনবীরম্বা অমসুং মৈতৈলোল চাওখৎনবা অমদি লাইরবা লৌমী কয়াগী ফনবা হোৎনবীরম্বা অথোইবা লুচিংবা মুপানি। মী খাইনা কাউররোইদ্রবা অথোইবনি।

# রাণী গাইদিলু

**শমলপ্পা বারী থরা**:— মণিপুরী চনুরা রাণী ৺গাইদিলু তামেংলোং জিলাগী মুংকাও খুলদা শোক ১৯১৬ ইং জানুরারীগী তাং ২৬ তা পোকখি। অপোকপা মপাগী মমিং ৺লোথোনাং রোংমৈ (কবুই)। অপোকপী মমাগী মমিংনা শ্রীমতি ৺কালোতলিয় কৌই। মহাক মরৈবাক মজাতিবু মনিং-মথা তম্বা লৈবাক অমা ওইনবগীদমক্তা থরাই হকচাং মাওনা হোৎনখিবা মুপী অমনি। মহাক ফ্রিদম ফাইটর অমনি। মহাক্না হিংলিবৈদা এরার্ড কয়া-মরুম ফংখি। এরার্ডশিং অতুদি তাম্রপত্র ( Tamrapatra ) ( শোক ১৯৭২ ) সোসিয়েল সার্ভিস-তা ( GOI ) শ্রীমতি ৺ইন্দিরা গান্ধীনা পিখি। পদ্ম ভূষণ ১৯৮২ ইং প্রসিডেন্ট শঞ্জব রেডিনা পিখি। মহাক All India ফ্রিদম ফাইটর এসোসিয়েশনগী President শোক ১৯৮৯ ইংদা ওইখি। মতোন্দা তোপ-তোপ্পা শক্তি মগুণ লৈবী মুপীনি। রাণী ৺গাইদিলু তাং ১৭।২।৯৩ ইং

য়ুমশকৈশ মুমিত্তা কোংমিদা অরোইবা য়াত্তিপ তানখি। মহাক্কী অশিবা হকচাং অতু মুংকাও খুলদা পুরক্লুনা হৌনবী মহুং-ইন্না লৈরোন চনখি (কুমখি)। মহাক মথৌনা লৈবী লুচিংবী অখ -কনবী মবৈবাক মক্কাংত্নিদমক্তা ফনবা হোংনরম্বী মুপীনি। মণিপুরদা মহাক্না বৃটিশকী সাসনবু য়ানিংলমদে। মহাক্কী অথাং কনবদা তোপ তোপ্পা মগুণ চনবীনি। খ্বাইনা মহাকপু নিংশিংকম খাকই।

# আই তোম্পোক সিংহ

**শমলপ্পা বারী খবা** :— ইবেংবম তোম্পোক সিংহ শোক ১৯০৮ ইংদা শিংজমৈ চীংঙা মখাদা পোকখি। মহাকপা মপাগী মমিং অমর সিংহ কৌই। অপোকপী মমাগী মমিং শ্রীমতি নসমনি দেবী কৌই। মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী সমাজ সেবাদা থরাই য়াওরকই। শিংজমৈগী অথৌবা মুপানি। রাজনিতিদা অথন্নবা মীওইনি। ধর্মগী লাইনিং-লাইশোন ঈশৈদা থরাই য়াওনা শক-শোল্লম্মী। থবক খুদিংদা মথৌনা লৈনা পাংথোক্লবা হোংনখি। মণিপুরগী অহানবা দিপুটী চিফ মিনিষ্টর ওইখি। (শোক ১৯৮০-৮৫) দা টার্ম ৩/৪ রক এম, এল, এ, কাখি। মহাক্কী মতমদা শিংজমৈ চীংঙা মচা নোংপোক থংবদা লৈরম্বা চীং অসি শোক ১৯৮৩-৮৪ দা লৌথোক্লুনা মীয়ামগী ফনবা থবক তৌরম্মী। হৌজিক মফম অসি মীশিংনা সুপর মার্কেট হায়না কৌদুনা মীয়াম্না শিজিন্নরী। সুপর মার্কেট জাগা অসি সনাগী মথক্তা তম্ফা

থিনবগুম্বনি। মহাক রাজনিতিরাল্লা অমা ওইনা তাং ১৬।৮।৯১ ইংদা সংসার থাদোকখি ( শিখি )। শ্রীআই তোম্পোক সিংহগী ফিদম অমদি অথাং কনবা হোৎনবদা চোকথবা লৈতবা মখোনা তমশ্লনিংভাই ওই। মশভান্দা তোপ-তোপ্পা মগুণ লৈ।

পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্লাও ( শোক ১৯৪২ ইং ) মণিপুরদা লালগী প্লেন অনি কায়হুনা তাখি — চুরাচান্দপুর অমসুং লোক্তাক পাৎতনি। হেক মথংদা পেসেঞ্জর প্লেন অমা তাং ১৬।৮।১৯৯১ ইংগী ইবাই মুমিংকী চাওরাক্লা পুং ১২ মিনিট ৪৫ রোম তাবদা ইম্ফাল তুলিহল এয়াব পোর্টতা তাবা য়াদহুনা পাইখিবা প্লেন বোইং ৭৩৭ আইঃ সিঃ নম্বর ২৫৭ অসিদা তোংবা যাত্রীক ৬৩ কা ক্রু মেম্বর ৬ কা থারগা পুম্না মীওই ৬৯ নি। খবর কয়াদা ফোংনখি। প্লেন অসি কলকাতা, ইম্ফাল. গোহাটি অমদি দিমাপুর, পাইবা প্লেননি হায়রৈ। কায়খিবা প্লেন অসি থাংজিং চীংগী চীংথক নবিল খুলগী জাগানি। হৈবোক চীংগী চীংথকনি, চুরাচান্দপুর জিলাগী মমুং মোইরাংগী জাগাদগী নকশিনবনি। প্লেন কায়বদা য়াওখিবা ইম্ফালদা কুমজগদবা পেসেঞ্জর ৩১ গী মনুংদা দিপুটি চিক মিনিষ্টর ওইরম্বা ইরেংবম ৺তোম্পোক অমদি এম, এল, এ, কেঃ ৺বীরা সিংহ, নম্বোল কৈন্দ্র, তাং ১৬।৮।১৯৯১ ইংদা নোঙ্গাখ্রে। লৈখিদবা মীওইশিং অদু গবর্ণমেন্টগী ওথোরিটিশিংনা মাগী-মাগী ইমুং-মনুংদা শিন্নখি। ধর্ম্মগী ওইবা লাইশোন-তিনশোন কয়া পাঙথোকখি। এয়ার ক্রাস অদুদা মণিপুরগী অমদি নাগালেণ্ডগী মীওই কয়া মুপী অঙাং য়াওনা শিখি।

থৌদোক অচুদা লৈবাক্কী অচৌ-অশাং কয়ানা সেবা চংখি। মথৌ পাংথোকখি। লৈবাক্কী লুচিংবশিংনা লৈখিদ্রবশিংবু নিংশিংবা ওইনা ধর্ম্মগী লাইশোন-তিনশোন চটি খুদিংগী পাংথোক্লি। থাগৎনি ঙাইনি মখোয়না তৌবন্না অক্ষবা থবক্তি অমর ওইদুনা লৈহৌ.ব।

# গীতচন্দ্র

মণিপুর লোনগী থাগী

(চেফোং :—সনথোং,)

**শমলঙ্কা বারী থরা :—** শ্রীতো বম গীতচন্দ্র শোক ১৯১৯ ফেব্রুৱারী তাং ৬, শগোলশেল নুমিত্তা শেগা লম্বী কোঞ্জেং হজারী লৈকাই জেলার লৈবক্তা পোকখি। লৈকাইদা মেঞ্জোব হায়নম্মু খঙনৈ। অপোকপগী মপাগী মমিংনা ইবোচৌবা, অপোকপীগী মমিংনা শ্রীমতি লুকমনি দেবী কৌই। তাং ৩। ৬। ১৯৯৬ হংগী নিংথৌকাবা মুমিংতা মহাক্কী লৈফম ময়ুমদা অরোইবা য়াহিপ তানখি (শিখি)। মহাক্না হিংলিঙৈ পুন্সিদা ড্রামা লাইরিক ১৯৬ (চাম্মা) গী মথক্তা ইরম্মী। মহাক্না সমাজগী অমোৎপা অমম্মুং লৈঙাক সাসনদা শাখিনা শোখরকপা অসি পুম্নমক শেংদোক্নবা কলম্না হোৎনরম্মী। অচুম্বনা কাগি তৌনা অশোয়বা কয়া চুমথোক্নবা হোৎনখি। ড্রামাচিষ্ঠ অমা ওইনা মণিপুরগী থৌনা ফবা মরিল লৈবা কবি অমনি। মহাক তুমিন্না লৈগনবা ওঝানি। ওঝাশিং কয়াগা বাবা-ৱাতাই শানগন্দে থবব কাগজগুম্বা অমদি লাইরিক পাদুনা লেপ্লি। ছাত্রশিংদা লাইরিক তাকপীবা অমম্মুং লেকচর তৌবদা মখোল শিরপ তৌই, তাবদি নুংঙাই। মহাক্না কাগি তৌরকপদা নোক্তবা মী থরা তাংই। মণিপুর সাহিত্য

অমসুং সংস্কৃতিদা তোংবাগী খুদোল য়াম্না চাউনা মকম কন্দুনা লৈরগনি। মীয়ামগীদমক্ত থন্দুনা থম্মীরম্বা লাইরিক কয়া কয়ানি। খরদং মমিং পল্লবদা মনি-মানৌ, ইন্দিযাদা নম্বো থাবা, লুদা মীচংব', ইম্ফাল খোইবী, মেত্রিক পাস, পরশুরাম, হিংমিন্নবা, কেকু লোংপী অমসুং ভবোং খাও অসিনচিংবনি। মহাক ড্রামাটিক কবি অমসুং ঈশৈ নয়েক ইবা অমনি। জি, সি, তোংব্রা মতমগা চুনববা কবি অমনি। মভোন্দা তোপ-তোপ্পা মগুণ লৈ। মহাক লৈখিদবদা মী খুদিংগী থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইহনখিদে। মণিপুর সাহিত্যগী লমদা মাগুম্বা অমা মেনখৎনবা হোৎনবদা বানা থোক্লগনি। মহাক্লা হেৎজমনগী হুমাং-মললনা পুন্সিদা ইকাই খুম্নরবা মনা-মথুম কয়ানা লৈতংবা পুন্সি ওইখি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা (কেকু লোংপী) মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী "সাহিত্য রত্ন" উপাধি পীখি। শোক (১৯৭৩) ভারত সরকারনা পদ্মশ্রী পীখি। (১৯৭৫) ভবোং খাউ ভারতকী সাহিত্য একাদমীগী মনা পীখি। ১৯৭৮ মণিপুরগী ওইনা বেষ্ট প্লেরাইটকী মনা লুঃ ১০০০০ ফংখি। (শোক ১৯৯০) মৈত্রম বীর এৱার্ড অসিনচিংবা কয়ানি। ওঝা অমা ওইনা অয়াম্বা অচম্বা পুন্সি লেনখি। ইম্ফাল কোলেজদা ভাইস প্রিনসিপাল ওইনা (১৯৭৩) ই'দা থবক্তগী পোথাখি। মহাক্কী অথাং কনবা হোৎনবা কনবা শিংথানিংঙাইনি। মহাক্লা মী খুদিং থবক চুম্না তৌহন্নিংই। অচুম্বনা জয় ওই হায়বা পাউতাক অসি তাকপিরম্মী। মভোন্দা কবি অমা ওইবগী তোপ-তোপ্পা মগুণ লৈ।

# চীং-তম মণিপুর

( শৈরেং মতেক )

চীংলোন মাপলনা পনথিংবী
চীংমী তম্মীনা লৈতেংবী,
খৈনা য়াংকোক মণ্ডংনি
ভারতকী অরাং নোংপোক্কা-
চিং-লেম্মা ঙাল্লিবী।
চায়োক নাওয়োক ফ-ীনি
ঈশৈ কলচর কয়ানি
মহৈ-মশিং য়েংই রাংতেদা
নাট সংস্কৃতি লৈজবনি।
চীং তম পুন্দুনা
সমাজগী অকায়বা থিংহৌসি।
থবক তৌবা খুদিংদা,
খুদোম্বীদা মমিং পানবনি।
চীংমী তম্মী খুদিংমক,
তোপ-তোপ্পা মগুণ লৈবনি।
শীংনবা য়াদবা মীওইনি,
ঙাকপি হৈবনা থম্নবনি।
চী' তম অনী,দা
হিংনবগী পান্থ লৈনৈদা
অরৈ-লৈতা তানদুনা,
অনী পুন্না হিংমিনৈ।
লাইনা থাবা লৈবারি,

উমংলাইশিং খুনথোকফম ওইরিদে৷,
নোংমাইজিং চীংনা লেঙদবানি
লাইগী লৈবাক ওইরিবা,
খ্ংভু তরুক্না খোংগলবানি
তুরেল কয়ানা মগুন্নি।
ভু-খোং লোৱা থনবানি
চীংনু হুৎতা ঈথেবা,
লাংগুন লৈবা মপুনা.
কৌব্রুনা লেনখ্রু ওই,
কংলানা খোয়্যদৌ ওই
লোক্তাক সনা তেংঙোংনি,
ঈশা মাপল থোল্লিবানি।
লোক্তাক্না মিংশেল ওই
থাংজিংনা উকম ওই।
মণি থোকপী লোক্তাকনি,
জীবা কয়াগী চাক্তাকমনি,
মণিপুবগী লেমজবী মথৌরোনি,
ইমা লৈবাক মণিপুর
মচা কয়া চংখ্রে,
অফবা মচা লাকখিনি।
ভালহৌলবীয় নচাশিং পৃথিবীদা,
জয় মণিপুর।

—অইবা

—:(O):—

## অইবগী কোঙ্গ্রবা লাইরিকশিং :—

১। অহল-লমনগী পাওরৌ, প্রমাণ-পাইশ্ব
( অহানবা শরুক ) Vol. I

২। FOOT DRILL Manual
ফুট ড্রিলগী চাওরাকপা হীরম।

৩। অহল-লমনগী পাওরৌ, প্রমাণ-পাইশ্ব
( অনিশুবা শরুক ) Vol. II

৪। অহল-লমনগী পাওরৌ, প্রমাণ-পাইশ্ব
( অহুমশুবা শরুক ) Vol. III

## অইবগী কোঙলপদবা লাইরিক :—

থৌদোক-বাথোক শম্লপা খরা
অমসুং অতোপ-অতোপ্পা লাইরিক খরা।

## লাইরিক ফংফম :

১। সরস্বতী বুক হাউস, শিংজমৈ বাজার।
২। মণিপুর সাহিত্য পরিষদ,, পাউনা বাজার
৩। আর: কে: বুক হাউস, পাউনা বাজার।
৪। শর্মা বুক এজেন্সী, পাউনা বাজার।
৫। মণিপুরগী লাইরিক য়োনবা স্টোরশিংদা ফংবানি।